নোংয়ায় চাখাওন্বা অওন্বা খুমন পুরেন্নাবু নিংশিং
মশা হাক্তক লমলশিংবা তাঙ্গা চাদ ওমখিত্রব
মচা খন্বা হাক্তক চাউবা লমলশিংগে নীং
মপা থোংলেন তান্নর রাঙ্গোন নিংথৌদ হঙ্গংলে—
"মোইরাং ভাঙোয় মথংখন্না কেগে রাঙ্গোন নিংথৌ
মনাও ইবুঙো পনাসে য়েংবদ মুঙাইতবা উরেদা।"
"ইপু করি রাংপগে হাইবিয়ু তাসি কৈদোগে?"
"স্না মিংয়েং তাবিবদ পুক্লিং মুঙাইনা থোকপিত্রা?"
"ইপু ঐগী পানাসে অরাংপগী অরাংপ মক্ত
ঐদি মফম খংদরে কদাইদা রাংলি তাকপিয়ু?"
"নয়াম্বুও ইবুঙো পানাগী অঙোম নোংবাল শেলুংব
তালোয় ওইবী পুথোক জগোই থৌগল কংখ্রেদো।
মপি মপা লৈত্রবা কনা হন্ন উত্রবা
খুমন নোংয়ায় খম্বনা সনা পান্থোম ওইরব
তরাই তরাই ওই নবুধৌ থৌগল তৌদোব
ইরাং রাংনা উবগুম লৈবাক্লা মুঙাইত শোন্নৈদা!"
"ইপু মহুদি চুম্মীদা মহু ঐস্থু খলয়ী
করম তৌরগ ফজদনি অমত্ত শিম্বীয়ু কৈদোগে।"
"নমোম ইবেম্মা থোইবী নিংথৌ কোনগী শিঙেল
কেগে মোইরাং ভাল্লিবী বাত্ত পাদবী স্নাহল
নবুধৌ জগোয় কংপসে য়াওহন্বীয়ুনে মনাও ইবুঙো।"
"লৈবাক মুঙাইনব দমক্তি ঐদি করিস্থ হাইদে
ইচানা য়ারগ লোইরে ইপুনা য়ানবা হাইবিরু।"
মোইরাং চাউবা নোংথোম্বা মথংখন্না য়াথং লৌ
তম্পাক য়ুমগী লৈমতোম্বী থাদোয়' মমা অতোম্বী
মথংখম্বা তালোয় ওইবী' স্নাহল মরা হংহল্লুই।

"ইমাগী ইমোম লাংলেন, থাদোই নংবু স্নাহল
লৈবাক স্নুঙাই লৈচাউনব কেগে মোইরাং হরাওনব
খুমন নোংময়ায় খম্বগী নবুধো থাংজীঙ লাইমাং
জগোই কংলু হাইববু ইমোম করি হাইবগে ?"
মমাতোন পাওখুম ওই খুম্বা কোচি থাঙকই—
"মোইরাং লমজা মচাগা করম্না জগোই শাদগে
নিঙোল ওইবীনে নচাসে ইমাতোন ঐদি ঙম্লোইবো !"
মবৌ তৌনা ঙাঙকপা থাদোয় মরা তাবদা
আরাম শঙ্গাই শাৎচবী তম্পাক যুমগী লৈমদো
মোইরাং চাউবা নোংথোম্বা কেগে লৌশিং ফম্নাইববু
মমোম ওইবী মকাদা মশানা হাইহন্না থারক্লে।

( ২ )

"ইবেম্মসা লেঙথোকপিরো মতম অসি থেংজিনগ্রদী
লৈবাক খ্বাই ময়ামগী কুমহৈ কয়া নুঙাইমরোই।"
"ইপু করিনো হাইবীরিসি ঐদি ব্রাখল তাদ্রিনে ?"
"মজা ইবেম্মা থাদোইদি ব্রাখল ইতা তাবিরমদ্রি
নবুধো থোগল ওই জগোই লেঙথোকপিয়ু হায়জবনি।"
"ইপু কনাগা শামিন্নদৌরি কোলোইনা করি কৌবগে ?"
চাউবা ঙহাক লেপ্লগা মখা অমুক তারকই—
"জগোই শামিন্নসি হাইনখিবা মোইরাং কনাগুম্ব লৈবিদ্রা ?"
"ইপু নগুগীদি লৈজদেয়ে কনাগনো ময়াম্মা হাইনরিসিবু
মোইরাং করি লমদগীনো কেগে কনাই মচানো ?"
"ইবেম্মৈ ব্রাতা সিদি ! নমাইবেম্না কনাগুম্বগ নিংশিংবীরমদে ?"

"ইপু ঐদি ইমাতোন্দী ঙসিগীবু শুকউ উন্নজদ্রিয়ে
নশুগা জগোই শামিন্নদোসি কনাগনো অমুক্ত হাইবিয়ো
করি থুন্দা লৈবনো মোইরাং কনানা পোকপনো ?"
"ওন্থোক্রস্থু খংমনবিদেদা ইবেম্মা, পন্দ্রিথৈ খঙোই নিংবিরবোই
নপাবুঙ ইবুংঙো মথংখন্না রাঙ্গোননিংথৌ পানা পাম্বোম
থুন্তক লৈরোই মকোক মাক্লোরেন নোংয়ায় মেলৈলাংবগনে।"
"ইপু মতু ওইরদি নশু ঐদি ঙগজরোইবো।"
"করিগীনোনে ইবেম্মা করি মুঙাইতবা লৈবগে ?"
"মুঙাইতবা লৈবগী নত্তেয়ে নশুগী শক অসে
ফজব খর রাৎপনে জগোই থোকপা ইকাইজেদ।"
"থাদোয় লৈরাং ওইবীগ খুগন নোংয়ায় খম্বগ
নবুধৌ থাংজীঙ লাইমাং চীঙ থোগল কৎপদি
লাম্বা চাব য়েং খোয়ুম্না শিম্ব। খুজিন্নিনা
মজা ইবেম্মা লেঙথোকপিয়ু জগোই ঙহাক থোম্বীয়ু।"
"খংদরেনে হাইরিসিবু ইপু করম হায়নবু শাদোনো !"
মপু চাউবা মফম মুরা শোন্থাংননা শোন
ভোমথীন হৌবা শিঙেল লোক্তাক হেন্বী থম্বাল
আরাম মোন্তেক থক্তে নিঙোল লোইরোই লেংখৎলে
মশাবী ইবুঙো নোংয়ায়গ জগোয় শামিন্নগে খন
লৌয়াং ফৌদি মনাদ মালং ইথক হৌগুম
খোয়ুম তাইবং তিল্লব মোইরাং লাইবুঙ য়ায়
মুরা নৌবী খোঙ লোইরোই ভল্লপ থাঙকই।
লৈপাক শোরু চিংলিবা নময়ান থুংন কুল্লীব
চরৈ নমখাং ফিদোন্দো মনায় শেনুনা পাইজেম্নে।
কেগে চাউবা নোংথোম্বা থাংলেন খুত্তা পাই
লৈবাক মীয়াম মাং থাদোয় থোগল ভোজেমই।

মোইরাং চন্নু ইবেম্মা তম্পাক য়ুমগী শিঙেলদো
লাইবুঙ য়াম্বদি য়োরক্লে মুরা চিন্দী লেপ্পুরি
মপু নোংথোন লুবাংস্থু ইলেপ লেপ্পু খুমকই—
'ইপু য'রদি তোকচরগে জগোয় শাবস্থু হৈত
করম্না জগোয় থোক্তুগে মতুনা হেন্না হকাইজরেদ।"
"লৈমা কোনগী নিঙোলনা জগোয় শাবিব হৈএবা ?
মতুনা হেন্না ইকাইদ ঙহাক মশাবঁযু কৈদোগে ?"
"ইপু মাইদ ঙমজররোইদ জগাই অসি য়াওজররোই !"
"অঙাং নোংয়ায় খম্বসে ইকাইব তাবে স্নাহল
লেঙদ লেঙশিনবীরদি খুমন নাক্ত ষোশিন্বীরো "
ঈশিং মচা কাঙঙনা নোমহৌ নোমহৌ থাংগুম্বী
যুম্লমনা লিক্লা কানগুম্বী তেনবানা লৈপাক চংকুম্বী
থাদোয়না লোইরোই থাঙকপা স্নাগী খোঙথাং অতুনা
মবুধো লাইমাং য়ো নোংয়ায় নাক্ত লেপলরে
তানফম অতু ফাও মপুদ ঙাংব তোক্তরি—
"ইপু জগোইসে ইকাইজরেদ ! ঙমজররোই তোকচরগেদা।"
"য়াম্না হাইবিখরেদা স্নাহল নিঙোল ওইরস্থু পীবাগুম্বনে
লৈপাক নুঙাইনব থৌদাং, ইবেমখোই শরুক ওইবনে
স্না পুক্লিংন য়েং ফনবা অতুম শিন্বীরো
মীযাম পুক্লিং পেন্নবা নিংথিনা জগোয় থোন্বীয়ু
নপু চাউবা ঐহাক্কী জগোই ঙাকচগে" হাইরম
মোইরাং নোংথোন অঙম্বা নিঙোল নাক্তগী হলক্লে।
থোংলেন মনাক য়োবদা কেগে লালোই তানবনা—
"কবিনো ঙাস অসিবু মজা ইবেম্মা থোইবীসে
মায় মায় হাইরগা লাইমাং য়োখরেনা ইত্তাও !"
"হৌনবনী নিংথো মচানি খরস্থু কেথোকপা হৌনৈদ।"

( ৩ )

কেগে লৈরাং ওইবী নুরা ইবেম্মা থোইবী
চাউবা লৈত্ত উবদ মনায় শেগুদা ওনশিল্লে—
"অচানবী নংবু তারিব্রা নংদি ঐবু থাদোকপিনো।"
মবেম্মে মরা তাবদ শেগ্ন য়ায়া ওক্লবোই
"জগোই হায়সে ইবেম্মা পুংলোনগা চানা শাবনে
ননায় শেগ্ন ওইবীগী তোনিঙাই কারি লেতেকো
খুমন ইবুঙোতোন্নে লৈরিসে, ফনবা অতুম তান্নবিরো।"
থাদোয শেম্বী অচান্বী কেগে লাইবুঙ থক
নিংথৌ কোনগী লৈরাং লৈমকোনগী থম্বাল ওইবী
থেক্ল নৌবী নুরাদো কেনা ফজবী স্নাদো
নোংযায় নাক্ত থম্বীরম মতম লাংদ হনথবে।
কেগে কোইনা ঙাঙ্গবী লৈরাং ংম্ফা ওইবী
নুরা ইবেম্মা থাদোয় কানরোই খল্লবোহ পুক্লংদ
মথংলেন মমানমচাগা মবুধো' জগোই কংনবা
চরৈ ফিজেৎ শেং নিঙোল কেবা হৌরকই।
নুজা শমু নমদৈ ফিরেন নমথাং তজাবী
পাইশিল্ল খুদাপ ফাবী শন্দোক্ল শরা শনবী
স্নাগী নমথাং তথোংপী উচী থোইগী খাংদাগুম
থোংন নৌবী খাংজুদ খাংচেৎ মচি লাংশিল্লে
চরৈ শেম্বা লোহরগ মশাবা খুমন নোংয়ারদ
শিঙেল লৈনাং ওইবীনা মোমোন কৈদা ওহ্
মিৎচিনা থোইথোই য়েং জগোয় কংশি তাক্লমই।
মথংলেন ইবুঙো খম্বগা জগোই শৈহৌ হৌবদ
নুরা ইবেম্মা থোইবা চাঙ মাবু খুরমজে—

"ইবুধৌ থাংজীঙ কোইরেল্লাই মোইরাং থাংজীঙ লাইনিংথৌ
ঈশা মাপল পুবলাই ক্বাক্তা মুংশিং লোইবলাই
নশুনা জগোই কৎচব ইবুধৌ থৌগল তৌজব
খোযুম নংনা পেন্নীযু চীঙু নংনা চান্নীযু
হো চান্নীযু হা চান্নীযু চান্নীযু দে!
মোইরাং লাইবুঙ থক্ত চীঙুব নংগী লাইমাংদ
নশুনা লাইবক চাউবীনা লাইনিংথৌ থৌগল তৌজব
হৈরাং খবাম্ব থেঞ্জবা লৈবাং চবোং কৎচব
খোযুম মরৈ চাউবীনু চীঙু লৈপাক ওৎপীনু
হো ওৎপীনু হা ওৎপীনু ওৎপীনু দে!
চীঙু লাইগী লাইনিংথৌ পোৎসৈ লমদম ঙাকোলিবা
মাশেম কোন্বা লৈশেম্বা তাইবঙ খুংশেম অংাধা
লাইজগী ঈরম পিবলাই মালংগী থৌরম লিশ্বলাই
ৱাঙ পাদ পীবিযু লৈবাক মরা ওপইন্নীযু
খোযুম নংনা চান্নীযু চাঙু নংনা কুবীযুদে!"

খুমন খোইমু ওইবগ মুরা লৈরাং ওইবীগ
কেগে মীয়াম মাং মোইরাং লাইবুঙ থক
কেনা নৌনা শারকপা জগোই শাথেক উবদ
মাইগৈ ওরাদা য়েংলিব মীয়াম মমিৎ কুপ্তুরে।
লোক্তাক খোংবান মালংব নেমনেম শিংপা খঙোম্বা
ইরাং য়েংব কোইরকপা জগোয় মতা উবদা
খোংদোয় কন্না হুম্নগা কুম্মৈ কাইগত্রা খন
নামিবা শউম থোক্ত তুমিন্ন কুম্মৈ যেংজবা
জগোয় মতাং যেং মযাম্না খুবাক খুবদ
মালং ইপোম কাখিব থাদোয় হক্চাং থেংলবোই
কোইনা য়েংলিব মীযাম লৈনম ইরাং হৌরক্লে।

কাংবু কাংবু শুাংনরক মাইগৈ মাইগৈ নিন্নরক
কদোমদৈ থম্বাল মনম্নো ওন্তোক্ল যাম্না নুংশিদা
যাম্না হেকমক নুংশিরে থম্বালদি নত্তে লৈহাওনী
হাইনরিহু ওন্নরে থাবন্নে মনম ওইমালে"
মচু ময়াম য়েৎনরক লাইবুও পুমহো হৌখরে।
হৌননা লাক কাংবুশিং থওইনা হেক য়েৎনবা
চান্নবা শাওনবা যাও, কৌনদ কয়া য়াওখরে।
লৈমনেল লাংওল চংখোনী মদোম পোকপী স্নাহল
ফৌওই লাতরেম্বী শাইগুন্নে নোংপোক পান্তোইবী লাংগুন্নে
মশাবী থুমন মকোংজাদগ অপাম চুংশি তেমশিংন
নুংশি গিরি কোন পামু মাগী মঙ্গংলাং
নমু তাইবঙ মীরমেন লৈমরেল গুইবী লাংগুল্লকপনে।
কোইরৌ জান্ন থম্বালনে পুংগিল ওইর লৈতাওনে
ওাইনা মতম চংল থাবন্নে মনম নমংখী
মুংদাং মপ্যং গুইর থাবা লৈনম চেংবী
কেগে লৈবাং খেতবনে মোই ং খাদোয় মানে।
শিগুেল লৈচু পাপ্পবী গমগী খোইনৌ থম্বালনা
শাতজ ইপাল লাং ইমুগী ময়োন শৎপদ
চরোৎ অঙোবা মবানে য়েনশিল শংত্রে মনানে
হৈজাং হৌনা লাইবকডৌ তখেল্লেমরু খোংজায় নাপী
চম্মু মতোন অনৌবা তৈরাং চম্প্রা মপুমনে
মরৈ মুন্ন কুৎ লায়োন পরেৎ থুম
কোইরৌ ভুম্নী চুপ্পা লৈপাক লৈবোন চল্লুবা
মচু তাবা চিংাইদা মতা ইবেম্মা পান্তোইবীনা
মুরা মাদি থংহন্দা মতম নাইবা লৈতবা
মনম অহুম চুশিন্না লাইরা অমা কাযেম্বোহ

মবুধো থাংজীও লাইমাং মশাবী খম্বা নাতুদা
মুজা ওইবী লেপ মালং শউম লক্তুদ
লৈরাং লৈনম অক্লমক্ত মাইগে থুংন য়েনবনে।
অস্তম ঙহাক লাংলভে জগোই খোঙথাং কুংলকপা
য়েংল য়েংল ফজবী উর উর নিংথিবা
থেক্ক-থেক নোগ-নো থাদোয় মানা থেকথরকপা
চোংগ-চোং ফনগ ফন থুমন মানা শাদোরকপা
যেংবগী পেনবা নাহক্রবা জগোইগী ফজব অক্তনা
লেনম ইরাং নমহৎপ্রে মীয়াম লাংবা তোকথমে।

( ৪ )

চুমদ চুম্বা তনজেনি খুল্দ্রে নারিল থেংপান
নোংশা চারাম্নবঃ মানবা খম্বা মাগী শাওংনে
চাঙদম শাদম শাবান' নান্ন ফজবা কুচুদা
অরংবা খুরিৎ শাইগক' হকচাং কায়াৎ কপ্পনে।
অরংবা লংদি মুগ'লং কএং মুগ'লেন্না শাম্বব
তোপ তোপ্পদি ফিরেল লুনা নাখ্র ফেজোম
চবৈ পুম্মুম তাখৎন নোংয়ায় মানা শেৎপনে।
শামু নাতোন মান্না পাম্বোন মতা ফবদ
লৈরোং মতেক হকপা পাম্বোমফাবী লাকপনে।
চেংন তাবা খুজেংদ মা খুজিনা লৈজংই।
শমজীন্না কোক্ত হাপ নিংথম্না খ্বাংদ য়েৎ
থুমন শলাই ফিজেৎ পাখং ওইবনা শেৎলকপা
লৈবাক ময়াম মমিত্তা ঙক্ল ফজনা উথিদো।
ভম্পাক বুমদ পোকচবী নিংথৌ কোন্দ চাউজবী

য়েংবগী পেনবা নাইদবী স্নাগী শাবাল লময়োৌবী
শিন্নায় লৈমা লংচাককুম তিংদ য়াংদ ফজবীনে।
কোইরৌ ইম্নুং চঙমদায় নোংচুপ লোইবী চিংদোন্দ
ঙাঙ্‌্রাবা মঙাল লোকপদ তাইবঙ পুক্লিং নৌহন্বা
অহিংবা স্মা মাম্নদো ন্নুরা ওইবীগী কুচুনে
কোঙ্গোন্না মবক খন থবী মকনা য়ায়দনে
চুমথাং শাবা লংথাইদ পাবোং তাব খোইনা
মাইগৈ মরি লাক্লবু মায়োক কাতুপ চংশনে
তেঙ্গা হকশা মনাক্ল অঙৈবা কুচু পাম্ফেলনা
ছন্নী চনবা থাজনা থক খা চিঙ্গোক্ল
ফিগোক্ল থক্ল থং পান্দোশনা খাদ থং
কবো যেত্তুম নামিবী থাদোয় শংন পাই
পিথাই শমুক থক মোলাং য়াইদ চন
লোঞ্জরবা ময়েক লাইবা মপুম কোইবী পুমথিং
নৌদ নৌবী খাংতুদ খোইদোম লাক্লা শেংশনে।
নমগী চাগ্লক খাইর অবংশ কোঙ্গোন থিন্নী
খোংক্রুম শাবী ফিরেল নিঙোল ওহবীগী ফুাবং
মুজা শগু নমত্তুদ হকচাং নপ্প লিংথালদো।
থম্বৌ হেন্না মানবী পুন্না ফজবা পাম্বোমগী
চেংদ চেবা খুজেংদ চীংলাই ময়েক চল্লবী
সনা পুজি পোপচাউবী মুন্না লৈত্তেং ওইবনে।
কোইককুবা শম্লাং থক তথক লংব চগেংলৈদ
উরোক লেম্প্রা মত্তুনা ওই ওইনমা থেং
মশাবী অমুদোন খম্বনা নিঙোল ওইবগী তমকপা
মেন্গৈ চবোং অত্তু য়েং ওইনমা থেংশনে।
তগুপ তরেং হাইবা কুমুং নাইন্না নাদনে

থাবা ভাঙোই লিক্লাং, শন্দ্রেন্বী কিয়াংলিকফাং পরেং
অকবা লিক্লী খুজাইগুম ঈশিং চেন্না উববী
মতা ফবা ওকশমগী লফোই খোককুম ভৌরবী
ওমথরকপা থবাক থক থাদোয' লৈতেং ওইরিদো।
পাইশিল্লা খুদাপ ফা শন্দোক্লা কৈদোম লাক
তম্পাক ঘুমগী ফিরেন স্নাগী নমথাং তজাবী
থোক্লি মখৈ য়ারবা নৌদ নৌবী খ্বাংতুদা
চেৎনা গুপকী কী পুন্না মচি লাংবনে।
নিন্দু ফান্দোং য়ৌরিবা চোইনা তাবী শন্নাংনা
থাদোয় শাথেক তুংইন্না মালং শউম লক্তুদ
তুংয়ান ফজবী স্নাগী তবোপ তবোপ তনৌবী
শমু নঙল থক্ত কেনা লোইয়োই হাইবদি
কুমগী ইনৌ শাবদা হায়ৌ তময়া লবুক্তা
ক্লমিৎনা চীংয়া থাউকপা ম্নংদাংবায় মতম ওইবদ
মালং ফৌরোই ইথক্ত ফোনানা ইপোম কাওমই।
থম্বাল লৈনা মাল্লবী য়ায়ৌ শজ্ঞী মিত্তানা
তানকম চাবা মতাংদ হায়ফেং মোমোন নোক
লোইদাম থাজ মান খুরা থমোয় গুমহৎপা
খুমন মাইথোং লকাদ মিৎচী কারল চৎলকপা
মশাবী ইবুংঙো নোংয়ায়গী থমোয় ইপোম তৌহল্লি।
লেমৈ ভাতেন মচিনগুম তনৌ তনৌরবী খুনিংনা
লাশিং তেরা মফোনগুম খোৎন নৌরবী খুয়ানা
মালেম লৈকল থক কাইদ কাইদ থাং
নৌদ নৌবী তনৌবী থাওদন মাল্লী তথোৎপী
লৈহাও লৈরেল পুস্নুম্বী মচা তাবী খুৎশানা
ইংলোন তাম্বা চানা থেক্ল জগোই শাবত্নু

নোংবাল আথা কোয়াগ্না মোইরাং তরেৎ শেলুংহন
মুরা ওইবীবু পামজবা থমোয় থাংবা ওমত্রবোই
মনাক্ত লৈবা শৌরাদা নোংবান তম্নবা হৌরক্লে।
"শৌরা! শৌরা! নংবু তারিত্রনে চগদে মচা
মজা ইবেম্মনা শাবিবা জগোই অসে নিংথিত্র
খুৎথেক শাথেক লাকথেকসে ফজত্র য়েঙুনে শৌরা!
নোংবান ঐগা শামিন্নরদি জগোই কুম্মৈ মুঙাইনিকো?
লাংবল পেরুক্না চগুম চগেম্না মরেং থোম্বা
লমজা মচা অসিগা জগোই শাব অসি
মায়াম মমিত্তা ওম্লোক্ত নুঙাইত উরেদা ইবো!"
কোয়ান' থাতা অহুদা অঙোন য়ুমগী শৌরাদো
মমিৎ মনা কৃপ্লনা জগোই কুম্মৈ য়েঙম্বদে
খুমদ য়াদ মতাগুম হরাও হরাও খুমক্লে—
"হোইনে ইবুঙো শেলুংবা খম্বা মাগা শাবসে
খিৎ হেনমন্না উখরে মিৎহম হোংব য়াদরে
মোইরাং লাইবুঙ অসিগা ওম্লোক্না চান্নদনা উরে
ওঁকহনা ফৈদ জগোইসে শেলুংবগা শানব তৌবিয়ু
কুম্মৈ মঙং অমগুম ময়াম য়েংবা নুঙাইনি।"
"হোইনে শৌরা য়েংহৈদরে মোইরাং জগোই কুম্মৈসে
শৌরা! নংবু চঙুনে লমজা আসি কৌথোকউচো!"
"মহুদি ফনা লুই ঐগী ইতিক নত্তরে
ইবুঙো শেলুংবা লেঙশিন্বীয়ু মহুনা হেন্না ফনি।"
"ঐনা চঙগে হায়ববু ইমান থোংলেন লৈনে!"
নোংবান শৌরা ইন্নরিঙৈ অরৈবী জগোই মতাংদা
কেগে লৈরাং থোইবীনা নোংবান লোমদ ওনশিল্লক
মুমীৎ চৌংয়া থাংবদ মালং লিয় হুমালডৈ

লৈশাং তম্বা উরিনা নোম্না নোম্না হাইবগুম
পুংলোন তাম্বা থক শিঙেল লোইরোই থেকপদ
গুরাগী ফজবী মাইথোং নোংবান মানা য়েংলুবা
খ্রাখল অমদ ফৈরককপোই স্নাহল শারিব জগোই
খম্বগা শাবনি হায়রা নোংবান ইকাও কাও
পুংলোন তাম্বা চানবা মাগী মফম লাংদগী
জগোয় থেরু থেক্না কেপে কোয়াম্বা ছোগৎলক
থাদোই নাক য়োনবা জগোই লৈনা চঙক্লে !
নাংবান মতৌ উব' লৈপাক মীয়াম অদু
'কোংয়াম্বা শাই গুরুরে মতৌ অমা গুংরে"
হাংনা বা লাওনা অমত্ত থাক্ত নোক্লকপা
শোবানা থুনা চেনশিন মখাদা তাপ কোন
থোইবী ওক্তরবা নোংবান্দো ফম্মমা চিংশিন ফমহনখি ।
শনুংবা ব্রাখল তাবকপা খদাং কম চিক
"য়েংহৈদ্রে য়েংহৈদ্রে কুম্মেসে লমজানা চাউবা কুম
শারানা ডম্বা চাহ লৈবাক লৈচাওবা ওষ্টরোই !"
মুকম মুক্তম শোন মোইরাং নোংবান খাংখরে ।

( ৫ )

খম্বা থোইবী জগোই থাদোয় নোংয়ায় কুম্মেদো
মুঙাইবা নপুং ফারবোই থোংলেন লালোই তাম্বনা
থাংলেন খুম্ভা পাই জগোই হোয় লাংখরে—
আ ! হৈয়ি হে ! হয়া হে !
হযা ! হয়া ! হয়া নগে সে !
হোই ! হা ! হোই ! হা ! হোই হা !

হোই ! হোই ! হোই ! হা ! হা ! হা !
হেরিলে ! হেরিলে ! হেরিলা ! হেরিলা !
হৌ ! হৌ ! হে হৌ। হে হৌ !
হয়া সে ! হয়া সে ! হয়া নগে সে !
সে সে শাগৎলো ! শাগৎলো ! সয়া শাগৎলো !
শাগৎলুদা সনাহল ! শাগৎলুদা তোম্পোক !
য়েৎনা শাবা জগোইদি য়েৎত্রাই জগোই কৌইদা !
ওইনা থেকপা জগোইদি ওইত্রাই জগোই কৌবনে !
নোংদোলদা নোইনা শাবদি নোংদায় জগোই কৌএ !
লৈদা নেংনা শাবনা লৈতায় জগোই কৌই !
সে ! সে ! শাগৎলো ! হয়া শাগৎলো !
কেগে থাংজিং কোয়রেল্লাই, মোইরাং কাশারেন লাইয়িংথৌ !
মশানৌ তম্ফা লাইরৈমা য়িরিক কোম্বালনিংথৌ চন্নু
কাংক্রু লয়হৌ পোকপীদ থাংমৈ মাপল থাম্বা
পশোৎ লমলোই ভান্নী লাইরা লৈমা লৈশনথানবী
চৌঙ খোইমোম অনিগী ভাঙোহ মগুনাংদা
কুগাতুম কুপ্পা নোইও ! লংতুম লংনা লোইও !
সুপান চৌংনা নোইও ! থেক্কা কেনা নোইও !
সে সে শাগৎলো ! সয়া শাগৎলো !
সনা থম্বাল লৈ ওইবী ! ইরাংলোনবী থোইবী !
কেগে নিংথি তরেংবী ! থাজ মানবী তথোংপী !
শাগৎলুদা সনাহল ! শাগৎলুদা থাদোয় !
পুরেম্বগী খুৎশেমহৈ ! ভাখলৈমা নাওয়োকহৈ !
পারি নোংয়ায় থম্বা ! খুমন তোম্পোক শাজোবা !
সে সে শাগৎলো ! সায়া শাগৎলো !
চৌংশোং খুনুদি লমলৈমা ! লমগী খুনুদি থারিকপী

পামেল উকৈ থক্তা পোম্বী চেক্লা মৈপুংবী !
চীংশোং মতৈ-মনাওনা চিল্লোক্লনা নোইগুম নোইএ !
রাহোং লাবা মৈচূম্বী মমৈ ফম্না নোইগুম্না
সে সে শাগৎলো ! শাগৎলো ! সয়া শাগৎলো !
কেগে লৈকোয় পুঙ ভাঙোয় শাংদোন য়ায়
শাংদোন লাইনৌতা কেগে হেনমোই পুঙ
মোইরাং লাইপুঙ থক সনা লৈয়োন থক্তা
লৈরাং খোইমু অনিনা জগোয় খুৎথেক কৎপদি
চীঙু নোংথৌ সোরারেল অরাং পাখং যোইরেল্লনা
য়োইবু খোইমোম লাইমৈমা কোবৌ নোংদোল লৈমগা
মুংনাং কাউখং কোন্দা নোইগুম নোইএ !
সে ! সে ! শাগৎলো সয়া শাগৎলো !
তোইবী তংকামুবী ফুইতিংরাক খুয়োন ফূদিংলৌবী
তৌরা নোংদং লেংবী খাবা লেংনৌ মোম্বী
লৈমরেল অরাং পাম্ভোইবী মশাবী কায়নৌ চীংশোম্বগা
কোয়ৌ থক্তা নোইগুমএ মহৌ চীংদা নোইগুমএ !
নিংথিরে ! নিংথিরে ! য়েংবগী পেম্বা নাইদেদা !
সে সে শাগৎলো সয়া শাগৎলো !
রাকোল্লো ! রাকোল্লো ! রাকোন্না কাপ্পা লিকাপ্পা
রাকোন কনোই নোই ! সয়া শাগৎলো !
চীঙদা তাবা রাকোন্না তমদা তাগে মহায়বা !
তমদা তাবা রাকোন্না চীঙদা তাগে মহাইরে !
হোয় ! হোয় ! শাগৎলো ! হয়া শাগৎলো !
কুমগী মতম লাকপদা পাংকী লাইজ ইয়াইদ
হানৌনা লেংলেং চৎপা হুপ্পৌনা রায়রায় লাওবদ
কুমগী লৈরাং থম্বালনা মালং ফৌরোই তুংইন্না

ইপোম কাবা লাইজদ নোমনোম হাইবা তাঙ্গাদ
চেঙ্গৈ খুন্দোন খোইরাবা ভাঙো পাংকী খোইমু
শাগর তুফাং য়েনা থম্বাল লৈকা তোংদোগী
কোইনা কোইপাই পাইবগুম খম্বনা শাব জগোইনে
আরাম তম্পাক শঙ্গাইগী থাদোয়না খেকপা শাথেক্লে
মোইরাং থাংজীঙ লাইমাং কেগে লাইবুঙ থক
থম্বাল খোইমু অনিগী কুম্মৈ মতৌ ওইখরে
মবুধৌ থাংজীঙ কোইরেল্লাই চৌঙু পুক্লিং খোইদারে
মশুনা নিংজব। থংহনগে খোইযুম ওইবা খনখিদো।
মোইরাং লৈবাক মীয়ামস্সু খম্বা খোইবী জগোই
নিঙোল ওইবীনস্সু হেন্দে পিবা ওইবনস্সু তাদেদো।
মুঙায় নুঙায় হাইনথি পুংপেন ওইনা পেন্নখি।
থাদোয় খম্বা অনি জগোই শাবা লোইর
চৌঙু থাংজীঙ খুবম মাইগৈ মাব শুপ্পবু
কেগে লাইবুঙ মীয়ামদো গুরা পাখং নোল্লমই।
মোইরাং চন্দ্র স্নাহল মন্ধম লাংদ চঙমদাই
মশাবী হবুঙো নোংয়াইদ কেনা খোইখোই য়েঙমই।
খুমন অঙাং খম্বস্সু মতাং অদু চান্নবা
মশানৌ ওইবী থাদোয়দা মোমোন হাইফেৎ নোক্লমই।
অনি অদু মতৌদ শেন্নু ওইবী হরাওক্লে।
মদোম পুক্লিং খোইরাংবা কেগে নোংবান শেলুংবা
খোইদৌ ফুক্রা খোইশাউবা মোইরাং আথা কোংয়াম্বা
কলকপনা থমোই থুম মীহৌবনা মীপাই চাও
মথুং শুরুশুক নোই ময়ুম মরাল তমখিদো।
কল্লক খম্বল মীতাবা, মীহৌ লাংদা থবশে
থম্মোয় ফাথ ঙমদবা অপঙবা মীদ চেনবা

কোকপা কৌদ ওমদবা তমথিবা লাইনা মখলনি !
ইকায় ফিরুক খুম পুন্সি লাইমল ওইহৌনি !
থম্মোয় লাকশিন ওম্নবা নশানা নশাবু শেন্নজো !



# মুক্তা

## ( ১ )

কেগে মোইরাং লৈবাক্কী অকল অথৌ অপুম্বা
ইনুং শম্বা ভানবদ মবুধৌ থাংজীঙ হৌরাঙকম
ইকোই কোইনা ফম্লবা কোহবৌ শেংবা মতংদা
কেগে লৈকায় খুদিংদে মোইরাং খুজেল খুদিংদে
মুক্তা হৈবা খনগং চৌউবু থাংজীঙ লাইহমাং
মোইরাং লাইবুঙ থক মুক্তা ওখংনবী হৌখরে।
কেগে লৈকোই পুঙ মোইরাং লৈতেম পাং
চৌউবু খোয়ুম্না কোম্না মোইরাং নিংথৌন পানবা
পোইরৈ লমদম পুম্বদে খল্লকপা মুক্তা হৈবাসিং
থাংজীঙ লোকমাহ থুং ময়াদ য়ায় পুরবা
নাইতোম তাব শানা মরংগী য়েন্না হাইদংকুম
খম্বা নোংবান অনিনা অমত্ত খাক্ত থারক্লে।
নোংবাম্না শোক্লম্বা ময়াম মবুক্কিং মুঙাইত রায়ৌখি
মুক্তা থারবা মক্ত মতুং অমুক হৌরক্তনবা
মাবু কিননবনী হাই তুরবা মীশক অতুব
খুনিংনা কক রায়রম্বা কীন্না থক থিলম্বা
তপ্না শোক্লম্বা মত্তে কোংয়াম্না পাঙন্না থেংবদি
চিদাক ভাংক ফানা কল্লা রাস্তবা রাওখিদো।
খুমন মানা থারুবা তুরব মক্তে কোনথংলমই।
"ইবুধৌ থাংজীঙ হরাওবৈ লৈবাক মুঙাইনবা শান্নবনি

চীঙু নোংদম খোন খোয়ুম মাযপাকচবনি থৌজাম্না
পুক্লৌ প্যাম্নৌ তৌবিন্নু পুক্নিং মুঙাইত থম্বীন্নু"
অতুক য়াম্বা ময়ামদো মপুক শাউদন' হায়জখি।
নোংদোল কোবৌ চাইথরক লোইবী চীংদোল থক্কে
ঙাঙ্বাবা মশেক মঙাল' চীংযা ভময়া ঙাল্লকপা
মালেম কোরি চেল নুমীৎ চীংয়া থাংলবা
মুংদায় ফজ্জ মতম হকচীং লাংবা তাঞ্জাদ
খম্বা নোংবান থেংনবা মতাং অতু ঙক্তরক্লে।
কেগে শেল্লুং ফয়াইবা নোংবান আথা ক্লোংয়ান্না
হন্দক মতাং অসি খম্বা থাব ঙম্লবা
শোইদনা খোইবী লৌমে নোংবান মপুক্নিং খল্লিদো।
চহি কুমজা তনেৎ মনম লৈখাক ভারক্রবা
মোইরাং ভরেং শেংহন্না খুনথা লৈরোই মাকাক্লে
অঙাং নোংযাব খম্বনু কবিন্দ্র উশৎপ লৈলে।
পানা কাংজৈ হাক্তক থুমন্না মনু থাখিবা
খুজং খুংনান থোক্না পাঙ্গা চাদ থাবান
হন্দকী মতাং অসি মতৌ লমন শিংতোগে
কোংয়ান্না মাগী মপুক্নিং চপ লেপ্পা খনখরে।

( ২ )

খম্বা নোংবান অনিদো লাইবুঙ ম্যায়দ থোবক
মোইরাং নিংথৌদগী হৌ অঙম্বা পুখ্রা খুরম
কেগে লাইমাং চংশিলক মরূপ ওইবে লেঙ্গোন্ন
থাপ্তুক অমুক হন্দোক্লা অনি অতু লেপ্লকপা
মোইরাং থোংলেন অথৌবনা শ্বা হাংনা থাবদা

নোংশা চারাম্নবা মাম্বা ইনখংলকপা শাবান অনিচু
মুন্না শংত্রিক য়েংন লেংন হান্না চংদোগী
চেপ্পুক ওইনা পাকথ থজিক থজিক শিংচিন্নরক
নক্ত নকপা মতাং পাম্বা মান্না অনিদো
খোংক্ষমলৈদ থংবাও কাও ঘালেমলৈদ থংথিন থিন
ফন যন চোংশিন্ন খুভম চেৎপা তান্ন
কাওব মবেং মাম্বা লেংজুমগ লেংজুমগ তক্লবক
শাম্ন নাতান মাম্বা পাম্বোমগ পাম্বোমগ য়েংন
অরাং কৌত্রু লাইশা যাবেন যাত্তোম্পোক্লী শামু
মযা থম্বৌ মাম্বত চাংগী লৈঙাং লৈশিন
লফুনা থাক্লক হৌবা ঙামঙাম তাবা তময়াদ
রাংবা থোংবা মান্নবা শল্লুপ পুবা শাগা
লিঙায়দ হৌনা খেক কৈনা চাংলিন থেংনগুন
খম্পা নোংবান অর্ন মুক্লা শান্ন হে খবে।
মচুম তাবা শানু খেন্না খোংনা যাথিন্নগুম
পম্বা কৈশক্লবা আন কৈবেল তেংথাননবা পাখং
তম্বা কংলা কাউনরোই পানা লুচিং অনিনা
শয়েং কন্না থেরুবক পাম্বোম কন্না ঙানরকপদ
যেংলিবা মীয়াম অদু ফুক ফুক হৌগৎনা
মাগী মাগী পানানা থোয়ননবা লাউনবক্লে।
মচা ইবেম্মা থোইবী মোন্তেক থক্ত ফম্বদৈ
মনাই শেন্ন অচান্দীগা ফম্বা য়াদা হৌগৎলক
মশাবী খম্বনা থাহন্নিং খুমন মানা ঙমহন্নিং
গুরানা শোম্বা লাই নিঙোলনা নিংষবা হোযুম
খোংব লাই তিংখাক ফাও স্নাহল লোইনা য়াংখরে।
লাই লিলিং লিলিং নিংশিংবা থোকপা মখৈ

থাদোয় স্নুনা শোম্বনা নিংশা মতেক চেনখরে
মতমগী কুম্মে ফিবোংগী লাইনিংথৌ নোংইরাং থাংজীতনা
শেমক্লব শম্মু অনিদো কেগে নাইবুত থক্ত
রাংলেন পুংখাই অমরোম মাইগী তারাদ কৈনা
ত্রানফম কায়ব যেংনরক যেং ও থইদ চিং
কন্না মুক্রমকপা মতাং নোংবান আথা কোংযম্বা
খম্বা মাগী পিরৈদ য়েংকৈ খুব অচুনা
গৃ গৃ লৈনা কন্না হেকমক তন্নবপোই
মথম চাদ থেডনা খুমন চেপ্পনা খাংনিদো।
নোংবান মাগী থোদো খম্বা খাক্তক নুঙাইতে
"কৈদোগে ইতাও নোংবান অনিবু কোমবা থোরুবা
মরাইবক থিবা অমনা শোহদন চুবা হৌনরে
পুক্রিংদ য়েংথিগুম তৌরকপা লমজা পুক্রিং মুংশিকো"
খুমন অসুম খন তাঞ্জা চব ড চবকই।

( ৩ )

কেগে নোংবান শেল্লংবা মুক্ত থানিং হানমনাখি
নোংমায়গী লো ডাহদ খম্ববু থক্ত চিংশন
লোংথ্রো তাপ্পা য়েং খুমন ধুক্কে হোংনকবা
লৈচং ফনা ফুমগ্রব মরা তাবা যুম্বাগুম
খম্বা খুবোম তিং নোংথায় লেপ্পনা লেবদ
কোংযাম্বা তৌকম লৈত্রবেই নো হিক্লোক তোকনবে
মাইগৈ মরি লেপ্পীব লৈবাক মযান অচুনা
"অভোম পিবা লো মহি মখাই চমদ্রে!"
হাইনা কোইলাও লাওরক। নোংবান ইকাইব নাইরবে

লাকচৈ হায়না শাওবনা মফম মরাং খঙত্রবোই
অমুক তাল্লক য়েং অঙাং নোংমায় খম্ববু
মালেম লৈমাই থক্তে খুদোঙ থক্ত থাঙ্গৎখি
লৈবাক মীয়াম অতুনা খুমন শোয়রে হাইনা
মোইরাং লাইবুঙ অকোইবা রা লাউনা নিন্নরকপা
পাখং মাগী মশানৌ তম্পাক যুমগী থাদোয়দো
মুরা শ্বায় লাওখিবোই নিঙোল থবাক মিহুল
দং দং চোং লেপ্ল য়োনা ঙমদ
মনাই শেন্নু অচান্বীদা স্নাহল ঙাথ খাংখিদো।
তাঞ্জা অতু খম্বদি লৌশিং কারি মাঙমদে
নোংবান কপ্লাক অতুনা খুমন খোংনেংফম ওই
নোংমায় মখুৎ নামনা কোংয়াম্না মাগী ঙকশমদা
চেজেং কল্লা কোনশিন কুমগী অঙাংচাবী ওন
অঙোম নোংবান পামেলদা খম্বা নপ্তুনা লৈত্রে।
থাদগে হোংনৈ য়াদ লংথগে হোংনৈ মঙমদ
কেগে লাইবুঙ থক নোংবান তৌফম খংখিত্রে।
ঙহাক অতুম লৈব খুমন মতাং লাক্লবোই
খম্বা থৈবোং কাকবদৈ তপ্না তপ্না শিংথরক
খুমনগী ঙকখি চপ্লী খোইরাম থেকপী নিংশিং
য়েং থংব খোং মালেম লৈমায় থক্ত
দং দং থিন নোংবানসু ওকে হোংনরিঙে
নোংমায় ওইনা শং ওই নিঙ্গোংনা দং!
নোংদোল নোংথাং কুপকুম খুংলৈ থুনা হোংনখি
মখুৎন ঙাকপা নংহোদে মফম ইখং খংহোদে
কালেন মুংশা য়েরবা লৈকন ফব লাইবুঙদা
কোংয়াম্বা লরায় অতুনা অরৈবী থানা থেংজিনখিব

মালেম লৈকল লৈমাই শেগাক তানা কাইখরে।
অমত্তু পোকপী স্নাহল মোইরাং তম্ফা ইবেম্মা
মশাবী ইবুঙো খম্বনা কেগে নোংবান শেলুং'বু
দং হাযনা থাদবা মতাং চপ চানা
মনাই শেন্নুগী মখ্যাং থাদোয় খুৎনা কোন
মালেম থক্তু লংথবা মীয়াম কনাস্নুদি উহৌদে
খোংলেন যুমগী মুব হাইফেৎ উখিগুম তৌমালে
পবপ পবপ চঙক শোক্লুব্রা হঙবে শেম্নদা।
মোইরাং চন্নু অচান্নী ইকাইগুম তৌব্রা কবিনো
"ঐখোয় ইবেম 'সিমা" মুকুম মুকুম শোন
ফক্লাং কাচিন ওনশিন মমাই খুম থাংখাদো।

( ৪ )

মুবৈ বাতা অতুনে শেন্নু মতৌ উবনে
কেগে লৈরাং থাদোয় তিংদম শিথ নোক্রমই
শঙ্গাই খুৎনোক অতুদ মুব কযা মুঙাহংবোহ
"মচা ইবেম্মা থার কারি ফক্লাং ওনশিল্লী।
নোকপা য়াওনা শেন্নু" হাইবম্ম মুব চৎখিদো।
লোইবী কুকপা ওম্বা খুমন শাম্মা পাঙ্গম্না
শেল্ল্রা উপাক খাইগুম নোংমৈশিংজংন পামেল য়াম্তুগুম
নোংবান আথা কোংযাম্নবু লৈমাই থক্ত শেংখব
নোংবান তিংদম রাঙ্খি, ঈশিং চাইতুনা লাক্লখি।
লৈবাক মীয়াম অতুনা "খুমম্না থারে" হাইনা
মাইগৈ খুদিংদৈ লাউবনপা মতুই মখোল হাবকপা
চাংগী লোকচপ মুংতুদ নোংমৈ শিংজং তাগুমহ।

মোইরাং মীয়াম মখৈ মাইগৈ তরাদৈ চেনশিলক
খুমন শমু নমদ চরৈ ফিয়াম থাখরে।
মশানৌ ইবেম্মা থোইবীনা পান্নামতপ অনিদং লাক্লব
নোংযায অমা চার খুত্তা অমা পায়
শৌরানা মনাক ঘম কন্না হুমাই হুম
লাক্লবিবা নোংবান নাক অঙাং খম্বা চংশিল্লকই।
"ইতাও ইবুঙো কোংয়াম্বা থোইনা হেন্না বারৌমু।"
খুমন অম্মুম হাইব নোংবান শাউই শুক্তোকই
"ইতাও খম্বা নং নবুক ওন্তোক্লা ফৎখিদ্রে
নংদি ঐবু যারদি হাৎকে মকপু খল্লম্বোই!"
"করি হায়নো ইভাও লৈবাক্কী মুক্তা শান্নবা
মত্ থম্বা হৌনব্রা খল্লীবা ইতাওবু ফক্তেদ।
মচুই রাম্সু কোনাথখিসি মজ্জা ইমেম্মা থোইবীনা
পান্নামতপ অনি লাক্লক ঐনা অমা চায়
খুত্ত অমা পাইরকই ইতাও নংবু চায়োইদ্রা?"
নোংবান আখা কোংয়াম্বা শাওব খঙনেম নেমথ
"মত্ লৎনবা হৌনদে ইতাও ইবুঙো খম্বা
কদাই কদাই পিরকউ হান্না অদুক চাখিগে।"
খুমন্না পিব ভাইওমদে পিরোই ককা হাইগদ্রা
নোংবান পুক্লিং খনবোই ফন হেক চোংশিন
খুমন খুত্তে মুন কোংয়াম্বা পান্না চাগ্রে।

( ৫ )

ময়াইদ পোক থেক নাতোন শারি কারবী
মপুং মরে ফারবী অরাং খুগ্রা মনাদা

কানা কাংথোন ওই হিদাক মনানা কাংখন
গুন্নুনা মোম্পাক ফিদক য়ুবীনা মোন ওই
শিংন অঙাং শার মচন গুনা হাপ
আরাম তম্পাক শঙ্গাইদ থাদোয় স্না খুৎনা
মথংলেন ইবুংঙো খম্বগী লুনা তপ্পকপা খুতপনে
অহল ওইবনা চার নাহা অমুক ওইরকপা
নাহা ওইবনা চার রাখল ইচোয় চোর
কোব্র, লৈখা তময়াদা লোইবী লোকমাই চাক্তাবা
লমশন ওন চংপ খাদোয়না তপ্পা খুত্তপনে।
প্যানাগী ময়ায় অহুনা খুত্তপকী মহাও অহুনা
খম্বনা মুক্তা থাখিব নোংবান পুংকাও কাওখরে।
মোইরাং লাইবুঙ তিল্লাব কেগে মোইরাং মীয়ায়া
"খুমন ওহ নিঙ্গোংদ খম্বনা মুক্তা লংথবা
নোংবান আথা কোংয়ান্বা মকোক থনুঙ চংখিব
শোরানা চেগপ্পা চপ্ ওক্তোক্বা রানা চিংথোকপী।"
বা রা নোক ময়ুম ময়ুম হন্নখিবা
কোংয়ান্বা মাবু নত্তবোই মবুক্লিং অহম খনখিদো।
"নোংবান ঐগী দমক্ত বানা তপচরক্লবী পানানে
খম্বনা পাও পুবনে শোইদনা থোহবী লৌরবী"
শাখিব রাখল অহুনা নোংবান পুমতাও তাও
তম্পাক য়ুম পান্ন' লোক্লুং লমশন ওন
শোরানা তুং ইন কোংয়ান্বা ময়ুম য়োখরে।
খুমন নোংয়ায় খম্বা অঙাং তোম্পোক শাজৌবা
মচেম খম্ব, পু লাইর পুঙদ হল্লক্লে।
মনা ময়াম অহু খুন্থক লৈরোই মচানা
পুরেন্নগী শঙ্গাই ফাও অমত্ত চিংথদ থিলমই।

তমথিবা অকিবা থেংনব পাখৎ' ফবা নত্তে
খুদোং থীব তার ফিঙ্গৎপ হেন্ন চুমদে
অরাবা তার মতম থুক্কৎপা থোইনা হৌনদে
[illegible]া হেন্না চানিংল খুৎ অনি থারুন্থু
ঙাইঙম শিঙমদ হায়'সে অফবা মহৈ ফংগন্দে।



# ক্বাক্তা লমজেল

## ( ১ )

কোইরৌ ইন্নুং ঙালকপা তাইবঙ শিন্থা লোবনা
অয়ুক মতম লোইরক নুংথিল মতম চঙবদা
কেগে মোইরাং নৈপাক্কী লমজেল মতম ওইরক্লে।
লোক্তাক লাইজ থম্বাল কেগে নৈরাং থোইবী
মপা ইবুঙো চীংখুবৈ আরাম তম্পাক শঙ্গাইদগী
অঙম্বা শুনা তিল্লবা শগায় পাবল থক্তে
মনম্মা ইবেম্মা খম্নুগা মনাই শেন্নু লোইনা
মোইরাং লাইবুঙ লেঙক লমজেল কুম্মে ঙাইরক্লে।
পুরেম্বগী খুৎথা হৈ খুমন তোম্পোক শাজোব
চরৈ ফিজেৎ শেৎ শেম শাব লোইর
মবায় ইবুঙো ফৈরোইজাম্বগ তোর্বুঙ তম্না কুমকই
লম্বেল লম্মা-খাং লাঙ্গোই পুক্লি তৎ
শগোল নাম্থোক চেনখিবা ফৈরোইজাম্বা তান্না নৈহোরে।
মশেল ইবুঙো খম্বা ক্বাক্তা লমদোং য়োনবা
অত্থুম তক্তনা কুমক লমথাকমদ নোংবান থেংন
খোইভৌজেং চীংজিন, নৈতানপোকপী নোংচুপ থংবা
লোইরেন সনা পুঙগী মৈরম মাইগৈ পাংবা
ক্বাক্তা শরোং পুঙদৈ নৈকায় লাকপা মরিনা
খম্বা নোংবান অনি লম্বাল লমজেল থারক্লে।
তোর্বুঙ খোংনাং মখোংদৈ কুমগী লমজেল চেল্লকপা

খম্বা নোংবান অনি কল্লা য়াংন তাঙ্গরক্লে।
খুমন অঙাং খম্বা লমজেল চেন্ন চেন্না
থবা মমৈ বাইখ্রব লৈচৌন খোং-নেংনখ্রব
মপা ইবুঙো পুরেল্লা মমা ইবেম্মা ঙাম্খৈরেম্মা
পলেম পম্বৌ অনিবু নোংয়ায় মপুক্লিং খুরুমখি।
"লমজা ওইব ঐবু অঙাং নত্রা ওইরিঙৈ
লৈকাই ফৌশু লং নোংজু নুংশা মত্তক্ত
ৱানা চাউনবা যেক্রুকপী পলেং শেম্বী ইচেমচল
লাইরবী ইচেম খম্বগী হুরাও মাচ পাকহম্বীবু
য়াংলৌ লমজেল চেনবসে নোংলৈ নো দোঙ খুদানবীবু
কাক্তা লমজেল থোহজগে নচাগী অকবা পিবীযু।"
অঙোম নিংথৌ মপাবী নোংবান আথা কোয়াথা
পনা লমজেল চেন্নসে নমতুনা থোক্তগে নিং
খজিক খরাক হেন চুম্না থোইবতা নও
মোইরাং লাইবুঙ য়োদ্রিঙৈ মচা ইবেম্মগী মাং
লমজে চাথেং মপুঙ খম্বদগী হেনগে খন
অহান্নৈ লমজেল থোংহায় পাঙ্গল য়োক্লা চেন্নব
খুমনবু লাপ্পা থনমদ্রদি থোরাং কাইব তাম্ল
নোংবান মপুক্লিং নিং অরৈবী থা চেংখোকখ্রে।
কেগে যাংবী থক খম্বগা লমজেল চেন্নকপা
লমদম চেগাইপোকপা য়োবক নারক মোংশোং মরক্তে
হান্না শয়ৌ শিন কোংয়াদ্রনা নেক থনম্বা
তম্বা কুম্ব্রা চাংখোরক খুমন কৈনা লিংখীদো।
কৌক্রু লাইশা শাগুম্বা অঙাং তোম্পোক শাজোব
য়েত্ত ওইদ চোং শনু মীকোক মগ্নামত্ত
চরাংগী য়েন্সম কনগুন কম্থোক হেনগ হোংমবা

পাঙ্গল বা তোক্লে নোংয়ায় হেন্দোক ঙমদরে।
নোংবান মাগী মমিৎন অঙাং খম্বগী বাবচু
থাপ্পা য়েংব উরুবা কোংবান্না হরাওবনা লোই
কাইরেল লুহোং খোংদাংদ কেনা কেনা চৎ
খুরাই লৈমা মপারী লাইবুঙ য়োনব কারকই।
"কাক্তা লমজেল থোইবদ মথ'খল্বা মমোম থোইবীনা
ইতৈ নোংবান শেলুংব কেগে মেহইরাং অথোবা
ননাওনা তপচবা পান্নসে হবাওনা হাবিয়ু হাই
লৈয়েন মাম্বী খুৎশানা পান্ন মতম পাই
মেইরাং মীয়াম মাং থাদোয়না হেক লাল্লক
নোংবান এৈনা লৌ হন্নাও হরাও চা
কেগে লাইবুঙ থক য়েংক ওইগ ফম্মিন্না
লেন্নবগী মতা ওই রাংলেন পুঙ্গোই পোথাবা"
ওইদ ময়াম অসিনা বাখলগী ইথক্ত তাও
কোংয়ান্বগী থমোই অদো পুমখুম থুমহৎ লারক্লে।

( ২ )

তুংদা থোরুদা পোরম মাংজৌন খংব ওম্বা
কেগে চাউবা ফন্নাইব মোইরাং নোংথোল লৌশিংব
লাঙ্গোই শগোল তোং কাক্তা য়োনবা কুম্বকপা
মথাং মেৎ লাক্লিবা অঙোম নোংবান উবদা
অওম্বা মাগী মপুক্লিং তম্না হেক্ত লামকই।
"হায়! হন্দক্কী লমজেলসে মওং মতা অমমি
নোংবান লমজেল চেলক্তে তরংদ তাওনা লাকইনা
খম্বসু চেলক উদ্বে করি লমদা লৈহোব

কোংয়াখা শরৌ শিন লম্বেল থিডণ্বা তারে
খুমন যৌবক্রী ফাও নোংবান হান্না য়োহনফদে।"
কেগ চাউব নোংথোম্বা পাইরক লৌশিং পুথোক
নোংবান নাক্ত চংশিল্লক শেলুংবা মরা হংলকই
"কোংযাম্বা নংদি করিনো লমজেল চেনবা তোক
লোক্তাক খোংবাল অসিদ শামু খোংখাং তম্মীদি ?
নতাও খম্বা উরক্তু মা লমজেল য়াওদ্রা ?"
নোং খেংল মরা তাব নোংবান আথা কোংয়াংা
কদি থোইনা থণ্ডইদে পাওখুং চানা খুম্মকই—
"খুমন ময়াল য়াব নোংবান হখোংন চৎ
হতাও খম্বা হৌরবা লমজেল য়াওবোহ হাইরকই
"লমজেল যাওবা ফান্নদে হকচাং বা তোক্কান
ইতাও নোংবান্দে হেম্বা ডমগনি হাইব উদরে
কুমজা তরেৎ হেল্লকপা কুমশিম্ভু অতুম হেন্দ্রীগো
ঐদি লমজেল য়াওরবোই মনা মগুম খাইগিরকউ"
ইতাও ইবুঙো খম্বনা অসুম হায়না হাইরকই।
কোয়াম্বা রাশেম তাবদা চাউবা মখা তাংকই—
"অতুদি ইতোন নঙোন্দ বা তমা তম্মগে
মচা ইবেম্মা থোইবানা নংনা থোইবনি খংলবোই
নঙোন্দ পিয়ু হাইনা পান্না মতম অমা
য়াম্না লুনা চেকদিন চাউবা ঐঙোন্দ পাবকই
খুদোল অসি লৎনমু কোংয়ান্দা লৌ চাউ
পান্না অসে চাবদি নুংশি রাখেপ য়েংনবা
প্রুক প্রুক শাইর গুৎ য়োৎন হাইরকই
মতুং উম্মী উমদে অরেপ অশেং রাখেপমু
মোইরাং চাউবা ঐহাকনু খংলকউ হাই থাদোইনা

মত্থ পুন্থা খংলাব পান্না খুতপসে চারো
নোংবান নপাও তম্নুনবা ইভোল য়েংগে কোংয়ানবা।"
অঙোম নিংথৌ মপারী কেগে মোইরাং শেলুংব
পান্ন অত্থ লো মুন্না য়েংল শোল্লকই—
"মচা ইবেম্মা থোইবীনা এৗনা লমজেল থোইনবা
সনা খুংনা তপ লালক পারনিকো 'সে
লুংসিদা স্না ইবেম্মা খল্লোই হায়ব য়াদেদো
মুরাদা এৗবু মুংসিব ওন্তোক্না কন্না খুংশিবোই ;
নিঙোল পুক্নিং খুংনবা করম চাদ তোক্নী।"
নোংথোন্না পিব খুতপ মখুংন পাইরিবা পান্না
নোংবান য়ংলুংদ হুকচিন মামৎ মনা উইশিন
প্রুক প্রুক শাই গুং লাওনা য়োৎশিনখ্রে।
হিদাক মনা অকংব মপুন তংখাই অমরোম
পান্না মনানা য়োমশিন মতপ অমা শারখোই
কেগে নোংবান শেলুংবা লরায় লুভোন শাৎখ্রে।
মমিং তন্দন পাই মকোক্ক পুঙাও ঙাও
মখোং কারল থাং লখেল মরাক্ত হায়
মোইবাং থাংজ ও হরাওবৈ লৈবাক লমজেল তান্নবা
মংদ লমজেল চেনগুম মঙম ইশান শান্দরে।

( ৩ )

কেগে লৌশিং ফয়াইব মোইরাং নোংথোন লুরাংসু
নোংবান মতৌ উরগ নোকমী নোকমী তৌ
"কল্লী হায়! কোংয়ান্বা শোইদনা লমজেল থোইরনী
নংগী নপাও তম্নুগে" হাইরম্ন শগোল থৌরকপা

লম্লেন চেপ্পাইপোকপী লমদমদা খুমন য়াব উয়ক্লে।
কেগে চাউবা নোংথোম্বা মমাক কন্নবা থৌরাংদা
নাকন্দগী থাং শৎ কন্না হৌনা লাউরকই—
"ইতাও থোংলেন অথৌবা! মোইরাং লালে'য় তাম্বা
পোইরৈ নোংপোক থংবদৈ থৌজিলক্লো! ইতাও থৌজিলক্লো!
পারি ইবুঙো ফৈরোইজাম্বা কেগে শেলুং অকম্বা
মথা মাইকৈদৈ তকশিল্লক্লো! খুংলৈ থুনা হোংশিল্লক্লো
মোইরাং নোংখোন ঐনা নোংচুপ শোমদগী থংচিল্লকে
ইমাক থম্বা শোকপদি ঐখোয় লৈাব হায়ব
কেগে মচা নিংশিংদে মোইরাং মচা খংমন্দে
য়েন্দেম থরাক শোইগুম মৌবী পোং য়ানগুম
অমত্তা থাক্ত ককথসে লোক্তাক ডামী থেননসে।"

কেগে চাউবা নোংখোনগী ললাও লাওব তাবদা
তম্বা মুপা কুম্ভাহু মরল্লাই কনা য়াউদষনা
মথাই হিংহৌর লোইয়ে মবুঙ্গিং তন্না খলক
মাইগৈ শলাই খংদ কাইহ্ননা অহুম চেনখরে।
চাউবা মাগী থৌরাংনা থম্বা অমুক চেলক্লে।
কেগে ফৈরোইজাম্বা অহু মতাং অসিদা য়েীরকপোই
মোইরাং নোংথোল অঙম্বা মচা লাকপা উবদা
কেগে লাইবুঙ য়োনবা থুনা খুরুপ থাখৈদো।
মুংবাল শেলুং অথৌব লাঙ্গোই শগোল থক
মশেল ইবুঙো নোংয়ায়গী লমজেল তুং ইল্লকই।
কোংয়াম্না মনাক য়োনবা মবাই ইবুঙো ফৈবোইজাম্বগী।
শগোল শমৈ পাই খুমন লমজেল চেনখৎলক
ময়ায় লৌখোং কান কেগে রায়েন্নী লম
কেগে খাড়ী লমথাং লোংবান মনাক য়োরকপা

অভাং খন্না ঊবদা নোংয়ায় শ্বাই লাউ
লমজেল থোইব ভমহৌদ খন্বনা থোইখি তারে
শেলুংব মপুক্লিং থন লমজেল থোইনবা তান্নরক্লে।
নোংয়ায় নোংবান অনিনা ক্বাক্তা লমজেল চেল্লকপা
মোইরাং য়াংবী থক কেগে ভাংখম লমশাংদা
খুরুপ লমজেল থা খোংথাং কন্না চেন্নরক
প্রুম চীভথোং থৈ পান্না কৈরেল অনিদো
মোইরাং কাওথোং লৌরেন্না মশুমাংদি ওই-ওইনৈ
কেগে ভাংলৌ লৈকায় য়েৎ-ওইনবা হৌ
ভাংতায় প্লকশ্রি প্রুংচন লম্লেন কৌজেংপ্রঙ য়োঁরক
তান্ন হিগী মও গুম কেগে লাইবুঙ তমকই।

( ৪ )

যুম্নাক সলাই শুরবা মোইরাং লৈবাক মীয়ামহ্র
পন্নিংদ শেম্নাং তোংগুম লম্লেল কাওপ অনিদা
লমজেল কুম্মৈ য়েঙকপা মীচং নাকপাক তা
হোরো! হেরো! লাওরক পুম্নিন ওইনা নিনথরে।
নোংবান্না থগায় অমবোম হেন্তক হেন্তক চেল্লকপা
মোইরাং লাইবুঙ নকশিলক অভম অথৌ উরক্লে।
কেগে মোইরাং লৈপাক্তা অনিশুবা নিংথৌ ওই
মনিং তৌনা পাল্লিবা অভৌ-পান্না নিংথৌবী
স্নাংতাভবল ওইদ ফিরাংজী মোন্তেক থক
চীং লেয়া ফম্লবী কেগেদ লূনা ভাল্লিবী
লৈমশীজ তোপ তোপ্পী নিংথৌ তক্ষা য়ায়গুম্বী
অভোম লৈমা শকহেন্বী কংলা ফমেন চেংহম্বী

অঙৌ পাম্বা য়ায়পুঙদ স্না তম্ফা ওইরিবী
খুরাই লৈমা ইবেম্মা অরাম মোন্তেক্কে লেঙখৎলক
পাম্বোম বাংবা থাঙ্গৎ মচানী পুক্নিং থৌগৎলকই—
"হা ইমাগী ইবুঙো নোংবান আথা কোংয়াম্বা
কুমজা তরেং থোইরকপা নাইতোম পোকপা শেলুংব
কুমশি কুমহোং মতমদা কাক্কা লমজেল চেল্লকপা
নপুক্নিং হন্বা তৌগনু ইমাগী ইবুঙো কোংয়াম্বা
নতাও খুমন খম্বদে নোংবান হেনগৎলো! হেনগৎলো!
তাংন পান্না উইহ চুম্না পান্বা হৈরাং
কেংগেদ থোহনা চাল্লিবা অঙোম শাগৈ য়াইনিদো!
হরাও লমজেল থোইর মপু স্না খাদগী
ইচানা পামজবা মনা ননিং তৌনা নিজোকো
ইমাগী নোংবান শেলুংবা লমজেল থোইরো! থোইরো!"
মমা ইবেম্মনা লাউরকপা খোঞ্জেল অদু তাবদা
মোইরাং ভবেৎ শেলুংহন্বা লমজেল অমুক হৌরকপা
খুমন নোংয়ায় খম্বদে লমহুম থগাই হেনগৎখ্রে।
খুম্বক লৈবোই মচাশিং রাঙ্গোননিংথৌ পানা নীয়ামদো
লমজেল শোইদ পোকনী খম্বা কান্নরোই খলক্লে।
আরাম তম্পাক শঙ্গাইগী নুরা লৈবাং থাদোয়
মশাবী ইবুঙো নোংয়াযগী খল্লুব হুগাং কাংলবোই
নুজা থম্বোই লকাদ ঙহাক রাখল তৌরুর
মনম্মা ইবেম্মা খয়দ নিঙোল ওইবী লৈশল্লক
"ইনম্মা ইনম্মা নংবুনে অমুক্তদি থোকপীযুনে কৈদোগে
লমজেল অসে থোইনব খুমন পাঙ্গল ওইবিয়ো।"
অসুম হাইবা য়াবানা মনম্মা খয়দ থেম্নবা
তৌকম খংদ লৈরম্বী নুরা খোঞ্জেল লাইরবী

মৌপ্না লমজা ওইবগী খুজা ইরেন হৌগংলক্লে—
"হা ! ইচু নিংথৌ ইচেমগী ইবুঙো খম্বা
খম্নুং শরা তানগ্রবী পলেম ইমা ইবেম্মনা
লাইরবী নচেমগী হৃফমদা লমজা ইপোরা নংবুনে
লেম্না মীরল পীজদ য়োক্লকউ হাইনা শিন্নরম
পলেম ইমা ভাখরৈমা অপোকপী' য়াথং পু
ইচেমগী ইবুঙো খুংশিব লাইরবা অদোন নোংয়ায়
লৈকাই ফৌশু লং খুমন খোম্লাং ইলহল্লকপনে
থাংজীঙ লোকম্যাচ' উইল শংজা মচি লাং
তৱেংকী' শেঞ্জা তান হৃদয় নংবু থাক্লকপনে
মোইরাং শামান্নব থেংনবা কেগে লামান্নব পারকপা
খুমন মীথা থাদনবা নোংয়াই মীনা হেন্দনবা
কনা হন্না উদ্রবা নচেম্না রানা হোৎনজরকপা
ইচেমগী লুমাং 'মন্দু হচু নিংথৌ কাউগন্নুকো !
খুমন নংন থোইবগ লাইরবী নচেমগী হরাউজবনে
শজীক মতুং ইনগ্রবী থাবা মমৈ বাইখ্রবা
পলেম পংঙৌ অনিগী মাই পাকপনীকো ইবুঙো !
ইচেমগী ইবুঙো খম্বা হা নোংয়ায় লাইরব !
ইবুধৌ থাংজীঙ হরাওবৈ কাক্তা লমজেল চেনবসে
নামীব মাং থা চেনখৎলক্লো খুমন চেনখৎলক্লো !"
রাজরবী লাইর মচেমগী অরা তেংথা তাবদ
লৈকংলাদ হৌবা পামেল লাইজ খিকলেন চাইগুম
কোইরৌ মৈশা য়ৈবদ পৎথরবী শিঙেল লৈরাং
অয়ুক লিক্লা ফুবদ লৈনা মানা তেক্লুম
অনৌবা থৌনা কারক খুমন পাঙ্গল লাক্লে
"ইচেম্মল' লমন তোল্লীনা ঐনা লমজেল পোরব

লাইরং-লমজা ওইববী ইচেম রাব তাখরে।”
মচেম ইবেম্মগী খন খুমন তোম্পোক শাজোবা
খদাং কল্লা চিক অবৈবী খা হৌরকপা
চৈউ থাংজৌত খোজাল্লনা মচেম খম্নু বাজমল
থাদোয় মাগী নীংজমল নোংবান মনাক য়োরক্লে।
খম্বা নোংবান অনিদো খুবৈ অমা হেংদে
কোগ খাভী লম্বেলদ লমজেল কল্লা তাম্লক্লে।
খুন্নক লৈরোই মচাশিং খম্বগী ম চং মল্লানদো
পু রুং লাইজ খিল্লকপা লোইনা অমুক হৌরক
লমজেল অসিদ পোদ্রাদি ওথোক মচাহান নীংনখি

( ৫ )

মোইরাং শাখোং উরকপা থোইনা থাপত্র মতাংদ
অতোম চন্নু তোরোগা ফনামপ্লনা য়েংলিবী
খুরা লৈরাং থারিক্লেম্মা খুনথা চন্নু ওহবীনি!
মতা লৈরাং তোরোনা খুজা য়েংন হায়রকই—
“ইতা ইবেম্মা খুংশিবী খুবা থারিরেম্মাও!
ইবুঙ নোংবান কোংয়াম্বা খুনখা লৈবোয় মকে ক্রী
নিংথৌ পানা পাম্বোম কেগে শলুং ফম্লাহবনি!
খুনথা পানা য়েং ইতা অমুক্তা হোৎংপীয়ু
ইবুঙা মাগী দমক লমজেল অমুক্তা থৌবিয়ু!”
খুরা থারিক্লে। খুংশা থবা পোকক্লে
মশাবী আথা কোংয়াম্বা লমজেল পোদনা খম্বদা
নিতোল ফম্বা ঙমদে। যখন লাংদৈ হোৎংলে
“হা! ইবুঙ শেলুংবা অতোম পিবা অথোবা

পাথং ওইবা নকাদ খুবাক লাইখন তা
নুংশি কোলোই পাওশিন্ন খুৎলাম তোইনা কৌম্মিয়ে
হা! ইবুঙো ইবুঙো মোইরাং তরেৎ শেলুংহন
কেগে কাক্লা লমজেলসে হেনগৎলক্লো পাথং হেনগৎপীরক্লো!
মালেম কোইনা ঙালম্বা কোইরৌনা ইম্নুং চঙমদায়
লমদম তাম্বা চাক্তারুবা শগু ফাবা পোম্বীনা
শাগল ভুক্কাং রৈনা লোইবা মরাল তমগ্না'
লুচীং চেক্লা ওইবনা শামাং থাব তানবদা
নোংমদোন হাংব অতিয়া চেক্লা শাখপ তোইবগুম
কেগে য়াইতোং শেলুংবা নোইরাং অথৌবা ইবুংঙো!
মোইরাং শাখোং ভম্বদা খোংকাপ নৌমা হুনবদু
মালংগী মাংবু থাবিয়ু হা! থাবিয়ু থাবিয়ো!"
মশানৌ লৈরাং অচাম্বী' য়াবা খোনকম তাবদৈ
নোংবান অমুক হৌরকপা নুংশিত্তা কৈনা কাউমম্মোই
লম থগাই ঈমদি খুমন্দে সর হেনগৎখ্রে।
কন্না চাকপা লাম্মৈনা রাইরব লৈরাং পামেলগুম
মোইরাং খুণ্ডক মচাশিং খম্বগী মীচং ময়ামদো
পাম্বৈ উত্রে খল্লমালে লোইনা ইপৎ পখত্রে।
মচা ইবেম্মা থোইবী মায়খোং হুমাং কাং
উতিংগুম চপ লেপ মশাবী মাগী খল্লিউ
নোংয়ায় নোংবান চেল্লকপা ঙাংখম খোংনাং মখোংদৈ
লায় হিদেন লাল্লক থাংজীত্ত লাইমাং তমক্লে;
মুরা শেম্মু অচাম্বী মবেম্মা থাদোয় য়েং—
"ইবেম্মা লেঙখৎলোনে কৈদোরে তানফম অমা চারেনে
নত্রদি খুনন ইবুঙোতোনসে লমজেল খোইবা ওয়রোই।"
তপ্পা শেম্মু হন্দ'ন্দরে তাপাক খুনগী লৈরাংদা

"অচানবী অহুবু কমদোসিগে ঐনা হেন্না চোংথোক্লীংলে
লমজেল থোইহল্লীংবৈ হায়রদি খুমন নবুঙোতোন মহুত্তা
ইশানা চেল্ল ফগত্রা খল্লবনে অসি য়েনা
ঐনা হেকমক লাউরুরো য়ুম্নাক শাৗলাই গুরবা
লৈবাক মীয়াম অসিনা করিবু ঙাংনখিদগেনে শেন্নু!"
মনাই ওইবী মুজাদ স্নাহল শোন্থাংননা খুমলুইদো।
"করিনোনে ইবেমনা হাইবিরীহু কনা য়েং ইকাইবিদোরীনো
নপাবুঙ ইবুঙো মথংখন্নগী পানা লৈরোই মকোক্নে
ইকাই কাহৈদবী য়েং ইফ ফজনা লাওবিয়ো।"
অম্পুম ঙাংবা মরা থাদোয় তুমিন তাক্লুর
মশাবী মাগী ব্রাখল নিঙোল হেঞ্জিন থনখ্রবোই—
"কনানদি করি হাইগবনো! লাওতুম লাওরগেদো অচান্নী।"
"অমুক কৈদোগে তাকপীবমদ্রম্মু খব থুনা লেঙখৎপারো
ইবুঙোতোনসে য়োশিলক্লে মপা শোইদ হেনত্রনি।"
মুরা লৈরাং থোইবী খুমন মশুং লাং
মোন্দুম মোন্তেক থক্লে লোহরোই তল্লপ লেঙখৎলক
তুংয়ান তাবী শয়াং তুংবুন পয়ে চেৎশিন
ঙোব নমখাং অহু চবৈ থাগোল য়েপশিন
থম্বাল লৈনা মানবী কোইনা ফজবী মিৎস্নানা
পামু মাইকৈ ওন খুমন মায়োক য়া
পাক্তা লৈখা মুং খ্রম্বৌ হেরা মাল্লবী
পুম্না ফজবী পাম্বোম থাদোয় ব্রাংন থাঙ্গৎলক
মশাবী কোলোই পন মথংলেন ওইব কৌরক্লে—
"হা! ইপা হবুঙো চাঁউখু নাহা তেজহৈবগী
স্না পানা পাম্বোম খুন্নক লৈরোই মকোক
শোরারেন মচা মানবা মোইরাং ইবুঙ ওইবও!

খুমন মেলৈ লাংব চেঙ্গৈ তাব খোইমুও !
শান্মা পাঙ্গল অহুনা নোংশা চারাম্নবা ওই
লোইরোই ওাম্বা তময়াদা য়ারৌ শঙাই তুষানশা
মালংব মাং থা খুরুপ থানা চেল্লিউ
চেগপ কাখুপ চোংবদ য়ারৌ শাফম তাগুম
নৌনা চেন্না খোংহৌনা কংলা শা পাইবীরো !
লমদম ক্ক ক্কা লমহাং তোর্বুও খোংনাং মখোংদৈ
লাইনিংথৌ থাংজীও কোইরেল্লাই চীঙ্গ পুক্লিং পেন্নবা
পানা লমজেল চেনবসে শোইদ ঙাংদ থোইবীযু !
পঙ্গৌ মাই প'ক্ল মমোম ওইবী হয়াওজগে
খুল্লা পাইবা হৈরাংনে ৈচন শুবা নাচোমগ
পাখং ওইবা নকাদা নিঙোল ওইবী লাঞ্জগে
লৈরোই তক্ষা ইবুঙো খোংকাপ কামজাও হুনবদো
খোংদোয় কন্না হৌবীয়ু হা ! হৌবীয়ো ! হৌবীয়ো !"
রাব চেঙ্গৈ খোইরাব অঙাং অমুদোন খম্বা
মশানৌ নুংশি কোলোই মুজা মপাও তাবদা
লৈজবা ফুক হৌরক মবুধৌ থাংজীও খৌজাললা
নোংবান আথা কোংয়াংদৈ হুইখাই অমা হেনগংলে।
তানফম নিদি অহুরায় শা খোং নিদি নকশিল্লক
লমদম থুংযম য়োৌরমদায় মোইরাং থাংজীও থৌরাংনা
কোগোক কোকপা মফমদ থংম্বা মালেম লৈতঙ্গাই
নোংবান খুদি থী খংজক লকক তোবিউ
খুমন নোংয়'য় চোংশিন শা মচি পাইখবে।
মশানৌ থাদো'য় হয়াওবোই খুবাক খুতুনা চোংখৎলে।
লৈবাক মীয়াম অহুক্ত খম্বনা থোইরে লাওখিদো।

( ৬ )

খুরাই লৈমা মপারী অঙোম নোংবান শেল্লুংবা
তুথরক তাঞ্জা চানা শাখোং তাপ পাই
লৈপাক মীয়াম য়েং ৱাকং ওইনা লাওরক্লে
"কেগে উত্রা শা ঐনা হান্না পাইবনী
ইতাও খম্বনা কোল্লী নোংবান ঐনা থোইরে !"
কোংয়াম্বনা লাও তাবদা খুমন মানা খুমদ্রিঙৈ
মোইরাং থোংলেন অথোব মফম লাংদে হাইরকই—
"নোংবান মরা লাল্লী ইচা খম্বনা হাল্লী !"
অওম্বগী ৱা অতুদা শেলুং মখা তাবকই—
"ইতাও ইবুঙো খম্বস্থ ঐগী ৱানা চুম্বনা
মরু লৈদা লুক শা লাক্ক লৌরিসিনী !"
অঙোম মরা তুংইন কেগে লালোই ফম্নাইব
মচা খম্বা কৌশিন লাহর মরা হংলক্লে—
"খুন্থক লৈরোই বোক পারি ইবুঙো খম্বা
অৱা খেঙুম লাং নরু লৈদা লুক
উত্রা শাখোং অহুদ কারি থাল্লি হাযু
নতাও নোংবাম্না চুম্বনা পারি নথ্রায় মুঙাইতব্রা ?"
অওম্বা থোংলেন য়েং লমজা ভবেন খুমক্লে—
"ইতাও ইবুঙো নোংবান্দ লমজেল ঐনা থোইজৈ
ইখুংন শা পাইবদ শা মচী তেকখিবা
মপুই মবল ওইবনা কায় চৈরাক পীরদগে
খুমন নচানা খল্লুব রাখল ঈরৈ চেল্লবনে।"
অঙাং মরা তাবদ মোইরাং থোংলেন অথোবা
মফম লাংদে হৌগংলক মচা য়েং লাউরকই-
"পারি ইবঙো নোংয়ায় খুমন ভাম্পোক শাঙ্গোবা

মতুই কয়ি বারি! ইপা লৈরিবা খম্বা
মপু স্না পুক্লিংন শিংহন্নীং লৈরস্ু ফে
লমজেল থোইর লোইরে চাম্মস্ু শার শিংদোকে!
ক্লাক্লা লমজেল হেন্নগী রাঙ্গোননিংথৌ মাই পাকপগী
মনাও ইবুঙো মফমদে মনা মথুম নিররো।"
মপাগী য়ারা তাবদে লাইর নোংয়ায় খম্বা
খুকউ লৈদ থং মথংখম্বা থৌজাল ভাইরক্লে।
মনাও ইবুঙো মথংখম্বা কেমে রাঙ্গোন নিংথৌ
পানা লৈরোই মকোক মনাই তয়ুম খম্বদা
শেলুংব ফম থিন্দোক্লে নিংথৌ ফিস্ু পিখরে
অমত্তা পোকপী চরেহল মমোম লাংলেন থোইবীস্ু
লৈবাক মীয়াম মাং মনা ওইনা থাখরে।
চীঙথুবে পানা হরাওরে লৈবাক পুম্বা মুঙাইরে।
কেগে মোইরাং লমদমগী অঙম্বা ময়াম অতুনা
মনা মথুম থাবনা লোইবী চীংগুম পৈখিদো।
মচেম খমু, লায়রবী মোইরাং লমজা ওইবী
মোপ্রা লমজেল থোইবনা মায়থোং মকা লামজরে।
কেগে কুম্মে লোই লৈবাক মীয়াম হনথ্রগ
আরাম তম্পাক লৈরাংহু মনায় শেমু লোয়নবা
খুমন পুরেন শঙ্গাইদা থাদোয় ওইবী লেঙশিলক
মশাবী ইবুঙো খম্বগা অরৈব হৈরাং চামিন্না
রাকোই শুবনা মওংনে শঙ্গাই মীনোক্লা কয়াবে
কোইরৌ অঙান পান্থোইব লোইবী লোক্লুং চংদ্রিবৈ
ভাস্থরৈমা মরাল য়াম্ন হরাও নুঙাই লেনমিন্নে।
ওহাক অমুম হরাওরিঙৈ নুরা শেনুনা হাইরকই—
"হন্দক ক্লাক্লা লমজেল ইবুঙোতোন মায় পাকপসে

ঐখোয় ইবেম্মা য়াওরমদ্রদি ফনা য়াম্না য়ায়মনি।"
অচান্বী' য়াতা অদুদা থাদোয় নোকফেৎ ত্তৌনা—
"শেন্নু ভাভিজুবু ঐবুরাও? নংসে নচীন থিখরে
ঐনা লমজেল চেম্বা নংদি কদাইদ উহৌবা?"
"ঐখোয় ইবেম মতৌদু ঐদি ইঙকপু ভকচগ্রে
কেগে খাড়ী লমজাও ইবুঙোতোন লমজেল চেল্লগা
ইবেয়া হুমাং কাং ভসাই ভহাক্তুং পাথৎপদো
লমজেল পোবম থোব্রদি ঈশিং চায় লাক্লমুীদ!"
"মসিনা ভাভিসে য়েঙো' নশিন কার লৈগেনে
নংবু মত্ত থোবিযু কনানা হায়গে নঙোন্দ
ভাস য়ুম য়ৌখিসনোইব থংগনি হায়ব নহাক!"
থাদোয় অম্তম থুংকপা মবেম্মা শাউরে খংলবোই
"ননাই শেন্নুনা হাইবসে ফত্ত ধা নওয়ে
কোংয়াং চৈশু অফবা লম্বী অনাদা চৎ
পাম্বৈ ওইবা ফংনব পাঙ্গল য়াম্না থোকইদো
খোংহুং ঈচেল কন্বৈদ উবোক থোং লাম্বদ
ফৈয়েল পাম্বৈ হাপলম্বা অরান্বা মীগী খুভাইদো।
অরুবা থবক তৌরিউৈ পুক্লিং লৌগৎলবা হায়সিনা
থবক ইচং থোগৎ ভমদবা কয়া পাংথোক্লু
ইবেম্মা পাম্বৈ ওইর ইবুঙোতোন মাই পাকপনে।"
হুরা শাওগে খল্লীউৈ মশাবী' মরক ওকথরে
"হোয়নে শেন্নু চুম্মীনে ওন্তোক্লা পাঙ্গল হাপখরে
ঐদি শোইরে থন্বনি খোঞ্জেল অতুনা থোইবনি।"
অম্তম হরাও খুভাইনা লমজেল খুমিং লেননি।
মচেম ইবেম্মা খমুনা হিজোল ফৈরোই হুংদৈ
মনা মশিং হৈকলুরে লাইজ ঈয়োক কোন্দৈ

পাল উকাবি, নিংথিবী খুবোম শাংবস্থু ফুকলুরে।
মচন শুনা হাপ্লবা শিংজু নিংথিনা শু
পুখম চোন্না হাপ্লগা শিংজু পেন্না চামিন্নয়ে।
পাখং খোইমু ওইবস্থু থাদোয থুংনা লাল্লকপা
শিংজু অতু চামিন্না পুক্লিং খুঙাই লেনমিন্নৈ।
য়োইময়াই লাইবেন তাউয়োইনাই নুমিৎ কোয়ৌ হন্বনা
মশেক মঙাল লোইনন। নোংচুপ চীংদোল তমক্লে!
অমম্বা লাইরেম্বী খোংদাগে অমুবা চরৈ শেৎলক্লে
লমদম তাম্না চাক্তারুবা পেম্বী চেক্রা শঙ্গুশিং
মরাল মহুম তম য়োংবা মশ ইগোন চংনখ্রে।
মুয়া লৈরাং থাদোয় মনাই শেন্নু লোয়ননা
আবাম তম্পাক শঙ্গায় শিঙেল ওইবী হনখরে।
তরেৎ শেন্দোই মীহৈবা শেলেপ মাং মতোকই।
শিল্লম খঙদ শিনশুবা শিল্লন নম্বো পোবনি!
তাংজ লিনস্তু শিবা কোংয়াং চৈশুস্থু তেক্কুবা
তানফম মতাং য়েং থোদাং চেৎনা পাইয়ু!

—∴—

# হাওরং লৈশং শাফবী

## ( ১ )

কেগে মোইরাং লৈপাক্তা চৌঙু থাংজৌও হয়াওবে
থম্বা নোংবান অনিনা কাক্তা লমজেল চেনবদা
খুমন নোংয়ায় থম্বনা কুমগী লমজেল থোই
মনা মথুম ফং লৈপাক হরাও নুডাইনৈ।
কেগে তফা য়ায়ওইবী ইরাংলোন লৈরাং থোইবীনা
নানবা ঈয়োং শঙদা মশাবী নোংয়ায় থম্বগী
অঙম অথৌ তিনবদা ফিরেন লৈইনা ইন্নবা
পাংয়োং থক্তা ফম চরৈ ফিরেন শাবি।
মনায় শেন্নু অচাম্বী তরেং মাংদ থা
নংখায় মচা শেং লংজা লংচাক চাক্লি।
মমা ইবেম্মা তোম্বী তম্পাক য়ুমগী লৈমনা
লিরেন মোয়াদ ফম হিদাকফু পুংফা পাই
হিদাক ভাস্থক তমা চীম্বাল কাংমৈ থুরি।
মমাশি ইবেম্মা তোম্বীনা মমোম লাংলেন য়েং
অঙাং নোংয়ায় থম্বগী মুরা মপাও হংলকই—
"ইমাগী লাংলেন সনাহল নশাবী মেলৈ লাংবনা
লম্বাল লমজেল থোইরকপা ইমোম নংগী পুক্লিংদা
অনৌবা মংশি ঈনোং থম্মোয় নুংদা লাকগনে
ইমোম নংগী নবাহৈ পালেন ওইবী তানিংহৈ!"

"ইমা ইবেম্মা নুংশিবী করি অমুক হায়গনি !
ইশাবী নোংয়ায় শম্বনা কাক্তা লমজেল থোইবদি
নমোম ঐনা থোইবদগী হেন্না পেন্না নুঙাইজে !
ইবুথৌ থাংজীঙ কোইরেল্লাই চীঙ্গু মাগী মফমদা
পাখং ওইবা মকাদ পুন্সি চুপ্পা লৈজগে
নিংজবা অসি থুংহনবীয়ু হন্ন হন্না থুরুমজখি !"
মমা ইবেম্মা মকাদা চুম্মা মপাও তমজখি।
"ইমোগ লাংলেন স্নাহল অপাম মুংশি থুংনবা
চীঙ্গু নোংদম তমদ্রদি নিঙোল পাখং য়ানরসু
পঙৌ মশেল পীনরসু নমু লাইবক খেল্লাইদা
খোয়ুন মানা য়েকলমচ্চ নীংবা কায়না লোমখিবা
থুংনদনা মাংখিবা, থোক্তবা নত্তে তাইবঙদা !"
নুমা ওইবী মকাদ পালেম মানা হায়রকপা
"ইমা ইবেম্মা য়ায়ফবী নমোম ঐগী ইকাদা
কেগে মোইরাং লমদমদা করি থৌদোক থোবখিবা
নচা লৌশিং ওইজগে নমোম কাদা লিবীয়ু।"
নুবা লৈরাং থাদোয়না রাহৈ অসুম হংজখি।
"ওম্পোক য়ুমগী লেমনা মমোম ওইবী মকাদা
কেগে মোইরাংদা থোকাখবা হাওরং লৈশং শাফবীগী
নুংশি ব্রারী অহু মপুং ওইনা লিংকই।

( ২ )

"নোংপোক রায়রং পাংবদা লোইবী মা চীংদোম্পোক
মশেক মঙাল লোয়ননা কোয়ৌ ঙানবা লাইনিংথৌ
অমুক শিন্তা পাইরক মালেম কোইনা ঙাল্লক্লে।
থোংনাং নিংথৌ পাঙ্গনবা থুংও লিরুং পায়

মরুপ মাগী চান্নবা লোয়া তবুঙ নিংথৌগা
লাঙ্গোই শায়াং থক মালং খোংহায় নেং
লোইজ্জী লোয়া থুংনা শারম লিখুন লি
পাম্বা ফংলে তা-দমগে শঙাই ফংলে তেন-দমগে
মানবী মতুপ হাংবা কাওরেল মপা তম্বা শনগুম্না
শাদান খোংকাপ হুল্লক্লে খোংলোই চাদি মন্নামগা।
কোরৌ নোংদোন কান্নকপা কোয়রেল থক্তা ঙানবদা
লংমাই অমম লৈশালোক শেলোই স্না হৈযাই চীং
নোংপোক বাইরং ঙাল্লিবা হেমচোং তমযা তমক্লে।
রাঙম কোনখৈ অতাম্বী নুবা লৈরাং পান্থোইবী
মশাবী লংমাই ঙানবা নোংপোক নিংথৌ অপানবনে
খোযুম থাংজীঙ মশাইগোন কেগে মোইবাং লমদমদা
লাংগোন শৈফম হৌরগে পাযমা নুংদা থন
শাঙাই লাবা অমোম ওই উমং শাদি শাইওন
হানৌ শাজক চা ঙাইহাক পুঙ্গোই লেল্লিউে
বাংরা তেনবাপ শুবকপা তেনজিন মপা লাক্লদি
থোংনাং নিংথৌ থুংশু তেন লিরি পান্দমখিবা
মালং খোংনেংনরকপোই শাঙাই লাবা পানখরে।
তবুঙ মাগী তেনাজিন্না অমোম য়ায়বী লৌখরে।
হবাও মথোইকা সুঙাই যাযবী মরাং কায
মরাল যাযদা পুরক্লা মশানৌ তালোইশিংগদি
তারা লুকোই মথেল্লাং, চন্নি চদোন থুম্নদি
লুকথেন মাক্লাই চাখিদো পায়মা পুক্লিং পেন্নদি।
মতম তোরৈ ঈঙ্গন্দা খোযুম মাগী থুজিন্না
লাইনিংথৌ থাংজীঙ থৌবাং কোযে ল লৈমা মথুজিন্না
নীংনদি থোক্লরে খংদনদি ওইরে

শকহেনবী মুয়া তালোইশিং চাউ নোংদম্বগী খুজিন্না
লিক্লাং পরেং শাংনবা মশাবী কাদগী লালকপা
তাওজিং হৈরু পনখিবা হৈরাং তাওজিং মমুন ফারক্লে।
থোংনাং নিংথৌ য়াইফবং শাম্ম পাঙ্গল অথোবা
মশানৌ তালোই ওইবীনা মপারী নারা পোক্লেদো।
পলেম কোলোই নিংথিবী ভানবা শালাই চন্নুদো
ভানুমোল লোয়া লৈমা মুরা কোলোই লৌতুনা
থোংনাং মপারী অথোবা "লোয়া নাহা শাফবা"
কোলোই মিংলেন থোনখরে লৈপাক মীয়াম খংনদি।
রায়রা তেন্থা হৈরবা পাথৌ তবুভ মশাইগোল
হায়বা ইনবী ওই শিঙেল লৈশাং তম
লৈরাং পামেল হৌরিবী হাওরৈ মযুম মাবী
মোইবী চাদি মুরাদু কুমজা মমৈ ওইবদা
নিংথম কাম্বী উল্লক্তা লৈরাং খুমু হুল্ল
শিঙেল মদোম পোম্বগুম লাইজম্নুংগী থম্বাল ওই
মকুম মথা শু মমোম অমা ফংজরে।
লোইদাম থাদি লান কুমজা মতম য়োখিবা
তারা মথেল ফাগুম শিঙেল কাংদোং ফারক্লে।
মমোম নাগী কোলোইম্ম মুরা চাম্ম পান্দম্বী
নিঙোল লিশিং শকচবী তাংনা ফংবী মমোম
"হাওরং লৈশং শাফবী" শিঙেল তোমথিন ভানবী
মুরা কোলোই মিংথোনখি পলেম পম্বো অনিনা।

( ৩ )

শজিবু কুমহৌ হৌ কালেন কুমদম চংবদা
কেগে ভানবা লাইনিংথৌ মোইরাং থাংজীঙ লাইমাং

থোংনাং তবুড অনিনা কোয়ৌ ফবা নুমিৎয়েং
খোযুম মাবু হয়াওবৈ হৈরাং হৈজিং কারক্লে
কেগে তাংতাই লৈকোইপুড খোযুম থাংজীড লাইমাংদা
তবুড মাগী মমোম হাওরং লৈশং শাফবী
মংারোই চন্দ্র ময়ামলক মঙাল পুবা য়ায়গুম
জগোয় খোগল কংখিবা লৈপাক মীয়াম পেন্নখি
ফজৈ মক্ত হায়নবা লাইবুড গুমশিন নিনখরে।
থোংনাং নিংথৌ য়াইফবা মপানৌবু নীংশিংবোই
মরুপ ওইবা নফম চান্ন বাহৈ কয়ানা
মমোম শক্লা নাওকোনগে লোয়া নহা শাফবগী
খুদোল লৈরাং ওই লৈপ্পুন খয়োম শেমজগে
তবুড মাগী মকাদ বিগাও শানা নীথিবা;
মরুপ চাদি ওইবনা পলেম শেন্দী ওইনগে
পম্মৌ তাইাদ শক্লগে প্পাইমা নুংদা খন
মরুপ থো নাং মকাদা তবুড মাসু য়াখরে।
নিঙোনপিবা অনিস্থু পলেম য়ারা মপাওদৈ
হান্না খংনদবা খংন তান্নদবা মপাও তানরে
পম্মৌ রাশক কাইহল্লোহ পলেম নীংবা থুংহনগে
থমোই নুংদা খন মুরা পাখং উন্নরে।
বাখল লাইজ ঈপাক্ত নুংশি থম্বাল লৈওইবী
শিঙেল ময়োল চোং লৈরাং থুমু হুন
মতমগী তোবৈ ঈছন্দা মউ কাংদোং ফানবা
শাবী শানৌ অনিনা শিঙেল মখোং শোম্বী।
কুমগী নোংহৌ মরক্তা নোংলৈ মুংশিং লাকপগুম
অপাম নুংশি ঈপাক্তা অরাবগী ঈপোম কারল্লি।
নোংমা কোয়ৌ নুমিৎ অযুক য়েন্দা অঙবা

লোয়া নহা শাফবা শাম্বা পাঙ্গল অথৌবা
খুত্ত তিমেন পাই শাদান খোংকাপ রাইকবা
শঙ্গোং নিংথৌ মশাইগোন মুংশঙ্গোং লোক্তদি
লাইকোন মুংদা চং লাইশা শঙাই লাবা
তিমেন মখুৎশুনা লং মথিক মথা তুনালেং
শঙাই যাযবী লৌকরে ! খোযুম ওইবা শাওথ্রবোই
অকি ভূজুং খোল্লাউগা পাখং মাবু য়েং
"ইশানৌ শঙায় অমোম নুংশি গুংশি শেংনগুম।
অদো মুংশি ঈরৈনুং পুন্সি থাঙ্, থকুদা
নশানৌ শেংন নৈচাক্কা পাখং য়াইবী মাঙংকো !"
নোংদোল কোবৌ থক্তে লাউনা থাক্লা চৈখিদো !
খোযুম মাচৈ অবন্বা লম্বাম্ন থক্ত হাপ
নোংদম থিবা খোইমুদো রানা রানা হল্লকখি।
মা লাই কিদবা নিঙাইদা ইনখৎলক মতাম্ন
কোয়ৌ খরগী তুংদদি খোযুম মীচৈ কাওখরে।
নিংথম কাম্বী চঙকা। পোইনু চবী থাদনা
চূম্না শানবা কৌনা ফোঙাং শাবা মতমদা
উবিৎ উচেক ঙাকপা গুবা গুহবী মশানৌ
শাগাই পাবল থক পঙ্গোগী লৌবু ঙাক্লিরৈ
নৈরাং মখোং লি খোইমু ওইবা পাহরক্লে।
মুংশি যাবা পাওমেন্ন নুবা পাখং লৌবিঙৈ
নিঙোল পোকপী পলেন্না খুবাক লাইখন তা
মিংয়েং লোন্না শানথৈরকপা থোদোক অদু উখিবোই
পন্থৌ কাদা ওমলুবা থাম্বী মৈরি হৌখ্রে।

( ৪ )

লোয়া তবুঙ নিংথৌদো রাশক কায়নি খনবদা
থমোই লায়ুম চাকথ্রপোই শকথংদ্রিবা পাখংদো
য়ায়বী লোগে খন অচেংবা তাঙ্গা ঙাইখরে।
হাওরং লৈশং শাফবী ময়ুম মরাল য়োরক্লে
পলেম মমা ইবেম্মনা নুরা মাবু কৌশিল্ল
"ইমাগী ইমোম শাফবী চাউবা মপুং ফারক্লে
নিঙোল ওইবী নহাকপু লুহোং খোংদোং ওইরক্লে
লৌরি ঙাকপা চৎলসু ইল্লঙ নারল চন্দ্রিঙৈ
মোংবা নরাল য়ায় মতম চানা হঞ্জিল্লকউ!"
রাহৈ অসুম হায় শিংসনু খংসনু তাক্লম্মী।
মমোম লাংলেন ইবেম্মা হাওরং লৈশং শাফবীনা
রারি রাখোং শামিন্নবা তম্বা পাখং অদু
কনানো হায়সু হংখিদে মরি মখোংসু খিখিদে।
নিঙোল মাগী মফমদা মদু হংবা থোক্লদি
মমোম মাগী পুক্রিংনা শুঙাইতা য়ায় খনবদে
পলেম ওইবী পিবুকনুঙ লোন্না থুপ্না থমখিদো।
পম্মৌ ওইবা মানসু থৌপাংগে হায়না খননখিবা
তমখিবা থৌদাং অদু পলেম ওইবাদা খংহন্দে।
মমোম চেংলৌ উক্লবা অখা মিংয়েং য়েংখিদে
খংদ উদ মতৌওই পলেম পম্মৌসু মরৈরী।
মুজা লৈরাং ওইবী হাওরং লৈশং শাফবী
নুরা মাগী মশাবী লোয়া নাহা শাফবগা
রারী রাখোং শাবদু পলেম পম্মৌ খংলম্মোই
নিঙোল পুক্লিং খন হরাও হরাও লৈখোক্লী।

থমোয় কন্না পন্থৌদো অচেং তানফম ভাইরীডে
খোয়ুম নোংদম খোন্দি ককপা ভগ্না লৈখিদে
নোংমা নুমিদাংবাই তানফম অতু লাক্লে
পাখং ওইবা মহাক। উন্নসি হায়না লেপ্লখিবা
কোরৌ নুমিং অতু মমোম ওইবী মহাকপু
মবাল য়ায়দা হেন্দোক্ত লৈমু হায়না থনম্লা
পন্থৌ ওইবা মহাক্কী খুংগু থাংলেন পায়
খারি লবুক শমক্ল শাগাই পাবল থক্লুদা
মমোম শানা লৈ পাখং মাবু ভাইখরে।
লোয়া নাহা শাফবা খোহমু ওইবা মহাক্তো
নুরা মাবু উন্নবা তন্ন রায়র তুল্লকপা
অশাও .মনা মাংওইনা তবুড নিংথৌ চোংথোক্ল
পাখং ওইবা মহাক্কা লরায় শম্লাং মখৈদো
খুদাপ কাইরং হাইনা মখুত্তা পাইবা থা.লেন্না।
ওকশন লুরেন কক পাখং যাইবী লৌখরে।
মখুম মোংমা য়োরগা মুংদাং চায়া থোংনবা
হৈক্তাং খুত্তা পায রেনশাং মথেল লাংলিবা
মুজা নোংদম খিরবী নিংডোল ওইবী মকাদা
"হমোম কাদা লাতুনা পন্থৌ ওইবা ঐহাক্কী
শরি রাশক কায়হনগে থোরাংলম্বা পাখংদো
নোইনীং খরি লবুক্তা য়াইবী কেম্না লৈহৌরে!"
তমখিরবা রাহৈদো মুরা কাদা তমলরে।
"পন্থৌগী শবি কায়নবা নমোম ঐদি লাংজদে
নিংডোল ওইবী ঐহাক্কা চিঙ্গোই পাওমেন্নকবা
পাখং ওইবা মহাক্তী পন্থৌ নংনা পীবিবা
থোংনাং নিংথৌ মপারী লোয়া নাহা শাফবনি!

তাইবঙ ম্যালং পানসিদা নমোম লৈবা কান্নদ্রে!"
থমোই কনবা পন্থৌদা নুবা হিরু তেংথারন
নিঙোল হৈজ্রাং পায মথংকেন নাক্ত চেন
মশাবী নাহা শাকবগী পাথংগী শগ্ন হকচাংদো
নুবা চেংনা কোন থম্মোই চান্না কপলি।
যোইমযাই কোরৌ হনদো অবাবা থৌদোক্লো য়েঙমদা
মশেক মঙাল লোইনন্ন চোংচুপ চিংদোন্দে কুমথথী।
অহিং মতম এই তমমম্বনা মালেম নুপাথবে
মীচক মীরাঙখোল তাদবা থেথনক্লবা অহিংচু
থাশিরমদাই থাজনা মুশি মুশ থোরক্লী
নুরা মিৎমৈ অত্তু কোবৌ থক্ত য়েঙকপা
থাক্লগী মযথং অত্ত নশাবীগী চেংলৌ শকথোং এই
নুপা হেরাং ওইবীবু খুংলাম তোইনা কৌরক্লে—
'থংলেন ইমানমচা পাম্মুনী ইশানৌ নংবু নুংশিবী
তাইবঙ মাল পানগী মালেম লৈকোয় পুঙদা
লমগী পোম্বগুম চিল্লোক্না তমগী চেক্লাগুম চিন্দীন্না
মুঙায় য়াযবী মরাংহৌ হরাও মথোয় কা
পুন্সি চে জেন লোইফাও পানমিন্নসি রাশক্লখিবা
নুরা নংবু কাউরবরা থাম্মোয নুংগী থম্বাল-ও!
কোরৌ নোংদোল থক্তা নুজা নংবু ঙাইনিয়ে!
ইশানৌ নংবু নুংশিবী নশাবী হৈনা তুংইল্লক্লো!"
নুংশি য়ারা খোনফম্না ধম্মোয় শোক্না কৌরকপা
মথুক্তা পাইবা হৈজ্রাংনা ঈমুগী ফিবাক থায়
য়াইবী মীরেল মঙাদো মশাবী হৈনা তুংইনখ্রে।
অরা নুংশি খোঙ্জেলদো মালং শউম লকতুনা
পোইরৈ থুংনা খোম্থাংয়ৈ মালেম শিন্না য়েনখিদো!

থম্মোয় লায়ুম কায়রবা পলেম পম্ভৌ অনিদো
নিঙমদবা মৈচাক্রা চাক থবাক খুতুম শুতুনা
লোইবা নাইদবা পিরাংগা পুন্সি লোইবা ভাইহৌরি।
অশাউ খাম্বী মৈহৌবা নদোম ফাথ ভনদ্রদি
মৈরীতুনা বায়রকপা নদোম তাঙ্গোয় ওনবনি !
অচুম অবান খ'দ খুং হান্না থাবদে
মনায় খাউপুবদস্ম রা তানৌ লৈবনি !
তুংদা করি থোক্কদগে হান্না মুন্না খন্থহৌ !
নুরা ওইবী অহুম্না নাম্বা ঈয়োং শঙতুদা
রাবী রাখোং শা কোরৌ চুপ্পা লেনখিদো।

—☆—

# পানা কাং

## ( ১ )

লাইনিংথৌ থাংজাও হরাওবৈ থৌরম পুম্বা লোইখরে
ইঙা কুমদম হোৌখরে ইভেন কুমখাই চঙক্লে
ঙাঙোয় লমদম পুম্বা কাংগী মতম ওইরক্লে
কেগে মোইরাং লমদমদা পানা কাং শান্নবৈ
লৈপাক পুংজাও থিন থৌরাং পুম্বা লাংখরে।
মপল ইবুংঙো পুম্নিক্লাই মোইরাং লৈকোয় মপুগী·
পানা কাংলুপ লুচিংবদা খুপাশিংগী মরক্তা
অঙোম নোংবান শেলুংবা নোংবান আথা কোংয়াম্বনি।
খুবাশিংগী লুচিংবীনা অঙোম নিংথৌ মমোম
তোরো লৈরাং ওইবীনে, তোলোংখোম্বে মচা ইবেম্মা
থাব্রিক্লেম্মা কৌবীনে খুবা অনিনা লুচিংলী।
কেগে ঙাঙোই মথংখম্বে খুম্বক পানা লুচিংবদি
খুমন চন্থ পোক্লেম্বীগী মচু নিংথৌ খম্বনি।
খুবা লৈরাং থাদোইনা খুপী লুপকী লুচিংবীনি।
শান্নফমগী কাংশঙদি লৈপাক হুম্মা য়েংনবা
নিঙোল লাকপে কাংশঙদা থৌরাং পুম্বা লাংখরে।
পোৎলাম্নবগী থৌরমদা মখল মথেল কয়াগী
হৈরুক হৈরা শেম পানা মাইকৈ অনিমক্কী
শেম শাবা লোইখরে, চোপ্তনবা লাংখরে।
কোরৌ নুমীৎ য়ু'বদৈ মী তিনবা হোৌখরে।

শুমাং মাঙোল থনখরে কাং য়েংবা লাকপনা।
পানাগী শারুরোই পানা লোইনা শুনা তিল্লরে।
অচুম অরান যেংনবা অরান অহুই তাকুবা
কেগে চাউবা নোংখোড়া অঙম্বশিংগা থুংলরে
মপু মোইরাং নিংথৌনে মনাও ইবুংঙো মথংখম্বা
নংাই মশল য়োগৎতৌ কাং য়েংবা থুংলয়ে।

( ২ )

কেগে লৈকোই মপুনা সনা কম্বাল্লাং লেঙশিন্নগা
সানা কাং হৌখরে খুন্তক খুনথা খায়না।
ঙাওয়া প্রিক্লাই পানানা হাল্লা কাং কাপখরে।
নোংবান আথা কোংযাম্বা চেকফে তাম্না হৌখিবা
মুরা লৈরাং থাবিক্লেমা চেকফে আন কং
নিংথৌ পানা কাংলপকা পাঞ্জল মাশিং হৌখরে।
কেগে চন্নু থাবিক্লেমা চেকফে শোহবা থোক্রম্ব
অঙোম নোংবান শেলুংবগী মচন ইবেম্মা তোরো
কুচু কুমেন পান্থী নশক মতৌ ফজবীনি
কাং চাওবা য়েংলম্ব চুং-কয়াল চানা নাংথি
মাগী হায়বা মক্তবু মশম য়াম্না খোঙরম্মী
তৎ তৎ লাউনা চিংথোক যাদ খোহাজিল্লী।
মতৌনি শোইরিবা অঙোম চন্নু ওইবীগী
মত কনা ওইরম্ব মঙাল শান্দবী চম্মুনি
নুরা মাগী কাংকাপ শোহবা কৌবা লৈতেদো!
রাংলেন পুং অমাহেন কাং থাবা লৈতরে!
পাঞ্জল মশিং থারকপা কন হেন্না চনশিনখ্রে!
ঙসিগী পানা কাংসিদী নাকল অমা কাংকাপ ফংলরোই!

য়েংলিবা মীয়াম অদু রা রা নিল্লরক্লে।
"হৈত-লাক্ত নোংবান নত্তে মপা লৈতব কোংয়াম্বনী!
নোং খো দি ফাও কাং থারক্কদৌবা মান্দে!"
নিংথৌ পানা মীযাম্না নোংবান মাবু থাগৎনরক্লে।
নোংবান মক্তৈ নিক মশোং ফল্লা লৈখরে।
মথং খল্লা পানাগী খুন্থক শান্নরোই অয়াম্বা
মমায় ইমক মকশিন্না লোইনা বামা লৈরম্মী।
মচা ইবন্মা থাদোয় মংইথোং লকা মকশিল্লম্মী।
"ইবুধৌ থাংজীঙ কোইরেলাই নশু লাইবক চাউবীনা
চঙু নখোং থাদ হল্লা হল্লা পুনেমজে
পানা কাং শান্নবা নশুগী মায থিহ'ঈ
খোয়ুম নংনা থৌজানস্ পম্বী পানা মায় পাকহন্বীয়ু!"
ইবুধৌ থাংজীঙ লাইনা হংনা চেৎনা খুরুমজ্জ।

( ৩ )

কেগে থাংজীঙ লাইনিংথৌ মশুনা খুরুমজবা তাবিরবোই
মশানৈ অয়াংলৈমা পাম্থোইবীবু খোয়ুম তল্লা থারক্লে।
অয়াংলৈমা লাইরেমা কেগে স্নাবুঙ্দা উরুরে
নোংবান আথা কোংয়াম্বা মা মঙাইরে হায়না লৈরম্বা।
খোইদোম লাইরৈমা খনখরে নোংবান মমু য়ৈথোক্লে।
কেগে নোংবান শেলুংবা পাঞ্জল কুম্প্রাহুমদোই চল্লকপা
অমগা অমুক হাপ্পবা অহান্না চেকফৈ তান্নগী
কাং খুৎনা পায় নোংবান মানা লংলকপা
লাইরেম্মনা উরী কাং মমায় পৈনা চৎহনখী।
কাংখিন্দা পাম্বা ঙমখিদে চেকফৈ নামা ফংদরে
অতৈ শান্নরোই তুরুকস্নু মথং মথং শোইরক্লে

নিঙোলশিংগী মরক্তা নুরা থামিক্লৈমা ইবেম্মা
চেকশিন্না লংবা কাংনা চেককৈ অমদি তাল্লম্মী
অতৈদি পুন্নাল চৎলে কাং খুৎ থাৱে।
মোইরাং মথংখদ্বে পানা কাং হৌবা তারে।
কেগে চাউবা নোংথোন মতাং চানা হায়রক্লে।
"ঙহাক পংজা পোত্থাখো হৈরাং লৈরাং লান্না
অহাও অথুম চামিন্নৌ হকচীং লাংনা পোত্থাখো।"
কেগে নোংবান কেংয়ান্না পুরিক্লাই পানা লুচিংবা
মথংখদ্না পানা কাংবুনা পাঞ্জল হন্দোক ঙম্নীনিংদেদো!
হরাও নুঙাই পেক্লা অথেন পোৎ ময়াম
অঙম অথো ময়াম লৈবাক মীয়াম চীংথদা
লোইনা শুপ্পা য়েনখরে নোক্লা খেনা লেনখরে।
মচা ইবেম্মা থোইবীদি নোংবান্না য়েম্বা তৈরাং
অথুম অহাও কয়াদো মক অমফাও চাব্বিদে!
লৈতোন্দা তংগে ফাও নুরা ওইবী খনখিদে।
ঙহাক পুঙ্গোই পোত্থাবা মতম অত্ত লোইখরে।

( ৪ )

মনাও ইবুংঙো মথংখদ্বে পানা কাংকাপ তৌখরে।
খুমন নোংয়ায় খম্বা পানা লুচিংপুরেল ওইরিবা
অহাম্বা চেকফৈ তাল্লকপা চেকফৈ অমা ফংবগা
নুরা লৈরাং থাদোয়না অনিশুবা চেকফৈ লৌখংখি।
অতৈ শান্নরোই মঙাস্ত মখোই মখোই কাংকাপ্পো
শান্নরোই অমনা শোইরে অমনা হেক্তা চিংখংলি
নিঙোল অমনা শোইবে পিবা অমনা লৌখংলি

পাঞ্জল মথং মথং লেপ্পা লৈত হন্দোক্লী !
বাংলেন পুং ২ চঙকপা অতুক য়াম্বা পাঞ্জলতু
লোইনা শুপ্পা হন্দোকপা অমখক্তা ঙাইহৌরে।
খুমন নোংয়ায় থম্বনা চেকফৈ অমা তাল্লগা
অনিশুবা চেকফৈ তানবদা শান্নরোই অতৈ অতুদি
শোইরদ্রা খল্লুবৈ মখুৎ নিক্লা কাপ্পনা
লোইনা পুম্নান চল্লক্লে নিঙোলশিংগী মরক্তা
নমোম লাংলেন খাদোইদং মদোম তরক য়ংহৌরে।
নিংথোগী মচা ওইবীনী থম্মোয়দা থুংকৎপা লৈরমদে
মোমোন মোন নোক্নুনা নুরা ওইবী হৌগংলক্লে
লৈরাং কয়া শাৎলিবী নিংথিবী লৈকোল মুংদা
ফুগাইনা মদোম শাৎচবী সনাগী থম্বাল মতৌনি।
যেংবগী পেনবা নাইদবী থাদোয় লৈবাং ওইবীনী
কেগে মোইরাং লমদম ঙাঙোয় খুঞ্জেল মাপলদা
সনা মচু লময়োবী তোমথিন ঙানবী লৈরাংনি।
চুমথাং পান্দোং হৌগুম মদোম লৈশাৎ তম্বীনি
খুনিং তাবু য়েংলুরে অহিংবা ঙাতেন মচিন্নী
চীম্বাল লৈনা তাবদি রারক তয়াল ঙমজবী
পুম্মনবী খজায়না অমুনবা হয়েল মতানি
কোয় কল্লবী শম্লাংনা হুম্নাগী থাঞ্জ মকোয়নি
তাংজ মুবী শমদোন্দী খ্বাংচেৎ নিংতু য়ৈ
সরা উফোং মৈবু থোক্নে তৌগুম নিংথিরী।
থবাক ঙানক্ষম তাবদা মুরা তাওজিং হৈরাংচাল
খাগোক হৈচীন হৈয়োম্বোক পাখং চেপরাই হৈ
চকলৈ তুনুং লিরোলহৈ তাউচিং মশুং নাইদহৈদি
চরৈ নমথাং অপান্বী চাংখ্রং পেত্রুকলা ফিনা

য়েংত্রৈ শেগা কাং ওইত্রৈ নোংদোল তায়
হৈচাং ফাবী তাউচিংবু নুরা চেংনা হৈকল্লাস্থ
খোইমু শংগু ময়ামগী মিংয়েং তাফম মওইষী।
লৈহৌ পাগা খোইরাবশিং ইরাং ঈথকহোন য়েংনরি।
নুজা পান্থোম তাবদি প্যাত্তা লৈখা নুংগী
লৈমুং থম্বৌ মওংমান থোংন নৌনা ফজবীগী
লৈহাও লৈরেন মাঙ্গবী মুরা খুৎশা তনোবীনা
সূনা কোঙ্গোল থিল্লিবী শামু ময়া কাংলেনতু
শমু য়েংনা পায় কাংখিল মপা কান্নক্নী।
ওক্নগী সূনা খুৎনা থাংচেৎ ফিদোল পায়
থাদোয় লৈরাং ওইবীনা কাং কাপগদৈ শেমনা
মশাবী নোংয়ায় খম্বদা মিংচৌনা হায়ফেৎ য়েংলকই
পিশুম পাগোয় লৈমানা প্যাঙ্খোইবী লিরুং ওই
য়ারৌ শজি মিত্তানা নুংশি তেনবু ওই
মথংলেন মমান মচা নোংয়ায় মাইথোং য়েং
লিরি তেংগা থোং নুংশি তেনবু কাপ্লকপা
তমগী খোইমু খোইরাবা খুমন তোম্পোক শাজোবা
মোমোন মোকপা মীনোক্তা নুরাগী তেনবু ওকাখদো!
কেগে চন্থ শকহেন্বী পোমশাংনবা থম্বালদো
মশাবী নোংয়ায় খম্বগী হরাও মীনোক উবদা
কাং শোইদ পাল্লবী থাজবা চামা হেনগৎনা
আরাম তম্পাক শঙ্গাইগী ইরাংলোন চন্থ খোইবীনা
কাংখুন তম্না হুলক্লে খুৎনা পায়বা কাংতনা!
লাইনুরা অয়াংলৈমা কাংদা তোংনা পাইরকপা
শোইকদবা কাংহুন ওই কাংখিন মরুদা পানখরে।
লৈ াক বা লাউখরে পাজল মান্নরে হরাওনরে।

( ৫ )

পাঞ্জল অমা থোইনবা অমুক কাং চুম্নরকপা
চেকচৈ অনি ফংলম্নু লমথা ইন্না তারে।
পাঞ্জল থোইরে খল্লবা পোবা তাবা লাকপদা
নোংবান মাইথোং লাংশিনখরে কেক্রু, মুক মুশিনখ্রে।
কোংয়ান্না রাখল তৌরকই থোইবদদি থোইহল্লোই খল্লী
খুমন নোংযায় খম্বনা লমথা ইন্নবা ফমখরে
কেগে থাংজৌউ কোইরেল্লাতি মনাই খম্বনা কাপ্পা
কাং শোইছনফদে খন অযাংলৈমা পাঙ্গোইবী থারক্লে।
নোংবান আথা কোংয়ান্না কাং খিন্না ভাইার!
পুরেন্দ্রগী খুৎথা ’হু ভাঙ্খিরৈমা লমওক চৈ
অদোন নোংয়ায় খম্বা লমথা কাং ইলক্লে
ইবেম্মা অয়াংলৈমা পাঙ্গোইবী কাংগী কাংমাই তোংলক্লি
কাংনা জিরি জিরি চাং চানা চেল্লকপা
নোংবান্না মুংলবা কাংদ শে ইফদনা পাল্লরে
খোইগোম অয়াংলৈমানা কাং হেন্দোকহন্দা লেপহল্লী
কাং লোমতনা লৈখবে যৎপা য়াবা থোক্লরে
খুঙ্গ মচা মখেনা পা ল থ বে লাউরকই।
“পাঞ্জল লোবা যাদে!” আওান নোংবান লাউরকই।

( ৬ )

কেগে চাবা নোংথোন “নোংবান কবিগীনো” হংলক্লে।
‘হুতাও খম্বগী কাংকাপ্পা ফম্বা মওং চুমদ!” খুনকই।
“ফম্বা মওং চুমদ্রদি কম্মীডে হায়হৌবা য়াদ্রা
মনা পাঞ্জল চপ্নগা যেংকে তৌবা মাঙ্গিদা!”

মনাও ইবুংঙো মথংখন্বদা পাঞ্জল লৌফম থোক্কে
নোংবান চেনশিন্দুনা তুরুরে লৈপাক মীয়াম মাংহুদা।
"তয়ুম নোংবান অচাম্বা হন্দকী রাফম অসিদি
ঐনা রায়েল তৌফদে য়াম্বুং ইবুংঙো পুরিরাই
কেগে মোইরাং নিংথৌদা নোংবান হংগৎচরু!"
কেগে মথংখন্বনা মনাই কাদা হায়রীখি!
নোংবান তন্না চেনশিল্লক কেগে মোইরাং নিংথৌদা
"ঐব লোইবা লৈমাবা ঙাঙোই লৈকোই মপুরেল!
ইতাও খম্বনা কাপ্পা লমথা পাঞ্জল লৌবীনু
ইতাওনা ফম্বা ফম্ফমদু তারানবা ফম্ফমদা ফম্বনি!"
কোংযাং চৈশু তাবগুম নোংবান তানা হংগংলরে।
মপু মোইরাং নিংথৌনা চাউবা য়েংনা হায়রকই—
"ইপু নোংপোন তাবীয়ু নোংবান রাস্থ লৌগুমসি
কোরৌ নারল চল্লক্লে শাংথনা শাল্লবা য়ায়রোই
হন্দকী পাঞ্জল অসি লাদবা। চুমলনি ইপু
অমনম্ব থোইবা শক্তিইঙৈ অমনম্ব পোবা ওইদ্রিডৈ
ঙসিগী কাং অসি লোইশিন্নবা লাউথোকপীরো!"
মপু মোইরাং নিংথৌনা অডম্বা কাদা হায়রকপা
"ঙসিগী পানা কাং মতাংসিদা লোইশিল্লে
অথোই অহেন লৈতরে পাঞ্জল চন্না মান্নরে।
খম্বগী লমথা পাঞ্জল ঙসি নোংগী লৌরবোই
কোন্না হাপচিন্নবা থম্মনি নোংমৈ কুমওল লাকপদা!"
কেগে চাউবা নোংখাংলনা লৈপাক মীয়ামদা লাউ
খুন্থক লৈরোই মচাশিং মখোয়না থোইরে ঙাংনখি।
খুনখা মচাশিংনদি পাঞ্জল মান্নরে শোন্নখি।
মোইরাং আখা কোংয়াম্না কেগে শেলুং ফম্মাইবা

"খুমন লমজা মচানা লুচিংবা পানা কাংলুপ্পা
নোংবান ঐবু থোইবা মত্তিক করি ওইগনি!"
থম্মোয় মুংদা খন মরেং ফন্না চৎখয়ে।
সৌরানা পে থাল অঙোম য়ুমদি তমখিদো।
জগোই থেকপা হৈত্রগা জগোই ফম্বাক্তা তাইনবা
রাইরা তেন্না চুমলা উরোক মথাই শোকইদো
খোমলেন তুমখুন তান্দবা তাইবঙমী হৌদোক লুই।



# কুমগী শান্না কুম্মৈ

( ১ )

কেগে মোইরাং লমদমগী হরাও কুম্মৈ মতমনি
পানা কাং শান্নবা লোইখিবা মতুং কুইদনা
কুমগী শান্নবা মখল্লশিং পাঙ্গল চাংয়েংনবা হৌদোরে।
লোশং পাঙ্গল চাংয়েংবা যুবী লাকপী হৌদোয়ে।
নোংখোং শেংবা ঙুমিৎ কোবৌ নুংথিল ওইবদা
শামা পাঙ্গল মান্নবা চাউদম শাংদম ফজবা
তম্বা পাখং কুন কংলা কাউনরোই থন
শামান নমান্নবা গেংনবা কেগে লাইবুঙদা থুংলয়ে।
খম্বা নোংবান অনিনা শান্নবা অদু শিন্দোম্বী।
কেগে শান্নবুঙ অদু মীনা চোন্না তিল্লে
অঙম অথৌ পুম্বস্তু লোইনা শুনা ফম্লে।
কেগে মোইরাং নিংথৌস্তু মনায় মশল লোইননা
ঙাঙোয় কাংজেবুঙ থোক কুম্মৈ অদু য়েংলরি।
মনাও ইবুংঙো চিংখুবা মোইরাং মথং খম্বস্তু
মথোম লাংলেন থোইবীগা কুম্মৈ য়েংবা থোরক্লে।
থৌরাং অসি পাংনবা শেন শাবা লোইখয়ে
থোংনাং পোটরৈ লমদৈ পুরকপা যুবী ময়ামদৈ
থোইদোক হেন্দোক চাউবা যুবী অমা থল্লা
থাউনা পুম্না তৈরে অনানবা পোৎশক ওলহল্লে
কাংজেবুঙগী ময়ায়দা যুবী অদু থম্লরে।

কেগে মোইরাং অঙম্বা মুংবাল চাউবা নোংথোন্না
ফিরাল পায়না লমথারা তম্বা পাখং কুন্দু
লমজেল য়াংনা চেনশিন যুবী অতু লাক্লা
মপু মোইরাং নিংথৌদা থৌনা ফনা কৎনবা
যুবী হান্না পায়দৌগী কন্না চেনশিন্নরক্লে।
অমনা অমবু হেন্নদে যুবী অতু লাক্করি
অমনা অমদগী মুন অমনা অমদগী লাক
যুবী থাদা কোন নিংথৌ মাংদা চেনশিন্নবা
মহে মহে হোৎনরি শিবা কিদ চোংশিন্নরী।
খম্বা নোংবান অনিদি মাগী মাগী পানাগী
লুচিং পুরেল ওইবনা যুবী লাকপী য়াউরমদে
অশোয় অডাম য়েংলি খৎন চৈনা খাগদোক্লী
শান্নরোই ময়াম পুনশিন্না যুবী অতু মুন্নবা
অকন্বা অনি চংশিন লাইজ পুল্লাং হৈথনা
শান্নরোই ময়াম হন্দোক্লবা পুন্না য়েংন' খাইদোক্লী।
তম্বা পুপা কুন্দুস্থ বাংলেন পুং অমদি
অমনা অমবু ঙমনদা থবায় থুবাক হাপ
পজেং ফিরাল থেৎনবা হন্দা লৈত লাক্করি!
যুবী লাকপী শান্নবা মথাং অহুম থোক্লী
চহি তরানিপাল মমুংগী কাংবু হান্না শান্নে।
চহি কুনমঙাগী কাংলুপ্পা মথং অমুক লাক্করি।
চহি কুন্থা মথক্লা অরোইবা ওইনা শান্নেদো।
বাংলেন পুংজা অনিদি যুবী লাকপীদা চংখরে:
যুবী লাকপী শান্নবৈ মুংঙাইরবা কুম্মে অদো
লৈপাক মীয়াম য়েংনরি হন্নাও মুঙাই ফোংদোক্করি।
মাগী মাগী লৈকায়গী মশা ফদা শান্নরোই

অমমমদি চোংথোক্লা শান্নব য়াউরি ভাক্লী
মাগী মাগী লৈকাইগী মীনা থোইহন্নীং ভাক্লী
মতুগী লাউন মখোন্না লোকচপ্পা নোংমৈশিংজং তাগুম্মী
কেগে কাংজেবুঙ অতু পুমনিল ওইনা নিল্লম্মী।
মায় পাকনসু কয়ানি মায়থিবসু কোঙ্গাইনি।
লৈপাক পুম্নাং লাংনা য়ুবী লাকপী শান্নরকপা
মতমগী খোংচেল তুংইন্না পুংলেপ মতম ওইরক্লে
য়ুবী লাকপী কুম্মেদো মতাং চানা লোইশিল্লে।
অথোয় অংহন পুম্নমক নিংথৌ স্না খুংনা
মতিক মঙল চাবা মনা মপুম য়েন্থোক্লে।

( ২ )

কেগে শান্নপুঙগী থৌরম মথা চংথরকপদি
য়োইময়ায় কোরৌহন্বনা নোংচুপ চীংয়াং তমথরকপা
তময়া খোম্বা নামীবনা শিংর শিংপা মতম্নি
কুংশা মৈশা শাম্লকপা কুঙাই পুংফম চঙকানী।
ঙাংলৌ, ঙাংখম. একাচন, ক্ষেক্লৌ, তুমংলৌ, লাখোং
খুয়োন য়াউশু খুম্দোন, চংলম ফানশাং খোইনাইথাম্বী
হিগা ফাললৌ, উরা লাইচিং মোইরাং লৈকাই নিপালগী
অথৌ লিচা হেম্না থয়ায় কোন্দাইলোম্বশিং
খুবোম য়ায়শিলোম্না খুদাং তাঙ্গাও শিবা
পাম্বা শা কৈশরুবা কৈরেল থৌনা তেংথানরবা
কেগে কংলা কাওনরোই অনত্তা চিথদ তিল্লবনি।
থাংদা চৈবীদা লম্বুদা লাংশোইদা অহে অহৈবনা
তেনকাপ্পা তেন্তাদা লিরিদা লিচিংদা অথং অথংবনা

ঈথিংদা পন্থিংদা লমজেন্দা গুক্কাদা মতিক মঙন য়েংনা
চেপ্পোংদ মাংজোংদ খুবৈদ খোংয়ায়দ অশান অয়াংদ
শুকতা মুঙদা তাদা লোংদা অকন অথৌ মথৈনা
পজেং ফিরাল থেৎনবা মকোক মথং তাগে
মথৌনা মরিংজেল উৎ শয়েং পাম্বোম ভানা
মরাইবক চাং য়েংনরি অথোয় অহেন তান্নরি।
নোংবান আথা কোংয়াম্বা কেগে তরেৎ শেল্যংহম্বা
খুমন নোংয়ায় খম্বা অদান পুরেম্বা মপারি
পাম্বা কৈজেংলাংগুম্বা শল্লপ পুবা শাগুম্বা
পানা লুচিং অনিস্থু পাঙ্গল পৌনা উংনা
শয়েং থেরুম্বে পাম্বাম ভানগে নিঙাইদনা চোংথোক্লী।
কেগে মীয়াম পুম্বা মোইরাং খুঙ্গা পুম্বা
ভাঙোয় শান্নবুঙ কেগে কাংজৈবুঙ কোয়না
চীংন চায়না ঙমদা কুক কুক ইন্না থেল্লী।
শান্নবা মখল কয়াদে চেপ্পোং হান্না হৌএ।
মোইরাং নহা বয়ানা চেঞ্জোং অহু তাম্নবা
অঙোম নিংথৌ মপাম্বী নোংবান আথা কোংয়াম্বা
অকম্বা মানা চোংবদি খুমদে হেন্না শাল্লে।
মকোক ওইবৈ মনাদো নোংবান মানা ফংখিএ।
খুমন নোংয়ায় খম্বনা অনিশুবা মনা ফংএ।
ইরাংলোন লাংলেন থোইবীদি মাইথোং লাংশিন খাংখিদা
মথং শান্না হৌবদি মাংজোং থোরম পাইএ।
নোংবান আথা কোংয়াম্বা মশা ফবদা নত্তনা
মশা য়াম্না উই শমু হকচাং য়ংই
খদাং কন্না চিক্লা অরৈবী থানা চোঙকপা
মুংশিত্তা ফৈনা কাউরম্বোই ফনা শান্না চোংখরে।

অতৈ শান্নরোই ময়াম্না অতুম্নক হন্না চোংলসু
নোংবান্না শান্বা অতুক্তী য়োবা কোবা ঙমদরে।
নোংবান্না মনা লৌখরে কোংয়ান্বা পজেং থেৎখরে
মথংদি খঙবা তায় খুমন্না মনা ফংএ।
মচা ইবেম্মা থোইবী বাবা পন্দোম লোমখরে
"ইশাবী মানা মায়থিবা থম্মোয় অসি পুঙমদে
কয়ম খাংনি ঐহাক্তী চাক্লেদা কো অচাম্বী!"
মনায় শেগু য়েং শোম্তাংননা শোল্লকই।
"থম্মোই অতু ফাথবিখো মথং কবি শান্নগে
অমুক্তা তপ্পা য়েংখিসি! সনা ইবেম্মা ঙাইবিখো!"
মনায় শেম্নু কোবীনা মবেম্মা কাদা হঙ্গৎলি।

( ৩ )

মথং শান্নবা অতুদি "খোংয়ায়" চোংবী ওইরম্লে।
কেগে মচা ময়াম মোইরাং পাখং ওইবশিং
মতিক মথৌনা উৎনা মথং মথং চোংলকই।
খুমন নোংয়ায় খঙবগী চোংদো মতাং য়োরক্লে
নোংয়ায় মাগী পুক্লিংদা হন্দক্তী শোইদ থোইরগে
বাখল চেৎনা খন মতিং থোক্লা চোংলকই
ময়ামতুগী মাংদা তায় খুদুপ হেন্না শাল্লে।
খুমন মাগী দমক্তা মীয়াম খুবাক খুনরি।
ইবাংলোন লৈরাং খাদোয়সু মশাবী মাগী দমক হরাউজে।
শনৈহীগুম উইবা নোংবান আথা কোংয়াম্বনী
মশা য়াংনা উইবনী শেলুংবা থোইনা নাচুংদে
মাগী মতাং থোক চোংগে খন্না থোরক্লে।

লৈপাক মীয়াম মাং মা মণ্ডাইরে খন
মরেং ফন মখৌ পোং খোংকাপ কামজাও হুল্লকপা
নোংবান মতৌ উবদা লৈপাক মীয়াম পুম্বদি
কয়া অমনা য়েংনিংদে কয়া অমনা নোক্লিংই।
মাগী মীচং মখৈদি মহৈগী মতিক পোংবনি!
থোইরবদি পোংকম থোকই পোংবা য়াম্বিডে পোংহৌনা
মাইকৈ মরি মক্তে খুবাক খুনা লাউরকএ।
কেগে শেলুং ফম্নাইবা নোংবান আথা কোংয়াম্বা
মথা কন্না চিক খোংয়ায় অতু চোংলকপা
খুমন নোংয়ায় থম্বদে হুই অমা হেনখরে!
নোংবান হুরাউবা থেং লৈপাক মীয়াম মমাংদা
মশুৎ অনি থাঙ্গৎনা হুন্না হুন্না চোংখৎলি।
খম্বনা মথং তারিস্থ মকোক গুষ্টবৈ মনাদি
নিংথৌ সনা খুত্তে নোংবান মানা লৌখরে।
মমোম লাংলেন ইবেম্মনা কেগে চনু থাদোয়দি
কালেন ফুংশা য়ৈবদা পথরবা শিঙেল থম্বালগুম
মরু লৈদা লুক পিরাং শিম্থ খাংখরে।
মনায় শেনু য়েং নুরা মপাও মেল্লকহু—
"পামজদবা মীশক্কা মখৌ পোংনা চোংবসে
ঐদি য়েংবা ঙম্মরোই! থম্মোয় অসি কায়দৌরে!
চৎলসি কৈদোগে শেনু ইয়ুম মোংবা য়োরসি!"
"শান্নগদবা মখল কয়া পরেং অমা লৈরি!
নোংবান মানা লৌবদি শান্ন মখল অহুমদনি!
ইবুংঙোতোন মেলৈ লাংবগী মতাং শোইদ লাক্লনি!
খুমন নোংয়ায় থম্বসে মাইথোং করিস্থ লাংশিন্দে!
ইবেম্মা করিস্থ খল্লুনু ইবুংঙোতোনগী মতাং লাক্লনি!"

মবেম্মগী মুংঙাইত পুক্কিং শেন্নু মানা থেমজিল্লী।

( ৪ )

মথং শান্না মতাংদি খুফৈ চোংবা য়োরক্লে।
কেগে শান্নরোই ময়াম মানা মানা হৈজবীদা
খুফৈ অহ্ন চোংবস্তু থোয়না শানবা ঙমনদে
অঙোম নোংবান্না চোংবস্তু কাপ অমত্তা মথোইয়ে।
কোংয়ান্না মাগী রাখলদি মানা থোয়নি মখাল্ল।
অচাং নোংয়ায় খম্না মাগী মতাং থোক
খুমন মানা চোংবদি খাইগী মাংদা তা
নোংবান আথা কোংয়ান্নদৈ তুইখাই অমা হেল্লে।
খম্বনা মকোক ওইবদ লৈপাক মীয়াম হুরাওনৈ।
মকোক ওইবৈ মনা খুমন নোংয়ায়না লৌরে
কেগে আথা কোংয়ান্না মথংগী মানা ফংএ।
ইরাংলোন লৈরাং থাদোয় থম্মোয় মকা লামক্লে।
মোইরাং শান্নবুঙ অহুদা মথং তান্নবা হৌবদি
অচৌবা মুঙজাও পায় শান্না লংবা তান্নবনি।
কেগে শান্নরোই মখৈ মীনা থাঙ্গৎ রাম্নবা
মুঙজাও লেংদা খোং অঙন্বী থা লংনরি।
কেগে নোংবান শেলুংবা মাগী পাঙ্গন্না লংবদি
ময়ামদগী হেনগে খন লম কুন লংএ।
খুমন নোংয়ায় খম্বনা খদাং চিক্কা লংবদি
চাংজেন নারল পাঙ্গন্থনা লোইবী ফুক্কা লংগুমএ
খাইদৈ শান্না লংবনা লম কুনমঙাদা তাইএ।
পাঙ্গল চাংয়েংনা ময়ামদৈ খম্বনা পুংরেন হেল্লে
পাজেং ফিরাল থেৎলে মকোক ওইবৈ মনা লৌএ।

কেগে নোংবান শেলুংবা মথংগী মনা ফংএ।
তম্পাক য়ুমগী লৈরাং পুক্লিং খৈনা হয়াওজৈ।
মথংগী শান্নবা মখল শুক লংবা থোক্লে।
শয়ি কুহি শুক শানবা তান্নবৈ লংবদি
অতৈ ময়াম্না লংবদৈ নোংবান মামা হেল্লি।
খুমন নোংয়ায় খম্বনা মপাম্বোম তিংনা লংবদি
নোংবান আথা কোংয়ান্নদৈ লম থগাই হেল্লে
মাইকৈ মরিমক্তে লৈপাক মীয়াম খুবাক খুই
মকোক ওইবগী মনা অমুদোন খম্বা ফংএ।
মথং অথোয় অহেন্দা তা শানবা তান্নবনি।
মশা মউ করবা মোইরাং পাথংশিংনা লংবদি
লম হুম্ফু কাপ্পদগী থোযনা পংহেন হেন্দে
নোংবান আথা কোংয়ান্নবা পাঙ্গল ফুক্না লংবদি
লম চামা লাপ্পা শাম্না লংবা ঙমএ।
নোংবান পাঙ্গল উবদা লৈপাক মীয়াম হয়াউনৈ
মাইকৈ মরি মক্তগী খুবাক খুনা গাগৎনৈ।
অডাং ইবুংঙো নোংয়ায় খুমন অদোন খম্বদো
মথুৎ তাশাং পায় খোংকোপ কাংজাউ হুল্লকপা
অঙোবা লোইবী চীঙনা মখোং পান্না লাক্নমই।
লোয়া লাকপা তোলোংখোম্বা পাখং নাহা শাকবনা
তামেন তা পায়না লোইচিং লোয়া লমগী
শয়োম খিবিক লোইচন্না থেংগো চোংনা খোশাগুম
কাংজৈবুঙগী ময়ায়দা থৌনা উংনা খোশারম
শামা পাঙ্গল ফুক্না তিমেন তাবু কঙকপদি
লম চামা কুননঙা থাপ্পা লাপ্পা শাল্লে!
নোংবান আথা কোংয়ান্না লাকচৈ হায়বা খন

খদাং কন্না চিক অহুম্নক হন্না লংবস্থ
য়ৌবা কৌবা শুমখিদে নিংবা কায়না তোকখিএ।
থুমন নোংয়ায় খম্বনা মকোক ওইরে লাউনম্নি !
পজেং ফিরাল থেৎনা নোংয়ায় মনা লৌরে।
মথং তাবগী মনাদি নোংবান মানা ফংখি।
অকল অথৌ পুম্বগী অথোয় অহেন তাম্নবা
মশান্না মখল কয়াগী কুমগী ওইবা কুম্মৈ
কেগে মোইরাং কাংজৈবুঙদা মপুং ফানা পাংথোকএ।
খম্বা নোংবান অনিনা মকোক মথং তায়
মকোক ওইবগী মনাদি থুমন্না হেন্না ফংএ
নোংবান আথা কোংয়াম্বদি অনিশুবদা তাইএ।
লৈপাক মীয়াম পুম্বম্ব অভম অথৌ পুম্বস্থ
নিংথৌ মচিন মনাওস্থ হয়াও মুঙাই লোইননা
থৌরম থৌদা পুম্বা মপুং ফানা পাংথোকখিএ।
মচা ইবেম্মা থোইবী মনাই শেম্ন লোইনা
লাইর মরান য়ায়দা থুনা য়াংনা কুম
মশাবী নোংয়াম্ব খম্বগা হয়াও মুঙাই লেনমিন্নৈ।
শাইবা কল্ল ওইনমক থাংবা কল্ল ফমেন ফমই !
হনবা লৈত হোৎনরাদি পজেং ফিরাল থেৎপনি !
রাশক থম্না হোৎনরাদি মীকোক থোংবা শোইদবনি !
হোৎনৌ কন্না হোৎনৌ হোৎনরবাদ এহৈ চাবনি !
ইরমদমগী যুম্বীরেল ইরৈবাকপ্ন অরাংবা থাক্তা চিংখংলু
পজেং ফিরান থেং মিংচৎকী ভরোং থেল্ল !
মীকোক থোংবা ওই মালেমদা নশক তাকলম্মু !

—☆—

# শান্নবা

পোইরৈ মৈত্রবাক অসিদা য়েহ্লোউভদগী হৌনা মখল কয়াগী মশান্না লৈরক্কই। লৈপাক অমা লৈরবদি শান্নবা হায়বসি য়াম্না মরু ওই। শান্নবগী চাউখৎপদু য়েংলগা লৈপাক অদু কয়া য়াম্না চাউখৎপগে হায়বদু খংবা ঙম্মী। ইউরোপকী চাউখৎপগী হৌরককম ওইরিবা গ্রীক মালেমগী ওলেমপীক্কী হৌরকফম ওইরি। চীঙনা কোইশিল্লবা পীক্লবা লমদম অমা ওইরবসু শান্ন-খোৎনবদদি য়ুম্লোন্নবশিংদগী তারকপা নত্তে। শগোল কাংজৈ, খোং কাংজৈ (মুক্না কাংজৈ), মুক্না, লমজেল, শুক লংবা, মুঙ লংবা, তা লংবা, মাংজোং, চেঞ্জোং, খোংয়াম্ চোংবা, খুবৈ চোংবনচিংবা মখল কয়াগী মশান্না শান্নরম্মী। পীক্লবা লৈপাক অসিদগী হৌখিবা "শগোল কাংজৈ" মালেমগী লেম্নবা মশান্না অমা ওইনা লৈপাক পুম্নমক্কী শান্নরি। খোং কাংজৈ (মুক্না কাংজৈ) অসি হৌজিক্কী 'হোকি' হায়বসিগী অরিবা মশান্না অমনি। খৃষ্টনা পোক্ত্রি-ভৈগী য়াম্না লিরবা মতমদগী লমদমসিদা শান্নরক্লবা মরু ওইবা মশান্ননি। সোরারেলগী মচা খোয়ুম খোরিফাবনা মমা থিবা লাকপদা কাংজৈ কাংহু পাইরম্লি। মসি খৃষ্টগী মমাংগী বারীনি। অঙাং কয়া চাউরবগে হংনবদা খর চাউরক্লবদি "কাংজৈ কাংহু পায়বা ঙম্লে" খুম্নরম্মী। শম্না হায়রবদা "খোং কাংজৈ" অসি ভারতদা নত্তনা এশিয়াগী লৈপাক-শিংদগী হান্না শান্নরক্লবা লৈপাক্কী "পোইরৈ মৈত্রবাক" অসিনি হায়রনা চাউথোক্না খুন্বদা লাননিঙায় লৈতে! য়েৎনিংঙাইস্ন লৈরোই! মুক্না হায়বসি মতম অমদা মীতৈ মুপা খুদিংমক্না মশা ঙাক্লবা, য়েক্লবনু লাকশিন্নবা হকচাংগী কাংলোল অমা ওইনা হৈতবা য়াদবা ওইনা লোইনমক্না হৈনরম্মী; অদুনা মসি খাইদগী মরু ওইবা মশান্না অমা ওই। মুক্না অসি ময়ায় থংবা অমসুং অরাং এশিয়াগী লমদমশিং কোরিয়া ফাউবদা লৈরিবা মঙ্গোলিয়ানশিংনসু শান্নরি।

—☆—

# কাওগী লাইপাও

## ( ১ )

মোইরাং তরেৎ শেলুংহন কেগে আথা কোংয়াম্বা
খুমন নোংয়াইনা লাকচখিব খল্লু খল্লুদ হুন্ডাইত্রবোই,
করম তৌরে হাইর খম্বা য়াইবী লৌদগে
মোইরাং নোংবান শেল্লংব তরেৎ তরা খল্লিদৈ
খুমন মরুম লম ঈকোপ পাক্তা চাব
শেম্বাং পাইব য়াদবা কাওরেন শম্বী অঙাওবা
মাইগৈ থুংন নৈরক্লে অয়াম্বা মীনা কৗনরে।
পোইরৈ মাগী অকল্বা খুমন তোলোং খোম্বা
পনম খোং য়ৈখাই মরোং খোং কিশিথ্রে।
থেংন চিক্লা হনফদে নাইতোম তরক কুমফদে
কোয়ৌ ইল্লুং চংদ্রিদৈ ইয়ুম মোংব য়োহৌসি
কৈথেল কুম্বীনা ঙাংনবা নোংবান মানা তারু
মতুনা পান্বে ওই কোংয়াম্বা মাইবী চঙখরে।
ময়ুম মোংব মরাল হুমিং তরেৎনী চুপ্পা
মপাল ইপাল থোক্ক ফিশেং শেৎন লৈরুর,
মবুধো থাংজীঙ লাইবাও চীঙ মাগী মপাও
কোগে কংলা মীফমদা নোংবান কাবক লাউরম্বে।
"লমলেন ইকোপ পাক্তা চাব কাওরেন শন
চংন শয়েন চন নবুধো থাংজীঙদ কৎলু
কাওব ফাবা মতম কাওরেন মতু তেকফদে
মীকোক অনি সুফদে খুৎলাই য়াওনা ফাকদে
চীঙ থাংজীঙ লাইবাও খোয়ুম মাগী ময়াথং
লৈবাক মীয়াম্না থওইদ্রবা কাওব কায়োই নিংলব

কেগে মোইরাং লমদমসে মথক মখা ওনগনী
তীমু নাইমু কন নিংথৌ মফম ভাগনী!"
নোংবান মরা তাবা অঙম্বা পুম্বা রাঙাংদে
অকন অথৌ কনাস্থ কাও ফাগে চোংথোক্তে
ঙম্না মরু লুক তুমিন তুমিন লৈখয়ে।
অঙোম নোংবান শেলুংব মোইরাং নিংথৌদ হঙ্গংলি
"ইতাও ইবুঙো খম্বা ইকোপ কাও কাজগে
মনা মথুম ফংজগে পজেং ফিরাল থেৎচগে
মপু স্না খুয়াদ থর হঙ্গৎপিয়ু হায়না
পুথম মঙা পুরক নোংবান ঐঙোন্দা রাকৎলৈ
ইনিংথৌ ইবুঙো থৌজান্নীয়ু ইতাওবু কাও ফাহন্নীয়ু।"
নোংবান থোক তাবদা খম্বা শাউব থেং
মখা কন্না চিক মমিৎ লৈনা য়েঙকই।
খুমন মতৌ অতুদা নোংয়ায় শকফম মতাদ
নিংথৌ স্না পুক্লিংনা নোংবান থোক্কী মথল্লী।
মতু ফনা ওইরম্মু কুদোংথিব 'তুদি কোক্লীং
অঙাং লোমদা ওনশিলক খুমন য়েংন হায়রকই—
"তয়ুম খম্বা অচাম্বা নতাওনা হায়স্থ হায়নে
য়ারদি ইকোপ কাওব তয়ুম নং ফাও
নিংথৌ ঐগী বাবা লৈপাক মীয়ামগী মীপাইবা
অচান্না নংনা কোকহল্লু ঙম্মদি চোংথোকউ কৈদৌগে?"

( ২ )

মপু স্না য়াথং খুমন লমজা তাক্লব
খম্বা মাগী মপুক্লিং তারেং তরা খল্লগা

"ইতাও ইবুঙো নোংবানগী অশেম্বা রাফমতুই নংচদে
মপু স্না য়াথং লৈপাক তাব য়াদবৈ
কেগে রাবা কোরুবা মোইরাং লৈপাক মুঙাইনবা
কাওরেন শন ফাব খুমন লমজা চোংথোকচগে!"
অসুম হায়না হঙ্গৎ অঙাং নোংয়ায় শাজোব
মপু স্না মাং কাও ফাগে য়াখরে।
কেগে ফম্বাল লৈতেংবী মোইরাং ভাঙোয় লৈমরেন্বীনা
লিকলাং পরেং অনা খম্বদা মনা পিরকই।
'ঙসিগী লিক্লাং অসে ইমোম থাদোয়গী শাবনি
লৈপাকী য়াইফনব ওহবনা হমোম কারসু শাওরোই
খুমন নরল ওইজ নোংয়ায় নয়ুমদ পুজখো
লাংলেন ইবেম্মা থাদোইগী কোন্না শারগা পিরগে।"
অসুম্না মনা পি অঙাং পুক্লিং পেলহন
মোইরাং নিংথৌ শঙ্গাইগী কংলা বায়েনশঙ অতুদ
তাম্বাবা কোক্লনী থন ময়াম্না হরাওনা লৈরিঙৈ
কেগে লালোহ ফম্নাইবগ মোইরাং চাউবা নোংথোনগা
কংলা বায়েনশঙ চঙক, লৈপাক বায়েল য়াওরে।
অঙম্বা থোংলেন অথৌবা নচা খম্বগী ঙকশমদৈ
লিক্লাং অতু উরকপা মপারী মরা হঙকহ—
"ইপাই ইবুঙো শাজোবা ইচাদি ইনাক খুল্লবোই
কেগে কনাদা শাহল্লবা মমল য়াম্বা লিক্লাংনো
পারি ইপা তাগে লিখোং শেংনা তম্মুকো!"
মপাই রাফম অতুই খুমন পাওখুম পিদ্রিঙৈ
মোইরাং নিংথৌ পুরিল্লাই অঙম্বা কাদা পুমক্লে
"ইপু থোংলেন অথৌব কেগে লালোই লুচিংব
নচা নোংয়ায় খম্বনা কাও ফাগে য়াবনা

ঐগী মনা ওই পিরিব লিক্লাং পরেংনে :"
নিংথৌ বাচু তার থোংলেন নিঙাইদ খুমকই
"মপি মপা লৈত্রব নহা ওইরিব ইচানে
ফাব ঙমগদ লৈরস্ত তরাই তরাই ওই
শোইব য়াব লাংফমদ ইচা থাজবা ঙমজরোই
কেগে লৈপাক চাওই মতিক চাব খনবিথো !"
"করি রানো ইপু মচু হৌনদ বানিনা
নচা নোংয়ায় নত্তনা কনা ফাগে চোংথোরক্তে
ইপু থোংলেন অথৌব লৈপাক্কী রাবসে খল্লুনা ?"
"লিক্লাই ইবুঙো রাফমসে ইয়ুমদে হান্না তাজরে
ননাই নোংবান্না হাইব পল্লবা ইতৌ তৌদনা
স্না পুক্নিং থাজবীব মচুস্থ খিৎ হাকমল্লী !
শোইদনা শরেন চন্দ্রব, য়াদে হাই লৈর
কাও অসি মল্লুল্লা হে লৈগী উশিন
য়াগদবা অমা খন শিন্নবা তৌব ফগনী !"

( ৩ )

মোইরাং অঙম্বা মরানা কংলা কাহনা লাওরকপ
মনাও ইবুঙো মথংখন্বা মপু থোংলেন্দ ওনশিলক্লে
"মচুগী মতাং লোইখরে অমুক খন্নকম থোক্তে
নচানা ফাগে য়াগ্রব কাওসে কাহল্বা চুমই ।"
মলোম ওইব বাদ থোংলেন শাউনা খুমকই—
"কেগে রাঙ্গোন নিংথৌ ! মোইরাং মথং খন্বা !
চৌঙ্ লাইগী নোংদম্না ইচা শোইব থোক্লব
মনাও ইবুঙো পুকফবৈ স্না পুক্নিং অচুদি
লবুক্তে থরোই কাইবনী পামেল উছা থাবনী

মদোম খন্নীব ময়াইদো থোংলেন ঐদি মুঙাইরোই।
নবুধো থাংজীঙ য়াথংন নমোম লাংলেন স্নাহল
শয়েন চন্না তারবা উশিন অমা থিবীনি
উশিন য়াদে হাইব লৈবাক্কী রাবদি য়েংবীদ
থাজঙ কোমাই ফুংক্তোক্কে শাওনা শোইদ হাইবীনি!"
অঙম্বী রাহে অতুদ চৌংখুব শাওনা লাওরকই—
"কবি হাইব ইপু! হাউং চাবা কাওগবু
ইমোম লাংলেন থোইনীগ, মানা ভাংবা য়াবরা!"
"অতুনাদো রাঙ্গোন নিংথৌ! মতু শোন্না শানী
করি থংদবনী হাই উশিন চেকয়ক থিবদ
ইচা মচা নাইব অচৌ আনিশক থাওব
মীগী মচা ওইর শোকচসনু হেক খন্না
ইচা নচা ওইর শোকপা য়াদে হাইবাব
লৈপাক মঙাক চুমদে লৈপাক পুক্কিং মুঙাইরোই।"
থোংলেন শাঙ্গরে খংলবোই মোইরাং নিংথৌনা থেমজিলক্লে
"ইপু লালোই তাম্ব' কাকয়েন শুজা অথোব
হন্দক মতাং অসে অতু অদা থিরনু
নচা নোংয়ায় হন্ববু কাওসে ফাহল্লু কৈদোগে?
লিক্লাংদৈ হেন্বা মনামু নিংথৌ ঐনা পিগনি!"
"রাতবু অসি লৈ ননাই থোংলেন হঙ্গংশনে
মপু স্না য়াথবু করি লৈপাক ভাকনী
কংলা ফমেন লৈতেংব ইনিংথৌ ইন্নুঙো য়াইফব
লাইয় লমজা ইচানা নিরাল নমায় চুংতরম
কাও ফাব ঙমজরদি কারি ননা পিবিনী?"
"ইপু থোংলেন অথোবা নচাগী মনা পিবসে
য়ানিংদ লৈরস্ হায়ু বাংলে নিংশিংলকউ ইপু।

পোৎচা থুমজা শুননে ইদাইরেম পুরেম্বনা ওইরম্বা
ফমথোন অচু কারসমু মনা মথুমগা খিন্দোক্নে।"
মোইরাং নিংথৌ রাতাদ চাউবা তপ্লপ থুমকই—
"হন্দক্কী থৌদোক মতাংসে থরায়গ লৈপাক্কা শিন্নবনে
কেগে ভান্বা ইনিংথৌ স্না পুক্কিং তৌবীয়ু!"
নোংথোন মাগী রাইদা কংলা উত্রা পুরিক্লাই
রাখল ভহাক তৌরুর পাওখুম চানা থুমক্লে
"ইমোম ইবেম্মা খোইবী অমত্তা পোকপী চরৈহল
থুমন পুণ্ডদ থাজগে নমৌ ওইয়ুনে ইপু!"
মনাও ইবুংঙো মথংখল্না ময়াম্বুং নিংথৌগী রাপাংলকই—
"নচানা কাও ফারবদি ইমোম লাংলেন থাদোয়
নপারী খম্বদা থাজনি মসি অরেপ্পা রানি।"
কেগে খোংলেন হরাওই রায়েল লৈখাই তারকই—
"হয়েং কোইরৌ নুমিত্তা ইতুং শ্বরা ভাল্লগা
থুমন নিংথৌ তাক লৈপাক অনিনী মপুনে,
লমদম অনিগী মীয়ামনে লোইনা শুনা তিল্লগা
কুম্মৈ ওইনা য়েং হরাও মথোয় কানা,
লম্লেন ইকোপ পাংকী কাওরেন শন অভাওবা
থুমন ইচা মেলৈলাংব পারি নোংয়ায় ফাহনগে।
লৈপাক মাংদ লাও মীয়াম পুম্বা খংহনাথ।
কাওগী খন্নবা লোই অভম্বা পুম্বা হনখরে।

( ৪ )

কেগে থাঙ্গরাকপা অভম্বা নিংথৌগী য়াথং পু
থুমন কোন্নুং চৎ রারম পুম্বা হঙ্গৎলুরে।
খম্বনা কাও ফাবা নিংথৌ অনি য়ানরে

খুমন মোইরাং অনিগী লৈপাক মীয়াম অপুম্বা
কুমৈ অত্থু য়েংনব লোইনা থৌরাং তৌনখি।
অঙাং অমুদোন থম্বা মোংব মরাল য়োর
লাইরবী মচেম থয়ুদা কাওগী মপাও তম্ভুবোই
লমজা ওইবী পোঞ্জেম্বী মত্থনিংথৌ য়েং হাইরকই—
"ইচেমগী ইবুংঙো শাজো লমজা নংবুনে নোংয়ায়
নচেমগী খোংলেন মঙক্লান্দা লোইবী থাংজীং চীংজাও
লোংদোল কোইরৌ থক কোইনা কোইপাই পাইরম্মে।
লৈপাক রানরব মতাং ইন্দু নিংথৌ নংনে
লোইবী মাবু ফান মফম চংনা থনমই।
চৌঙু থৌজাল ফংগনী থোইনা হেন্না রারুন্থু।
ইচেম রারোল হাইগে নোংয়ায় মুন্না তাও
কাওরেন ওন্ত য়াইরেকপা লাইদগোন্দ চাক্তাব শন
লমক্লেন ইকোপ লাইপালশোই চরাংন পোমাই তুবা
ঈরু লাইজ ঈফেন্নবা পাত্তা চাব কাও
হয়াচক্কী পোইরে য়েং লাংগ্রুবী লাংওল ওই
য়েং থংব মচীদ স্না পান্দল তুকপা
ওই থংব চীরেন্দ নোংলুপান লোংতুপ্লবা
নিংথি ঙাংব পুংদোংব ইপা ঙাংব পামহৈবসে
খুমন পুঙদ ওংজবী পালেম ইমা ইবেম্মা
কোলোই নুংশি ঙাম্মরৈমা' অউন শনদি ওইবনে
পন্থৌ অপোকপা নোঙ্গাগ্রবা পলেম লাইরৈবাক হনগ্রব
ইচিন ইপাতা ঙাইরদ কনা ওন্না উদ্রব
ইপা ইমা শক ঐখোয়বু কোলকপা কাওবনি।
ইচেম্মা ফৌশু লংখ্রিডৈ কোইনা তরা থিখ্রিডৈ
লাইর লমজা নংবু মথা 'নুংদা থম

মমৈনা কাংহাই ওই নাওকোল্লকপা পন্থৌ ঙাংবনী।
কাওরেন শন্দি ওই মবুক্লদি ইচাও চাও
লাইরবী নচেম এৈনা তম্বা তম্বা ঙমদবনা
মীগী হিঙ্গোল চংলুবা লৈকায় রাথোক ওইরক্লে।
অম্সুম খুদোং থিরিদুনা থাঙ্গরাকপা হিঙ্গোন চং
চু ফৈদোম চাথোরক্লে মমল পিরমউ হায়,
ইচু নিংথৌ নংবু পোবা, চরৈ ঙবোং অহু
মরাক তংথাই লেগাই ইপা থাঙ্গরাকপনা মুলহৌরে।
কোইরৌ কুমিৎ অডুদৈ লাইরবী নচেম এৈনা
পন্থৌ কাওব মাবু পোক্তাক খোংবান্দ পুর—
"ইপা ঙাংব নহাকপু লমজা ইচিন ইপানা
পাঙ্গল চাউক্ত্রে কৌবনা নবুক থম্হন ঙমদরে;
কেমে মোইরাং লৈপাকসে লমজা ইরম নত্তে,
পন্থৌ নংন লৈর লৈপাক রাথোক ওইরকপা
মোইরাংদা শাইদালব ওই বলা হন্না ঙম্বনা
নচা লমজা এৈথোয়সে লৈবদ কয়া খুঙাইরোই,
ইপাম লমদম খুন্দ পন্থৌ ওইব লোক্লোকো!
নবুক থম্নবা পি ননিং খুংনা চাক্লরা!
ইহুনিংথৌনা হয়েং চাউর ইপা নংবু থিরক্লগে,
মহু মতম ওইদ্রিদুনা মীগী মীরম অসোমদা
পন্থৌ মায় ওন্নীরক্কন্" নচেম এৈনা তায়জ
থৌরী কোঙ্গোয় হুক্তোক থাদোকখিবা ইপা কাওবনে।
কোরৌ কুমিৎ অডুদৈ কেগে মোইরাং লমদমদা
খোংকাপ অগা কানশিল্লক্রব পন্থৌ ঙাংব পাংহৈবনী।
হয়েং কাওবহু উর ইপা থাঙ্গরাকপনা শেংহৌবা
ঙবোং মতুপঙু লাংশিল্লু পন্থৌনা নশক থংবনে।

ইপা মাবু পুন্নপা শুংদায় মাগলনা তারবা
কত্রং চুম্বুল থৌরিদো কাওরেম মাবু উহল্লু ;
তারা চিঙ্গাক এই পাম্থৌ মাগী চানবা
রাযখোং খমজ্ঞা নামিন্দী মপাক অমা পুজেমখো,
চু মশাং অময় ইপা ভাংবগী ভগম্মু ;
রাদ ভাংদে হাযবনে মীরোল ইতা তাবদী
ইচেমগী ইবুংঙো নংবুদি শুকপোই শোইদ খংলমনী
হারেল তপা ইইজ কাপব মাবু যাব
মপু ময়া খাদ শোইদনা কংগো ইবুংঙো।”

( ৫ )

অসুম্না মচিন মৌপা ভুহক রারি শারিঙ্গৈ
চাউখুবগী মমোম লাংলেন মচা ইবেম্মা থোইবী
কাওরেন শনগী পাও তম্পাক য়ুমদ তারবোই
লুংদাংরায় নংগী ওইবদ মনাই শেঙ্গু পু
খুমন পুজদ কুমক নোংয়ায় কা চঙক
মশাবা ইবুংঙো য়েং ঙরা মপাউ মেল্লরে—
“হযোং কোইরৌ চুনসে লাইরে পাম্লা লৈবীরা
লৈপাক্কী রাথোক পুম্বা নকাও থাইনজগে!”
“ঋবি রানো সনাহল নিংথৌ মা মাং
পাখং থৌদাং ওইগে খুমন এদ য়ায়ম্লে।
হৌজিক অমুক করম্না নারে হায়না চেল্লসিগে,
শানৌ ওইবী থুংশিবী থোইনা হেন্না চিংশু
এনা মায় পাক্রবা হুরা পুমিংনা খল্লবা
থাজাঙ থৌজাল যংগনী কাওব লাইনা ফানিকো।”
অভাং নোংয়ায় খম্বা রাহৈ অসুম হাই

মশানৌ থাদোয় ওইবী খুমন মানা থেমজিল্লে।
ঙরাংতৈ তিন্নবা নত্তে মশাবী লিংজেল খংবিনী
য়ারোই নিঙোল খংলবোই নুরা য়ারা শন্নকই—
"শাবী ইবুংঙো নুংশিবা থংলেন ওইবা পামুবা
ইনুং স্বরা ঙাল্ল লৈপাক রাব কোক্নবা
কাওরেন শন ফাবা ইকোপ লেংবা তারদি
ননাওবু শোইদ নুংশিবিরবা থংলেন মায় পাকপিরকউ!
হয়েং কোইরৌ অয়ুক্তী নিঙোল এনা য়োরক্তিউ
ফনা থেংব ওইরম্ব তরা লুক হাবিরম্নু!
মতম চাবা য়েং নুজা সিদা থুংলগে,
কাও ফাবা চৎপসে নংাও এম্বু যাঙজগে
মাঙ্গ নংনা পবিয়ু করি হাযগে ইবুংঙো?"
"চৎসি য়েঙ্ কৈদোগে ফনব! শিন্না নওং
নুরা কোলোই নপাও য়ায়োং ঙমাই তায়দেদা।"
খুমন নোংয়ায় খম্বা নিঙোল মাগী মকাদা
নোংবান শরৌ শিন মিনম হানম হায়জম্বা
মতু পুম্বা তম রারি রাতায় শানিরৌ।
কোরৌ মুমিৎ তুদৈ নোংবান মবুক চমদরে
মথংলেন য়ায়বী মাহনগে শরৌ শিম্বা হো
তানকম চাবা ঙাইখয়ে নিঙোল ওইবী নিং
মশাবী মাগী দমক নুজা খম্বা হোখিদো।
হে! তাইবঙ মীও! অনমকম্বা মাইবা চংই!
ফত্তবগী শরৌ লাংদি লৈপাক ফাউবা লাথুনৈ!
থাংবু তুমসনু খন থৌতু নুঙদা তকলুবা!
ফত্তা কোলহিং তকথোকপী মথৌ হাপকৎপা মথোকই!

—☆—

# কাও ফাবা

( ১ )

মতম তাংলৈ থেং অহিং পুংফম চংবদা
অরাম তম্পাক নৈরাং চেঙ্গ পান্থে হলক,
কোইবৌ ইস্থং শোইবা নিংথৌল থাঙ্গ কাদ
খাখল লাইজ ঈপাক্তা থাদোই ওক্টব ঈরাক্তা
লেঙ্গরকপা মতম অত্তু ইস্থং ডাল্লে নোঙালে।
অঙাংবদি কাশা য়েন, অঙৌবদি ঈরাং য়েন
অমুবা ফৌগো য়েন লুমিংঙা পুরুম য়েন
মরাংগী য়েম্বোন লুং য়াকথ শিনথোং লোন
ইস্থংবা ক্রেক খোংবদা থাদোয় স্না চেঙখংলে।
তন্না ঈরু মাইথ চাকথুম হেক্তা চংখরে।
মনাই শেল্লু অচানবা ইলশাং কনশেম শেমগংলি।
অরাম তম্পাক শঙ্গাইগী মমাশি ময়াম অহুনা
"চৌনদরে ইমাই ইবেম্মা থোক্লকনে ইমোম কৈদৌগে
নম্মা ঐখোয় থোঙ্গে, নপাবুঙ ইবুংঙো উন্ন
ইচা খাইল্লি হায়, শোইদনা পাওরবনি ম্নাইল!"
"ঙাসি সিদি ইমাখোই নমোম থোংলে হায়রগা
ইপাবুঙ ইবুংঙো হাইনগে মচা ঐনা থোংলবা
হাওব হাওত থিদনা হয়াও হয়াও হাখিনি।
পাবুঙ থরায় লুঙাইনা লৈপাক কুম্মে য়েংসনু
পলেম ওইবী খোই অতোপ শিল্লা পাইবিরু

পন্থৌ ওইবনা শাউবা নমোম ঐনা খাম্‌জগে।”
অমত্তু পোকপী থাদোই মরা মথাও তাবদা,
তম্পাক য়ুমগী লৈমাশিং লোইনা পুংহন হন্দোকখি।
মতাং মতাং য়েং শেন্নুনা মতেং প্যাং
খুবোম হেন্না শাংবা ইশং কাবা ভাক্রা
মতুপ নাইনা শেম চিন্দম ইনশাং ওইহল্লী।
ত্রোং লাওবী ভাকিজৌ লুব নাউবা কক
থাওদ লুপ্পা ভৌ অতাউবা মথেন শেমদাকই।
মতমগী ভাভোন তোল্লাবা মপোন কাহদ থোংদোকই,
য়ুরান ফৌদি অথোইবা ক্ষৌরেল নোইনিং য়াংগোনী’
তেক্ত মচং চেংনা তরা হৌবা লোইর
মপাবুগু মথংখন্বা হায়ল্লে মমা ময়াম চাখরে।
তুরা থবক য়াংবগা মতম খোংচং য়াংখিবোই
কোইরৌ নোংদোল তংখৎলদ্ ওয়ুক মতম লোইখরে।
তম্পাক য়ুমগী ময়াম কেগে লৈপাক মীয়াম
কাও ফাবা য়েংব লোইনা তুরা চংখরে,
লোক্তাক ঈয়ায় ফাও হিদা তোংনা খোংশানখি।

( ২ )

মোইরাং চন্নু ইবেম্মা কেগে লৈম্নাং থোইবী
মপাবুগু ইবুংভোনা হায়বা মমা ময়াম থেম্বা,
হকচাং ভমদে হায় মনাই শেন্নুগা লৈহোবা,
তরা য়োম্বা চয়োম খুমন পুন্ডা পুরক,
অভাং নোংয়ায় খম্বনে মচেম খম্ন লায়রবীনে
শেন্নু মপু মনাইনে হরাও হরাও চান্নিন্নে।

চাক্লেন খোঁদা, লোইর্র নুরা ইবেম্ম থাদোইনা।
"ইনম্মা ইনম্মা থেকরে কাওগী ময়াম ভাইরন্নী।"
মযুমদ মহুম শা হলাং ওইনা লাংশিন্না,
তাবু লুবাক এংদৈ চরৈ কি পুথোক
মাঙ্গোল ফমেন খুদাদ মথল লোইনা থেল
মথক্লেন মমান মচাবু চরৈ তম্মা লোংহল্লি।
অঙাং নোংমায় খম্বা খুমন ত্তোম্পোক শাক্তো
নিঙথমশা য়েনাঙ কি লেৎ্‌ককোথা নোংদাম কি
খুবোম ভংশি য়ৈনা নোংমায় চরৈ শেৎচিল্লে।
উরেকশেক নোইনিং খোল পাঙেং কিরাল মঙালনাই
কাল্লৈ মারি অঙৌবা খদাং চেৎ লোয়ান্না
তোপ তোম্নদি শমজিন চেংনা লাক্না কিশিল্লে।
মচেন্না পুথো হায়রবশিং কনং থোশা লোইনন,
ময়োম অমা শেম, খুমন খাংদা য়ানশিল্লী।
মাঙ্গোল উকৈদ থনম্বা খুমন পুরেন্না পাংরম্বা
হৈবোং নৌ তম্ফবা নৌভোল মাপল ফাংবা,
নৌরেল য়াইওইব অহ্ নোংমায় লোথ পাইজেম্লে।
খুমন কংলৈ য়োৌন লোক্তোঙা হি হোন্নবা
থোংলেনগী মনাই মুবা চাউবগী মনাই মুকতাম
তম্বা নুপা অনিদি খুমন মাগা লোইনরি।
লাইরবী মচেম খন্নুগা মশাংগো ইবেম্মা থাদোইনে,
মনাই শেন্নু আচাইনে নুরা অহন অহ্
খম্বা মানা পু লোক্তাক থেনান ঞাঁরকপা
মোইরাং কনা উখিদ্রে তুমিং ফাওবা পাইরমদ্রে,
ইকোপ য়োৌবা তোংনবা কোইনা কোংথি খিবনু
উকায় হি অনফাও মশক উগে ফংখিদে।

‘কাও ফাবা তোক্লেদনা’ অন্তাং মপুক্লিং হারকপা
লাইরবী মচেম ইবেম্মা রাখল অমা লাক্লবোই
“ইপা ইবুংঙো পুরেম্বগী খুনেং হি
লোক্তাক মফম স্থরাইদা লুপখিগুম তৌখি।
ইচেমগী ইবুংঙো খম্বা লৈবাক রায়াম তারে
থাংজীং থৌজাল য়েংসি অমুক্ত কুম য়েংউ!”
মুবা মুকতাম আননা কোয়না ঈরুপ থিরুবা
খোয়ুম থাংজীঙ থৌজাল চীঙু মাগী নোংদম্না
মতম অতুক কুইনা লাইজ ঈরোল্লুং কৈরুবা
ইশং প্লংকা কাগ্রবা মপা ইবুংঙোনা তোংলম্বা
পাইথ লোক্লে য়ান্না খেউ পামেলনা শারম্বা
চাউনা শাংবা ভিজাউত্ন ঈরোনদুংদে পুখংলক্লে।

( ৩ )

খুমন পুরেম্বগী ভিতুদা মচেম হবেম্মা খম্নুগা
মশানৌ থাদোয় মাগা মপোয় পুন্না তোংখংলে।
মুবা মুকতাম অনিনা লোক্তাক মযায় খায়না,
ভিয়াং পাং হিদেনগী হি তোন্দুনা লাকপদি
লাইরেন শোই তুংওইনে, হাঙ থমংখোং য়েংওইনে,
ঙাংখ লুংবা মশোয়রেল থাংজেন শকাংশোই লৈহৌরে
থাংজীঙ য়ুকৌথেল লান নাওত্রখোং মরিল হোল্লক্লে,
নোংয়ায় লমদম চং খুমন কংলৈ য়ৌ
উচিরা খোইদোমপান নোংয়ায় মরম লমজেনগী
খুমন পাংজনপুঙ হিদেন, নোংয়ায় হি থংখরে।
ভুইদাও কোংদেল লকাবীচানা উক্লোং হোংগে খন
উচান পামেল য়ান নারেং ভুংনা থৌরিথাং

তুরেল লাইজদা চীংলকপা নারেং থৌরি তৎলে।
মনাই লাইস্নু চাউববু নারেং থৌরি পুন্নবা
লাইজ ঈরোন্নং লুপহন্নদি খুমন লাইশু চাউবদি
মাগী রাগী চৈশু তুরেল লৈরায়দা যুংলম্না
থৌরি পুনা ঈরুপখিবা ঈরোন্নংদ য়ায়বী মাংখরে।
তম্বা মাগী থরায়না উচি ওইনা কাখৎলক
রাগী চৈশুদা তোংলম্বা খ্বাই মীয়াম উকৌএ।
রাগী চৈশু অতুস্নু রানৌ চোংনা হৌরক্লে
মরম লম্লেন অতুবু উচিন্না হায়না থোনখিএ।
উচিরাগী খোংনাং মখোংদ তম্পাক য়ুমগী থোইবীগ
মনাই শেন্নু অচাম্বীগা খয়ু পোক্লেল লাইরবীগ
মুবা মুক্তামনা শেন্নহল খম্বনা ইরেল থনম্লা
লম্লেন ইকোপ লাইপনশোই খুমন নোংয়ায় য়ৌরক্লে।
খুমন লৈকোয় মপু চীংখোং থোংগ্রাইবা নিংথৌগী
কাওরেল শম্বী অকন্না ভাংবা পামহৈবা চীশাংবগা
লোইবী হুইতৌ য়েনকাবৈ মান্বী চীংজরোই কাউবগা
কাওয়েল শম্বী অনিনা মচী চীরেল ফেংনা
খুনিং খুমাং খোৎ চারেন থৈনা লাইথেংনবৈ
চীংজরোই কাওবগী মচীদি ভাংবনা য়েথেক্লে কোপএ।
লমলেন ফেনচিকোপ ইকোপ লাইপল শোই কৌএ।
ভোবীয়াগীনা তু থুপ খেলা খোংগীন খোংজিন
লিন্দু খোংগী খোংমৈ লম্লেন চীন্দেম পাত্তা
শগাই শাতুনা তিল্লীব লৈপাক নিংথৌ মাংদ
মবায়বুডো ফৈরোইজাম্বনা খুমন মাবু পুশিল্লক
নিংথৌ অনিমকপু খুমন শুম্বা থুরুমহন্নী।
নোংয়ায় চংশিল্লক উব খুমন নিংথৌনা কৌশিন

রারি রাখোঙ শামিন্ন মচিন মনাওনি খঙলে।
"ইয়াম্বগী ইবুংঙো খম্বা চহি এৌনা হল্লবস্নু
নংদি ইবুধৌ য়ায়মগী ঈ অশেংবা ওইখনি!
খুমন নিংথৌ তাংবলদি ইনাও নংগী ওইদৌনি।
নয়াম্বা ঐ অসিদি পু অতোম্বগী ঈনি।
কেগে মোইরাংদা হল্লনু খুমনগী নিংথৌ ওইরো
ইয়াম্বনা নতেং পাং খুমন লৈপাক ঙাকসি!"
নোংয়ায় নিংথৌ মহাক্না খম্বা মঙোন্দা হায়বদি
"য়াম্বুং ইবুংঙো ইনিংথৌ তাকপীরিবু ননাও পেঙ্গে!
সনা য়াথং অচুদি ননাও ইম্বা ঙম্নোইদৌরে!
ইবুধৌ নিংগোয় য়াইমবনা খুমনপুঙ থোন
চারোন শুরোন ফাউ কেগে মোইরাং ঙাকনি
চীঙ, খোয়ুম পন রাশক থোদা লৌথ্রবনি!
রাকম অসি লৈবনা মোইরাং লমদা হঞ্জখিগে!"
ঙাকপীয়ু হায়বা রাহৈগা খুমন নিংথৌদা হঙ্গংখি।
নিংথৌগী মচল চবেম্মা খুমন চম্ব হৈয়ায়ন্ন
মৌপা খম্ববু কৌশিন রারি রাতাই শামিন্নে।

( ৪ )

নোংয়ায় ঙহাক পোত্থারা কাও ফাবা থোরক্লে।
লম্লেন ইকোপ্পুগী হায়থরকপ লাইদগোন্দা কাও থেংনরে।
মফমদু খুভম চেৎলোই খম্বা মপুক্লিংদা নিং
কাওবু লক্ক লক্কনা কংফান তান্না পুথলক
শগাইগী মীনদি উখিত্রবা অকংবা লমহাং অতুদা
খম্বগা কাওগ থেংনব তানফম ঙহাক য়েংনৈ।
নিংথি ঙাংব পুংদোংবা নোংয়ায় উবদ শাওখিব

খুত্তং খুমাং কাও কাওবা পুখু কাম
হাওব লাংশোক্ত মান্বা মানবী চীরেন অতুনা
ইকোপ পাংকী য়েনশম চরাং কোৎন লং
থবাক লুরেন তম্ন কাওব হং হোৎচিল্লক
অঙাংস্তু তানফম য়েং খম্বা যেনা চোংশিন
লমশা চীরেন পাই গ্য গ্য ইংখ্রে।
রাংলেন পুংমুক ফা নিংশাদি যুইনা হোম্নরক
কাওব মানস্তু ভমদে থমন খঙনস্তু লাকচদে।
অনিত্তু অমুক হন্দোক্ত মন্না শংত্রিক য়েংন
"কল্লে! কুপা অসিদি লাইগী মতিক লৈবোইনা"
কাওব মপুাক্লংদ খন খম্বদা মুন্না য়েংলিঙে,
মবুধৌ থাংজীঙ থোক্তালনা কাওরুবা খুমন নিংশিংলক্লে।
"ইকোপ লাইপনশোইদ চাব পন্থৌ শকপা কাওবা
নচা ঐবু উবদা শক খঙবা ভমদ্রবা?
খুমন ওংবী নচল পলেম ইমা ভাঙ্খরৈমানা
পোক্লম্বা নচা খম্বনি কুইখ্রবনা কাওরবিনী হৌজিক্তী।
লাইরবী ইচেম খম্নু য়াথং মতুং ইন্না
নচা পাঙ্গল চাওরবনা ইপা নংবু থিবকপনে,
কেগে মোইরাং লমদমদা হল্লসিকো ইপা কাওব?
পন্থৌ নংগী দমক চুঙৌ তাংকক য়াওবকই
রাইখোং খুম্পাক নামীবী ইপা নংগী তম্নকই
খম্বা ইশক খঙদ্রস্তু মোইরাং থাঙ্গরাওপন মুনহৌবা
চরৈ ভবোঙ তংখাইত্ন য়েংবীয় 'তুস্তু য়াওরকই!"
খুমন লোইন পুখোক কাওব মাংদ থম্লরে।
কাওরেন শন্দু চংশিল্লক চবৈত্থু মনম নম্লরে।
কএং চুম্বুন থোংহু নশক মুন্না য়েংলগ

কাউরুব পুম্ব অহু লোইন থাক্ত নিংশিংলক,
ঙাংব ইরা চেল নোংয়ায় নাক্তা চংশিল্লক
মরৈ অহুনা লেক মনম শুৎশুৎ মমুকই।
খুমন তোম্পোক শাজোবা, কাওবু ইরেন খুরুম্না
থৌমি কোঙ্গোই হুক, ডম্না চিংনা লাক্লে।
উচিরাগী পামেল লোমদ খম্বা মমাই লৈরক্লে,
মশানৌ মনাক য়োরকপা থাদোয় খম্বু অনিদো
মম্না ঙহাক য়েংলা লাইরবী খুম্বন চম্বুনা
"পঙৌ শবপা কাওবসে রানা এথোয়বু কোল্লকই
ঙাংদে হাইবত ঙাইবনে তাইবঙ মীরোন তাবনে"
থোইবীদ অসুম তাক্ল ইপা হায়না খুরুম্মী।
ইরাংলোন চম্বু থাদোয় পুক্লিং মকা লাম
মতাং অহু য়েং কাওব মাবু খুরুমই।
"এবু লাক্লে, হায় লৈপাক রারা লাওরম্লে
এনা থুংলব উব মোইরাং নিংথৌ হরাওই।
খুমন লৈবাক্তা নিংথৌ, ইচিল ইনাও থোক্লম্বনা
লমহেল্লব ইথোপ কাওনি কনাম্ব খুৎলাই য়াওদ
ফাব ঙম্ব হৌনদে কেগে মোইরাং নিংথৌনা
ফাদ য়াদে হায়রগ অতোম্পা মীবু ফাহল্লু!
ইনাওদি থোকপ য়ারোই" হায়না এবু খামলে।
কাও ফাদব তাববু ইপা থোংলেন থোক্লুনা
"খম্বা কাও ফাহল্লু হন্দক্কী থৌদোক অসে
মনা কাও ওইরে! মাই পাকপা থোক্লব
মমোম লাংলেন থোইবী অঙাং নোংয়ায়দ থাজদোনে"
রাহৈ অসুম হায় খুমন নিংথৌবু খামজিনবনা
অঙম্ব ময়াম মাংহুদ কাও ফাবা থোরকপনে"

অয়ুম্না য়ারী শারু খন্না তমুক হুন্দ্রে।

( ৫ )

লম্না খন্না তাম্বনা যোব মক্তি যোদ্রিডৈ
লৈপাক মীয়াম পুম্বনা খুমম খন্না লাকমন্দে
কাওনা তান্নখি সতানে শোইদম শোক্লম্ম তাই।
মচৈ মৈচৈ ভাংনবকপা নোংয়ায় খোঙ্গুল লিকনবা
অডোম নোংবান শেলুংবা নিংথৌগী য়াথঙ লৌ
খন্না থিবা থোংকপা লমদম খবা চৎলগা
খুময়া শন চিংলকপা অরাপ্পদ নোংবান উরকই।
কোডযাগা স্বায় লাওখিবোই লম্বেলদ চপ লেপই
"কন্নবা তৌকব খুজিন, হেন্ন ফনবতুম ওইগ্রেনা!"
মচা ইবেম্মা থোইবী শোইদনা লৌখিব তারে,
কবগ তৌরে হায়রা কাও অসে চেলহনখিসিগে!
অসুম মওন মওন ভহাক য়াখল খল্লুবা
চরোং হাবুঙ মরক্ত ভুমিন পাকথ লৈ।
খুমন্ন মনাক নক্লকপ পাম্ব শাজুনা ভংবরু
কাওব ভাংব পান্হৈব ফং শাওনা ফুজিনখিব
চোংশিন্দুনা নোংবান য়াংলেন, লমন্তুম থগাই পাকপদ
মখোংন চোংখৎ নেং নমঠনা হাৎকে তৌরে
নোংবান তৌনভাই লৈখিদ্রবোই খন্না মাবু কৌরক্লে—
"ইতাও ইবুংঙো খন্না এৈনে অনুক্রাদ কনর্ব যু
কাওরেন শন্না নেৎখাইব লেংব ফাওবা য়াদবে
থরায মাংবা তারে, ইতাও অমুক্ত চিংথোকগী য়ু!"
নোংবান খোঙ্গেল তাবা চংশিন্দুনা কাওবু চিংথোক্লে।
"ইতাও নংদি কৈদোরয়িব চরোং হাবুঙ মরক্তা?"

খম্বা মরা তাবদা নোংবান শেমহনা খুম্নকই—
"ইতাও নংবু নুংশিহনা খুদোং থিবা থোক্লবা
নোংবান ঐনা থিরকইনি মীয়াম নাক্তা চৎলসি।"
খুমন মবুক তিংনা নোংবানগা অতুম মরাকমিন্নে।

( ৬ )

নোংবান আথা কোংয়াম্বা তরেৎ তরা খম্বুরা
নোংয়ায় য়েংনা হায়রকই নুংশি বাহৈ খোঙ্গোক্লা—
"ইতাও ইবুংঙো খম্বা কাওগা থেংন রাম্মনি
কাওরেল থৌরি অহু নোংবান ঐঙোন্দা পিয়ু
কাওরেল শপী অসি ঐনা চিংনা পুবিগে
ইতাও খম্বা নং তুংদা নুঙাইনা ইল্লকউ।"
থৌজাল হৈবা শানা নোংবান মোইথেম তৌ
খুমন খম্বগী খুত্তগী শন থৌরি লৌ
কাওরেল মাবু চিংলুবা চিংবা কৌবা গুমদরে।
নিংথি ঙাংবা পামহৈবনা মচিন্না চাইদংকে খন
নোংবান মাবু শম কোয়তান কোয়তান তান্নরে
মথায় হিংল লোইরে খল, থৌরি থাদোক চেন্লে।
অঙাং নোংয়ায় খম্বনা থৌরি পায়না থাম্মী।
কোংয়ান্না লৌশিং তৌ শন্দু মখুৎনা পাই
চিংনবা কন্না হোৎনৰ্ক মহু য়াদ তোক্লব
লৈপাক মাং য়োৎগা মপু শ্না মাংদা
অঙাং নোংয়ায় খম্বনা ইকোপ কাও কৎপদা
মোইরাং নোংবান শেলুংবা কেগে নিংথৌদা রাকংলি—
"হন্দকী ইকোপ কাওবসে ননাই নোংবান্না ফাজবনে

কাওগ ঐগা লাক্লবৈ নঙ্গন্দ খোঙ্গুল লৈরিসিনে,
ইতাওনা কল্লি মতাওম ঐগী খুত্তে মুন্নখিবনে
মপু ইবুংঙো থৌজানবীয়ু মনা ঐঙোন্দা পীবিয়ু!"
রাহৈ অসুম হঙ্গৎনা নিংথৌ মাংদ তুররে।
খম্বা নোংবান য়েৎনব লৈপাক নিংথৌ অনিমক্কা
রাখল লাম্বা ফংদরে, কেগে থোংলেনগী রায়েলনা
নোংবান খম্বা অনিমক লৈপাক মীয়াম মাংদ
থাজনবা অমুক হন কাও ফাব তারে।
নোংবান খৌতক চায় চেন্না য়াদবা ওইবনা
নোংবান মরাইবক য়েংবা ফিভম শেমজুনা থোরকই।
খোয়ুম লাই পুন্নমকসু চৌংু থাংজীগুনা লুচিংনা
কাওগী কুম্মৈ য়েংবা অমত্তা চিত্থদ য়েংলরে।
রাংবা শম্মাই পলনুংদ কাওব থৌরি থাদোক্লে
নোংবান কাওগ থেংনবা পন্নুং লমহাং খুংনব
অসুম অসুম ইন্নরক্কপ পংকুই কুইবা ঙমদে।
কাওন গৃ গৃ লাকশিনব কোংয়ান্না থাংব ঙমদ
ইকোপ লাইশা মাংদগী কাইড়না হেকমক মচেল্লে।
নোংবান আথা কোংয়াংবু য়াইবী লৌরগে খল
কাওবনা কোইতান তাল্লকপা উপাই হৈরে লৈরক্তে
মথরাই কন্নীয়ু লাওরকপা কনাসু কন্নীগে চোংথোক্তে।
মপা ইবুংঙোদা ওন্সিল্লুবা অঙোম নিংথৌনা লাওরকই—
"পারি নোংবান শেলুংব মিনম হানম শোল
লান্দব নতাও খম্বদ করি খৎনবা হৌরুবগে!
হন্দক্কী মতাং অসিদি, নপা ঐদি ইকাইয়ে
নংবু কনবীবা ঙম্বা মীশক য়েংন হায়জৌও!"
নোংবান চেন্ন চেন্না থোংলেন্দ অমুক হায়জরকপা

মোইরাং লালোই তান্বনা শগাই থক্তগী লাওরকই—
"হা! নোংবান কোংয়াম্বা নথরাই অহ্ হিংনিংলে
নতাও খম্বগী মফমদা নপুক তিংন শেংদোকও
মতাংহ্ য়োর ফাও নোংবান নবুক খোইরবা
কনাস্ন মীচং লৈরোই নথরাই মাংজরে খঙঙু!"
থোংলেন মপাও তাবদা নোংবাম খম্বদা হায়জরক্লে।
"হা! ইতাও খম্বা ঐনা লানবা মক্তনে!
মচা ইবেম্মা থোইবীবু নোংবান ঐনা পাম্বদৈ
ইতাওনা অশেংব ফাজববু য়ারদি মনা ফংনিং
লৈখৎপ য়াত্রা য়েংঙুবনে! ইতাও ঐবু কৈদৌগে
স্না থোগল তৌমিন্নরকপনে অমুক্তদি ঐবু কন্নীয়ু!"
নোংবান খোঞ্জেল তাবদা মবুকচেল শেংলে নিং
থোংলেন্না মচা খম্ববু ফাও খামজিল্লু লাউরকই।

( ৭ )

নিংথি ঙাংবা পামহৈবা ফাওরেল শন্দি চিশাংবা
নোংবান মাবু তাল্লকপা চীরেলনা কোৎনা লংবদি
মালেম লৈকন থক্তা নোংবান লোংনা তাখরে!
শাউবনা ফিফি কাম, মমৈ থেকৎ চেম্থোক্লুরা
মচী চিরেল অহ্না মথবাক য়ৈখাইগে খল
মমৈ ফিরাল শা খুনিং খুমাং খোৎ
খু! খু! কাম নোংবান তম্না হোৎচিল্লক্লে!
অঙাং নোংয়ায় খম্বা শোইবা তারে খল
থুনা য়াংনা চেনশিল্লক কোংয়াম্বা তুংদা থম
কাওবগী মাংদা লেপ ফিভম শেম লৈরে।

খম্বা মাবু উবদা কাও চপ লেপ্‌ই
মচা খম্বা উবদা ঙাংবা শাউবা হন্থে।
মতাং তানকম অদুদা শোৱা থুনা চেনশিল্লক
অঙোম নোংবান শেলুংববু নমদা পোনা পুথোকখি।

( ৮ )

চীঙ্গু থাংজীঙ থোৱাংনা খম্বগী মতাং থোকপদ
শগাই পন্নুং অদুদ খুমনগা কাওগা শাওনহল
ঙাইহাক পুঙ্গোই অমদি লৈপাক কুম্মে ওইনা
খম্বগা কাওগা লাক্লহনগে, নিংনা পোরম শিল্বনা
কাকয়েন শুজা অথোবা মোইরাং থোংলেন লাউরকই—
"দারি নোংয়ায় শাজোবা! হৌজিক্তী নংগী থোক্লে!
কাওরেন শন অঙাউবসে খুমন নংনা ফার
কেগে মে ইরাং নিংথোদা অমুক হন্না কৎলু!
নোংয়ায় ধরি কিরুপ নথোকনা লৈনা পাংথোকউ!"
মচা নোংয়ায়গী মকন্দ লৈপাক তানা লাউরকএ।
মনাগী য়াথং তাবদা চরৈ কি তাখৎলে।
নিংথি ঙাংবা পামহৈবাবু খুনম ফাগে লেপলে!
খুতুপ তারা রাংলবা কাওরেল শন্দী অকন্বা
শগায়ে পন্নুং অদুদা শাউনা কোইচেন চেল্লুরা
খম্বা মাইকৈ ওনশিল্ল মুন্না শংত্রিক য়েংলকই!
অম্বনা কাও ফাবা হুন্ডায়না য়েংগে খল
চীঙ্গু থাংজীঙ লাইনা খম্ববু মশক খংহনরে,
মানা কোইথি দেবিবা নোংলান ওইনা উইল্লে।
থোয়ুম লাইনী শারুনি নীংগুম শিংবা কাওনি।

"হায়! নোংবান কোংয়াম্বা! ঐনা নংবু থিরি!
নংগী ফক্ত লৌশিংনা কাওরেন শম্বী ঐবু
থাংজীঙ লাইদা কংহল শারেন চনহনগে থৌরাংবা
ঙসি কোরৌ নোংসিদা নংগী য়ায়বী লৌরা
ফক্ত লৌশিং থৌবাংগী লমন শিংগে খাংউদো!"
কাওবগী থম্মোয়গুংদ থল থাম্বী মৈহৌনা শাউ
মালবী চীরেল অহুনা থবাক লুয়েন য়ৈখাইগে
খুমন নোংয়ায় তম শেম্বাং পাইগুম পাইশিল্লক্লে।
খুমন চাখা ঙম্বা পুরেল ঙাঙ্খলৈমা মপারী!
শারেন নোংশা শাগুম্পা নোংয়ায় অদোন খম্বা!
শামু নাতান মানবা য়োংকুম ক্লিংবা পাম্বোম!
কাওবা চীরেল পাইগে পাম্বোম শাংনা তিং
পাম্বা কৈণক্করবা কৈরেল ভেংথানরবা খম্বা
লোইবী চীঙ খিনগুম নোংয়ায় লেপ্পুনা লৈ;
"পুরেল্লগী খুংথাহে! ঙাঙ্খরৈমা লমওকহে!
খম্নুগীদি মৌপ্পা! চাখা ঙম্বা মপারী!
নহাদি! খম্বদি! খুমন নোংয়ায় তোম্পাক্লী!
মপামচা নোংদনগে! মপু মচা নোংখাইগে
নোংগদা পোকপা মচানা নিনি শিবা তৌনদে!
নংনা ঙম্মে ঐবু হাৎলু ঐনা ঙম্লে নংবু ফাগে!"
নোং খাক্লুম লাউরম্মা খম্বা কৈনা চোংশিল
কাওগী চীরেল অনি খুৎনা তাপ পাইরে!
কাওগা নোংয়ায় খম্বগা অমনা অমবু ঙমগে
ইন্থুগে রাইখুগে থল গৃ গৃ ইন্নরক্লে।
অকন্বা কাওরেল অহুনা খম্বা মাবু ইল্লকপদি
খাংনা খাংনা তুংদা লৈপাক ফ্রং ফ্রং কাওথোক্লা

লম তরাদি হল্লে নোংয়ায় খদাংচিক খাংএ।
অভাং অমুদোন নোংয়ায় কাওনী চীরেল পায়
কাওবু ননথুগে খল মথা চিক্কা ইল্লকপদি
কাওয়েল ভাংবা পামহৈবা তুংদা খাংনা হল্লকপা
লৈপাক ফ্রোং ফ্রোং কায় মখোং মরিনা খোৎপদা
লম তরামভা শাং খোং মরি তৌএ।
খম্বনা অমুক হল্লি! কাওনা অমুক ইল্লি!
খম্বগা কাওগা ইল্লরকপা লৈপাক মীয়াম হৌরক্লে
খম্বা হৌরো! হৌরো! নোংযায় হৌরো! হৌরো!
মাইকৈ মরি মক্তে মীয়াম চংনা লাউরকপনে।
নাকল অমনী কাংবুনা কাওরেল মাগী মীচংদা
ভাংবা চুই! চুই! কাওরেল চুই! চুই!
খোল্লাও কন্না লাউ কাওবা মাবুস্থ খৌজিন্বী।
শামু লমশাগুম্বা অনিনা খা-ব্রাং ইল্লরকপদা
ম্যালেম লেপল্লে হায় লৈপাক থক থক নিক্লী।
অমনা অমবু চল্লদে অমনা অমবু হেন্নদে।
মীগুম শিংবা কাওবনি লাল্লোং অমা হোংদোরকএ।
খম্বগী থুত্তগী নায়োক লম তারা হাইদোক্লুরা
খম্বা তম্না য়েন্তগী মচৌনা ব্রাইখাইগে হোৎচিল্লকই।
অভাং নোংযায় খম্বা ওইদা ফত্তা চোংথোকই
ওইদগী কাওনা চোংশিল্লকই খম্বনা য়েত্তা চোংথোকই।
খা-ব্রাং নোংপোক নোংচুপ কাওবনা হোৎচিল্লক থুদিং
নোংয়ায় অদোম খম্বা য়েৎ-ওই নোংপোক নোংচুপ
চোংথোক চোংশিন তৌ কাওনা মথা শোকহল্লমদে।
অমুক কাওনী চীরেল খম্বনা মমহনা নাই
কাওগা খম্বগা অনি খৃ খৃ ইন্নবি।

লৈপাক মীয়াম অপুম্বা মিৎ কুপ্তনা য়েংনরি।
খোয়ুম লাই পুন্নমক হরাও থোয়না য়েংলি।
হয়ি চক্কী মতমদা চীঙু নোংথো সন্নারেলগী
কাওরেল নুঙঙো লাইতাংবা পুলৈ লোক্কা চাক্কাউ
মুঙশনলৈমা শন্বীগা লোইতান্নউ পোকখিবা
অৱাং কৌক্রু অশুগ্নগী কাওরেল লাইকাও অকন্বা
মরুন লৈপুঙ শাবা মালবী মুঙসল কাওনা
ঙচং চীংগী চীংখোংদা মদোম চাক্কা লৈরিউ
খোয়ুম লাইগী লাইপোক চীঙজেল নাম্বল পাঙ্গনবা
মদমতুদা লমওক্কা শংত্রিক য়েংনা লৈরিউ
চীঙু লাই পাখংবনা কাওরেল মাবু শাদোংলা
ম্বা পাঙ্গল য়েংগেনিং খেক্কা খোংনা হোৎচিল্লক
অনি অত্থু থেংনবা অকিবা ফংনা শোক্নবা
কোরৌ হুমিৎ তরেৎনি হন্নদা কন্না থেংনবদি
মালেম লেপত্রে হায়রক্লে নিংখায় তারে খল্লক্লে।
মালেম লৈপাক লৈমনা চীঙু কৌক্রু অশুপ্পদা
অনি অত্থু থাইদোকপিয়ু খোয়ুম কাদ ন্নাকৎলবা
অৱাং কৌব্রু অশুপ্পনা অনি অত্থু থাইদোকখি।
ওসি কৌবা নোং ইকোপ লাইপন শোইদা
কাওরেল ঙাংবা পামহৈবগা থুমন নোংয়ায় খম্বগা
অনি অসি থেংনবদি অত্থুউগী মতম হুদা
চীঙজেল নারল পাঙ্গলবগা মালবী মুঙশন লাইকাওগা
কোরৌ তরেং শোক্নবা মত্থু মতৌগুম্না কল্লে!
খোয়ুম লাই পুন্নমক্কা ঙাংনা শোম্নখিএ।
অঙাং নোংয়ায় খম্বগা কাওরেল ঙাংবা পামহৈবা
থংলেন পুঙ অনিচুপ হন্বা লৈত থেংনকপা

খোয়ুম লাইগী লাইপোক্কী কাওরেল মপাঙ্গল হল্লমদে !
খুমন অমুদোল খম্বম্ব চীঙু কায়নৌ চীংশোম্বা
নোংপোক নিংথৌ অপাম্বে শাইওন লাংওল ওইবনি !
মতম কুইর কুইরা মপাঙ্গল কম্বা হেনগৎলকই।

অদু ফমা ওইরম্ব মতমগী খোংলৈ থেংজিল্লক
য়োইময়ায় কোয়ৌ অঙাম্বা নোংচুপ চীঙয়া থাওক্লে
মপা থোংলেন অথৌবা ম্বুংশা থিবা পোকলক্লে !
মখুত্তা থাংলেন শৎ ফম্ফম লাংদৈ হৌগৎলক
খুমন খম্বা য়েং অথোবা মচাবু থৌগৎলকই—
"ইপাগী নোংয়ায় খম্বা ! নপা ইতাও পুরেম্বদি !
মখুত্তা খুৎলাই পাইদ পাম্বা তরেৎ ফাখি !
কৈনা তোকপা পোকপরা ! শন্নাও অমা ফাবদা
অদুক কুহনা চংববা ! হনগন্ন ! কাও থুনা কাও !
নংনা ঙম্লোই হাইরা ইপানা নংগী ফাবিনী !"

"পন্থৌ ইপা ইবুংঙো ! মোইরাং লাল্লোই তানবা !
নচা অদোন খম্বা ! করি হম্বা তৌরোই !
কৈপাক কুম্মে ম্নুঙাইনবা ঙহাক পুঙ্গোয় থেংনবনি
নচা কাও ফারগা মপুগী খাদা কচ্চরগে !"
মপা থোংলেন য়েং খুমন মানা পাউখুমলম্মা
অমুদোন নোংয়ায় খম্বা কাও ফারগে থল্লক্লে।
নিংথি ঙাংবা পুংদোংবা মপা ঙাংবা পামহৈবা
খম্বদগী নাম্থোক্লা. লম কুন লাপা হন্দোক
নোংয়াগ মাবু য়েং পুংয়ান চানা লেপ
হন্দক খোংফম অসি শাফু কন্না পাইশিন
মচী চীরেল অহনা খম্বগী থবাক য়ৈখাংগে
চপ য়ুংনা খল শেম্বাং পাইগুম ফুজিলক্লে !

অঙাং অমুদোন খম্বা থৈদোক হন্দোক তৌদা
চীরেল অনি পায় চেনশিল্লকা তাল্লোইনা
নাহাদি খুমন খম্বদি! য়ুরেঙম্বী পিবাদি!
নোংয়ায় কন্না লাউরম্মা কাওরেল ফুক্না লঙবদি
নিঙথি ঙাংবা পুংদোংবা লম থগায় লাম্বা
মাক্লেম লৈকন থক্তা কাওরেল লোংনা তাইএ।
অঙাং নোংয়ায় খম্বা পাম্বা কৈগুম চোংশিল
মচী চীরেল নমলা থৌরি হুক্না ফাইএ।
কাওরেল ফুক লেপখংলি! খম্বদা চিংনা য়েংই
চীঙু থাংজাঙ লাংনা মপা মচা খঙনহল্লে।
নোংয়ায় মাবু উরা কাওবা মানা খল্লকই—
"ঐনা ঙসাই মথৈ য়েক্লবা নোংবাগী উরুবসিদি
ইচা খম্বা ওইরমলেনা! ইচাবু য়াম্না রাহল্লুরেদা!"
অসুম কাওবা খল্লক থুনা ইতে চেখরে,
মচাগী নাক্ত চংশিল্লক মরৈনা শিংখাং লেকাপরম্মী।
"পারি ইবুংঙো নোংয়ায় নপা ঙাংবা ঐবু
নোংয়ায় নখুংনা পুশিল মপুগী কাদা কংলু।
ইপাগী য়ায়বী থরায়না খোইরেন্তাকী লমদমদা
পাম্বা কৈ ওইনা লাংওল লৌনা ঙাইরমগে
লমদম খোইরেন্তাক্তা নোংবান য়ায়বী লৌরা
খোযুম কাদা মীনম্বগী লমন শিংবা ওইরগে!"
কাওরেল ঙাংবা পামহৈবা মপক্লিং অসুম খন্নখিদো।
খুমন নোংয়ায় খম্বা মপা ঙাংবা পামহৈববু
মপু মা। মাংদ খুমন তোম্পোক শাজোবা
লৈপাক মীয়াম খংন কাওরেল শাত্ত কংলক্লে
নিংথৌ নিংব থুংলে মনা মথুম পিরক্লে

মমোম লাংলেন থোইবী নোংয়ায কাদা থাজরে।
অঙম্বা পুম্বা হরাওরে লৈপাক পুম্বা পেন্নরে।
কাও ফাব লেংই খুমন মীয়াম লৈত্তোবে
নিংথৌ অনি কাইনরে মোইরাং মীয়াম হল্লক্লে।
অঙাং অমুদোন খম্বা ১চেম ইবেম্মা থম্নুগা
মশানৌ ইবেম্মা থাদোইগা খুমন মরানদ হল্লকই
মবুধৌ থাংজীঙ থৌজালনা নোংয়ায় মায পাকচখি।
মীগী মাংনবু খল্লুব মশাগী মাংহুনা তোক্লেদো
ইওই ওইদবা মিনমল্লুবু লাইনা চাউনা কাইহল্লে
নোংবান মাদি মাংজরে তুমিন্না লৈরম্লবসু কবনী
ওস্তোকপা হায়বতু ওইরেদো নিংঙমদনা চারু খন
মথুৎ শ্র, শ্র নোই কোংয়াম্বা মযুম য়োথরে।
নোংবান আথা কোংযান্না মোংবা মরাল য়োৌবা
কাওনা শোকখিবা মফমশিং লাইজ ঈশিং অশাবনা
তালোইশিংনা হিগা য়ৈ রানা চৈথেং থাংখি।
মীনম্বা মীনা মাংই অচুম্বনা মায় পাকই।
মীচা শিশলু নিংল মচা শিবা নংবনি।
মীগী মাংনবা তৌবদি তাইবঙ মপুনা য়াদে তাকপনি।

—☆—

# খুমন লৈপাক

খুমন লৈপাকসি ইম্ফাল তুরেল অমস্তুং লোক্তাক প্যাৎকী মরক্তা কোম্মুঙ শেমদুনা পাম্বা অপীকপ্যা মনিং তম্বা লৈপাক্নি। খুমনশিং মথৌনা মরিংজেল লৈবা, অথাং কন্বা নোম্বা কন্বা কাংলুপ্নি। অস্তুম্না মনিং তম্বা ঙাক্তুনা লৈরক্লবা তুংদা খৃষ্ট ১৩ শুবা চহিচাদা অৱানা লান-দারকপদা লৈপাকসি কাং-খোং চায়রম্মী। ইম্ফাল কংলৈগী নিংথৌ কাউবা মিওম্বা অমস্তুং মোইরাং নিংথৌ সোংলেন লাম্থাবগা পুন্না লান্দা-রগা অৱা তানখায়দুনা খুমন মনিং তম্বা কলম্মী। অদুনা নিংথৌ কাউবা মীওম্ববু খুমনবু খোমজিল্লী হায়দুনা থুবোম্বা কৌখি অদুগা সোংলেন লাম্থাববু অতেরক্কী লোইজাওম্বা (অদোনলক্কী লোইচা ওম্বা) কৌখি। তোয়না অৱানা লান্দারকপা মরম্না খুমন লৈপাক মরোই-মরাং তাক্লম্মী মমৈথংদা ইম্ফাল কংলৈ নিংথৌ কোংয়াম্বা (১৩৩৪—১৩৪৫ AD) গা মতমদুগী খুমন নিংথৌ লময়ায় কাইখিদ্রগা অনি য়াম্নবা পুরক্ক্না লৈপাক অনি পুন্সিনখি ইম্ফাল কংলৈগী নিংথৌনা অপুম্বগী নিংথৌ ওইখি। খুমন কোম্মুঙ অকোয়বদা লৈরম্বশিংনা ইম্ফালদা কারক্ক্না কোম্মুঙগী অৱাং অমস্তুং থাদা খুন্দাদুনা লৈখি। খুমন কোম্মুঙগী অকোয়-বদা মী লৈহৌদ্রবনা খুমন নিংথৌ লময়ায় কাইখিন্বদি মাগী ইমুং-মনুং পুদুনা থংনবা খুন উচিরাদা হোংদুনা পুন্সি লোম্বা ফাউবা লৈখি। নিংথৌসিগী ঈদি :—খুমম্মেম অমস্তুং তাওবম্নচিংবনে। খুমন কোম্মুঙ ওইরম্বা খুনসি ঐথোয়না ময়াং ইম্ফাল কৌই অমস্তুং ইম্ফাল তুরেল বাংমবুনা মাইথম হায়না থংনরি। খুমনগী কোম্মুঙ কংলাগী শরুক অসি খুমন শালাইগী কাংলুপ্পা নিংথিনা ঙাক-শেলহৌদবনা মতম কুইনা হাংদুনা লৈরম্লবস্তু হৌজিক্কী পাঙ্গলশিংনা অয়াম্বা খুন্দাশনগ্রে; কোম্মুঙ ওইরম্মী হাইবৈ খুদম উবা ফংদ্রে। থাঙ্গপাৎস্তু অয়াম্বা ফুনজিনগ্রে।

—☆—

# লেরা পুংদিংঙৈবা য়ায়নু ফিশাহৈবী

( ১ )

খুমন নোংয়ায় থম্বনা ইকোপ লাইপলশোইদ চাবা
নিংথি ভাংবা পুংদোংবা কাওয়েল মাবু ফা
চৈউ থাংজিঙ লাইনা শরেন চন্না কৎখরে।
নোংমা কোরৌ নোংগী অহিং মতম ওইবদা
অরাম তম্পাক শঙ্গাইগী নিঙোল থাঙ্গা কাদ
তারা চিন্দং লোইরা ৱারি ৱাখোং শারিঙৈ
মনা ইবেম্মা তোম্বী চাংখুমাংবী চঙক্লা
মমোম তক্লা পাদোংনাক ডাক পুঙ্গোই পোথারে।
"ইমাগী ইবেম্মা থোয়বী, ইমোম নংবু য়াইফবী
নশাবী নোংয়াই খম্বনা ইকোপ কাও ফাবা
হরাও মকা নাম নিঙোল থম্মোয় পেলন্নী।
নোংবান নাইবী চংবা, খম্ববু কাও ফাহন্না
কোংয়ান্না মাগী খোংথাং অচুম্বা নত্তে থংউ!
খুমন অদোন খম্ববু মাগী লাংদা খুহল্লা
পুন্সি থাংউ থক্ত য়ায়বী লৌগে থৌরাংবনি!
চেকশিল্ল হৌদ থোক্লদি য়েক্ল লাংদ থু,
নিউমদ মৈচাক্লা চাক পুন্সি থাংউথক্ত মাংখিনি।
নপাবুও ইবুংঙো চৌংথুবা নোংবান মাগী মীচংনি।
কেগে মোইরাং লমদমদা তাইবঙ মালং পান্দা
য়েক্ল লাংদ থু মীওই কয়া মাংখিদো!
ৱাখল লৌশং ওইনবা কেগেদা থোকখি থৌদোক

ইমোম নংগী নফমদা নমা ঐনা লিগে
পুক্লিং চংনা তাও তুংগী লৌশিং ওইয়ুকো।
থোদোক রারি অসি কেগে মোইরাং লৈপাক্তা
পুরিক্লাই লৈফাচেং অতেংবা, লম্লেন থুরাই লমলোকপনা
মৈদিঙু উরা কোম্থোবা, মমোম তম্ফা নাওরেমতোন
চাখা রাকচীং ঙম্বীবু কেগে ঙাঙোয়লৈমা হাপ্পা
থোয়না রাংনা পান্বা কুমশিং মতমদ থোকখিবনি।
চীঙু লাইগী লাইবৈপাক লোইবী চীংনা কোইবা লম,
মালেম খোইদৌ লমওইবা, পোতীর লমদম কংলৈপাক,
চীংশাং মাপলনা কোই চীংবুরোই চানা ঙাকপলম,
লৈমা থমোইলাংবী মরু উন নোংশাঙোগী থম্বালনা
পাংকী লাইজথক শিঙেল হাইনা মংকুম্বী
লৈরাং থম্বাল ওইরীবী, নিংথিবা লমদম অসিগী
সনা মিংশেল ওইরিবী লোক্তাক লাইজ পোক্কান্দা
লাংথে কুমশিং খংদ মালেম খুন্দ তৌড়েদে
নমু খুম্বোক অহানবদে থোইনা ঙাই পাল্লকপা,
কেগে মোইরাং লমদমদা চীঙু থাংজীঙ কোইরল্লাই,
মোইরাং কোনবা লাইনিংথৌ, চীঙু মানা থেনবলম,
হৈখিং খোইজা চাইবীপুং কেগে ওকচিন লৈময়াই
মোইরাং কংলৈ লমওকপুং ময়ুম কেগে চাওবপুংদা,
ফৌওইবী খোইমোম লাইরেম্মা শাইওন থোদা লৌখিবী
মথং পোরম লাকপা কেগে খুন্তক লৈকাইদা
কেগে ঙাংলৌলাকপ মশানৌ পালোই লৈরেনহম্বীগী
তাংনা ফংবা য়ায়গুম্বা অমত্তা পোকপা মপারি ওই
খুমন নোংয়ায় অকোংজাম্বা কোলোই মিংসেন অহেন্বা
লৈরা নাহা খোংজোম্বা কৌ অনৌবা শাইওন লৌ

কেগে লৈকোয়পুড মোইরাং শাংবা য়ায়দ পোক্লরে।
চাউদম শাংদম হৌরকপা ভম্বা ওইবা মহাক্কো,
চুঙ ফিরাল চারবা শক্লা চুনা হেম্বা
থোয়না হেন্না শকহেম্বা অথন্নবা পাখং ওইরক্লে।
থাং তাদা নত্তা মহে মশিংস্থ হৈবনি।
মথুং-মশা চেকশিন্না মীশক হায়ত্থ ওইবনা
মথুংনা পুং ভিংবদা পুংদিং চেংনা ভিং
ন্নুংশিবা মখোল ওই পুংলোন শেংনা পোকইদো।
পুংভিংবা অথন্নবা হৈবে মোইরাংদ মমিং চং
পাখং ওইবা মহাকপু খ্বাংজেন পুংদিংহৈবা কৌনবী।
কেকে মোইরাং নিংথৌনা ভম্বা মাবু পেন্নৌরা
কোগে হাইপুং তিংহল্লে মখোল শেংনা থোকপনা
ন্নুংশি থোজাল উংদি "কগে পুংদিংহন্বা" হাপ
কেগে ভাজোয় কন্দমদা অহেম্বা লক্লা ভিলহল্লে।
ভাংক্লৈ লাকপা মপাল্পী "খ্বাংজেন পুংদিংহন্বা" কৌনা
মোইরাং মচা পুম্বনা পাখং মাবু থংনখি।

( ২ )

য়োইবু খোইমোম লাইরৈমা মশানৌ লোইমোম ফৌওইবীস্থ
কেগে মোইরাং লম্নদমদা মোইরাং খুনখা লৈকাইদা
নিঙোল লাকপা ওইরিবা লেমলৈ ভাওইবগী মশানৌ,
লৈমা থরৈ চামোইবীনা ঞ্ঝা মাগী পিবুকন্নুং
লোইদাম থাবুম তারা খোইজী খাদা নাউপুনা
চেংলৌ শক্লা হেম্বী মমোম লাংলেন ওইনা ফুহারে।
মথক্লা য়েনকাপ লোন্দবী মখাদা মনাও পোমদবী

মমোম মাগী কোলোইস্থু য়ায়গুম তাংনা ফংবীনি
মুরা "য়ায়মু লৈমা" কৌ নিংথিবী মিংলেন থোল্লম্মী।
সনা থম্বাল লৈওইবী মুজা লৈরাং শকহেন্বী
পলেম পন্থৌ নাকুন্দা শিঙেল থুমু হুল্লকপা,
লৈরাং কাংদোং ফাবুক্লে শিঙেল পোমশাংনরক্লে
লৈরাং লৈনম অতু ভাঙোয় লমদম শিল্লক্লে।
চেংলৌ শক্লা হেনগুম্না চরৈ ফিশাস্থু হৈরম্মী
মুরানা শাবা চরৈদি তোপ্পা মশক থোক
অহৈনা শাবা ফিদগী থোয়না হেন্না নিংথিদো।
লৈমা নিংথৌ পুম্বনা শেংন ইন্নবা ওইনৈদো
চরৈ ফিশা হৈবৈ মুজা মাগী কোলোইদো
চকমোম মোমগু চন্থু "য়ায়গু ফিশা হৈবী" হায়
লৈপাক মীয়াম পুম্বনা শিঙেল মাবু খংনবী।
চীঙু মাগী নোংদমখোল থোয়ুন মাগী খুজিন্না
মুরা পোকপা পন্থৌ কে রৌ লোনা মাখরে।
লুখ্রা শিংদা চল্লবী পলেম থরৈ চামোইবীনা
মুজা লৈরাং ওইবাবু চেংনা চান্না নাউকোল্লী।
চরৈ ফিশা হৈবৈ লৈপাক খায়না খংবী
নিংথৌকোন্দা কৌখং কেগে মোইরাং নিংথৌগী
মগোম লাংলেন চরৈহন ইরাংলোন নিংথি তরেংবীগা
শকথং মাইখংনরে মুরা মতাশিংদা চল্লেদো
মোইরাং লৈমথোল তরেংকী মন্থুং চন্না শিংথারে।
নোংগাংখোংগী মালবা লিরি লম্বা নামিবা
মুরা লৈরাং ওইবীগী শিঙেল লৈনম মুংশিবী
মালেম কোয়না য়েল্লকপা কেগে লমদম শিল্লক্লে।
পাখং খোইমু ওইবশিং শাগল তুফাং রৈনা

মালং খোংহায় তুংতন্না লৈরাং খোঙ্গুল লিরক্লি।
নোংমা কোরৌ ন্নমিৎনি নোংখোং শেংবা নুংদাংরায়
ন্নমিৎ কোরৌ হন্ননা নোংচুপ লোইবী চীংদোন্দে
ন্নুদোংবা কোরি মচুগা মালেমদ মায়থোং লৈরকউ
নিংথিবা সনা মচুনা চীঙয়া তমথা ঙাল্লক্নে।
পোন্বী চেক্লা মথৌনা পামেল ফেরা তোং
নুংশি য়ারা খোঙ্জলনা মালেম লৈনাবু শেখারিউ,
নুরা লৈরাং নিংথবী থায়ও ফিশাহৈবীনা
মপল হিঙ্গোল লৈরাংতন্নুও থরায় শম্বলনাক্তা থেল্লিবী
শিজেল মপালকন্না চরোনা য়োন্না শাৎলিবী
থাবল্লে পামেল মখোংদা মালং ঈচিক থেম্লিউ
পাখং খোইমু ওইবগা লৈরাং ওইবী লমওক্নরে।
নুরা চেংলৌ উরুবা খোংমু ওইনা খোইদারে
"শিজেল লৈরাং নিংথবী নুজা চেংলৌ শকহেন্বী
মোইগাই থাঙুম ঙাল্লিবী শানৌ নংবু নুংশিবী
নংগী নুংশি মাইথোংদা পাখং থম্মোয় হুথরে।
অশাম নুংশি পামেলদো লৈরাং থুমু হুল্লক্নে,
নাপ্পা লৈরাং ওই শাহনোন থক্তা থেৎলিবা
তখেল্লে লৈরাং নাচোম নোঙাল্লনাই শজিন্নুম
নিংথিবী মাইথোংনা পাখং থম্মোই শুমহৎহলিবী
পাখং কাদা লাহীয়ু নুজা পুক্লিং খংজগে?"

তমগী খোইমু ওইবনা নুংশি লাংবু থাকলুবা
শাদান্নগী তেন্না পাল্লবা য়ারৌ শজি ফুনানবী
অশাম লাংদা থুগ্রবোই নুংশি লুদা চংগ্রবোই
নুরা লৈরাং ওইবীদো তখেল্লে নাচোম অতু
নুজা নাপ্পদে লৌথোক্লা খোইমু কানা লাল্লক্নে।

"হয়েং ইন্নুং ভাল্ল মোইরাং লৈমরোল ওইবীশিং
তারা চাক চান্নবৈ শেন্দ্রা চীংখোং ঈনচিংবী!"
নিঙোল মুংশি মপাও পাখং কাদা হায়রম্মা
মোংবা মরাল মুং মুজা ওইবী চংখরে।
পাখং খোইমু ওইবসু মুংশি লাইজ ইহৌ
মোংবা মশাইগোন তম খোইমু শাখপ রাইখিদো।

( ৩ )

ভুরা লৈরাং নিংথিবী পোংশাংনবী লৈরাংদো
পন্তৌ মাগী মশাইগোন নিঙোল থাঙ্গা কান্নুংদা
কাংথোল য়ায়রী পাবলথক মুংশি ঐচাক থাং
রাখল কয়াগী ঈপোয়া ওত্তনা থম্মোয়দা থেংলব
ইন্নুং কোরৌ চুপ্পদো ভুংশি ঈপাক্লা ইরাক্করি;
অচিংগী শাংলবা মতমতু মিংম্মা উইশিন ভমদ
মুংশি ভূগী চৈথেংনা মুপা মদোম লেল্লী।
পোম্বী শিংজা মুবীনা কাক্কী লানপাও চেল্লক্লে
লোক্তাক উখুম খোঙৌবী ফুমদী শোইরেন য়াংবীদা
চেক্লা মখৌ পোংনা ভুম ভুম য়াকৈরক্লে
লোইবী সোরা চীংদোন্দৈ য়োইময়ায় মঙাল কাউরক্লে
ইন্নুং কোরৌ ভালক্লে অয়ুক মতম ওইরক্লে
লোক্তাক লাইজ ভাতাবা কেগে মোইরাং মচাশিং
উকায় হিনাও তোং মথৌ মতম পাইনরে।
ভাঙোয় চন্নরা ওইবী মোইরাং লৈমরোল তরেংসু
কেগে মোইরাং নিংথৌগী মগোম লাংলেন ইবেম্মা
ইবাংলোন নিংথী তরেংবী মুপাশিংগী লুচিং ওহ

তারা চাক চান্নবৈ উকায় তি তোংনা
লোক্তাক লাইজ থক্তা শেন্দ্রা চীংখোং য়োৎখরে।
মাগী মাগী ঈনথা, পরেং শানা ভাতারি।
নুজা লৈরাং শকহেনবী নুরা য়ায়খু ফিশাহৈবীদি
মতায় ইথং থংনা মতা ময়ামদে থাখোক্লা
নাকল মচী অমদা নিঙোলঙ্গী ইল চিংলী।
য়োয়নয়াই তাওদনা ফুমিং কোকতোন লোমলে
চীঙু, মাগী নোংদম মোইরাং থাংজীঙ থোজালনা
কেগে ঙাঙোন পুংদিংহবা পাখং লৈরা খোংজোম্বা
নৌরেল খুত্তা পাম্ব লাইজ ঈপাক্ত হোল্লকপা
শেন্দ্রা মাইকৈ তমক্লে নুবা ময়াম উরক্লে
মপানৌ লৈরাং শুইবীগী ইঙ্গিংফমদি তম
পাখং হিবু হোঞ্জল্লক নুজা নাক্ত চঙক্লা
নুংশি মরা নপাঙ শিঙেল কাদা হংলকই—
"ইশানৌ ইকেন্মমচা নুংশিনী নুরা নংবু নকহেন্নী
লৈরাং চেংলৌ নিংথবী থম্মোয় নুংদা তাখিবা
নুংশি পামেল থাখরে পান্সসিগী কাওঙমলোই!
লৈপুল খয়োম শেম পান্সি খোংলাই ওইমিন্নসি
শানৌ নংবু পামুবী নুজা ফিগে শেংবীয়ু?
পন্থো কনানা পোকপীনো পনেন কনাগী মমোন্নো?"
"শাবী থংলেন ইবুংঙো ঙরাং কোরৌ নোংচুদা
খোইমু চেংলৌ উজবা খাংলেন পুলেপ হুংচুদা
ননাও লাইবক চাউবীগী য়ায়বী থরায় মঙাগা
শমু হকচাং পুন্নাদ তথেল্লে নাচোম লোইননা
পাখং ওইবা নকাদা পুন্সিগী ওই কচ্ছব্রবনি!
কোরৌ নোঙ্গাথ্রবা পন্থোদ নিঙোল লাকপা ওইরম্মী

লুখ্রা শিংদা চলহৌবী পলেম ইমা নুংশিবী
লৈমা থরৈ চানোহইবীনা মমোম ঐবু নাওকোল্লী !”

নুমা লৈরাং ওইবী পাখং কাদ খুমজখি।

“শানৌ ইবেম্মা নুংশিবী থম্মোয় লুংগী থম্বাল-ও !
পুন্সি চেংজেন্স লোইফাও কায়নদনা লোইনসি !
নুরা নংগীদনক্তা পুন্সি অসি লেপ্পবনি !
মৈওাম্না চাইখৎনাও ইশানৌ নংবু থাদোক্লোই !
ফোরৌ থক্তা খোক্লীবা য়োইময়াং মানা থংসন্তু
চীড থাংজীড পন নশাবী ঐনা নাশক্লী !
নুজা নংগী খুদাক্লে তখেল্লে লৈরাং নাচোমদো
পাখং মোল্লাং শা কোংসিগীদি থমহৌবে !
পাংকী লাইজ ঈয়াযদা শিঙেল হায়না শাংকল্বী
লৈরাং মনাতাবাদি ভরেং শেনাগোং মাধী লৈ
লৈরাং মাগী শকথোংনা মসনৌ মপাল মাধী লৈ
খমপুং নাওশা লৈ শিঙেল পোমশাংনবা লৈ
নুমা শাইনোন থক্তা পাখং ঐনা থেংলমগে !”
মশানৌ লৈরাং ওইবীগী নাপ্প থক্তা থেংপিখি।

“মোইগাই থাগুম নিংথিবী থম্মোয়গী থাজ ওইরিবী
ইশানৌ লৈরাং ইনেম্মচা চিংনদা করি লৈরুব্ব !
নুমা মাংদা লেপ্লিবা নশাবী ওইবা ঐহাকসে
মোইরাং ভাংলোলাকপগী মদোন পোকপা নপারী
লেরা নাহা খোংজাম্বা কেগে রাংলেন গুংদিংহন্বা কৌই !”
মশানৌ লৈরাং ওইবীদা পাখং মরিমখোং তাক্লু
নুরা পাখং অনিদো লেরাং খোংম্বু ওইবদো
পুন্সি লৈপুন ওইমি চীডু পন্না নাশরুথরে।
ভহাক পুঙোয় অমা নুংশি য়ারি শামিন্ডে

মুংথিল মতম হৌখি কোরৌ ডামডাম চায়রক্লে
কেগে মোইরাং নিংথৌগী মমোম লাংলেন ইবেম্মা
লৈমা নিংথি তরেংবীনা অনিতুবু থাপ্পা উরথোই !
মতা অমা থা নুবা নাক্ত কৌইল্লুই !
মুজা লৈমাং শংহেন্নী য়ায়নু ফিশাইহৈবীনা
কেগে ডাক্কা লৈংহৈবী লৈমা কাদা হংখি—
“চাউ, লেংদমখবনা হক্সেল পুল্লি তবাখবা
মোইরাং ইবুঙ ওইবসে অথাঅদা চিনাও হোল্লবা
নদাই ঐনা কৌরবা পাখং মানা তাবি
ঙন্নগী হক্সেল পুক্লিচু পাখং মানা পুনবীবনি !”
মবেম্মা কাদ হঙংখি হুম্মা লৈরাং ওইবীনা !
“তৌবিমল খংবা উচ্চ মোইরাং ইবুঙ অসিদা
ঐখোয় খাইগী তুঙ্গোন্দে লেইয়ে থর থর থাইখিসি।”
“মচাইবেম্মা ডাকপিয়ু ! ঐগীদমক ৱাবীখিবনী !
ইতাশিংদে খাইদ্রস্তু ঐগী কারকপা ডাদে
ইবুঙ মাগীদমক্তা শরুক ওইনা তমজগ্রগে।”
মুজা অস্থম পাউথুমলা কেগে চম্মু ওইবীগী
তুঙ্গোল মুংগী লেইয়োশিং পাখং হিদা হৈজিনখি।
ইরাংলোন নিংথি তরেংবী লোকফেং তৌনা হায়রকই—
“ইতা য়ায়নু ফিশাইহৈবী ইতা নংগী নতৌসি
চেংলৌ শক্লা লময়োবা মোইরাং ইবুঙ ওইবনা
হঙ্গেন থৌরি পুনবদা পাখং মুংশি থৌবিনা
নুজা ওইবী ইতাগী থম্মোয়স্থ য়ংউনা পুল্লনদোবা
ঐদি ওন্নোক মানখবে ইতা নংবু মুংশিবা
মুংশি মৈনা রাইবসে মৈচাক থাংবা রাবনিকো
পুকচেল লেঙ্গো ওইরম্লদি রাজানকো ইতা নং !

লমলান কায়গী খোইরাবা কেগে খোইমু খাংনৌবা !
ইবুধৌ থাংজীঙ লাইনা থৌজাল পিবা ওইসনু !”
কেগে লৈমরোল ময়ামদো রা রা নোকমিন্নরম্মী।
নুঙাযবা কয়া লোইনা ইনচিন-লোংখোন লোইগ্রে
পাখং গোইমু ওইবসু মরাল তম্না পাইখরে
কেগে চন্দ্ররা মখৈসু মোংবা মরাল তম্নখী।

( ৪ )

মতমগী তোরৈ ঈস্তন্দা মোইরাং লৈকোয় পুংদা
কেগে ঙাম্বা লাইনিংথৌ চৌঙ্ থাংজীঙ কোইরেল্লাই
ঙাঙোই খুঞ্জেল নাপলচং লোইদাম থাবুম অমা
খুঙ্গা নাইজা হুম্বা মোইরাং হরাওবা হৌখরে।
চৌঙ্ লাইগী লাইমাং খোয়ুম লাইগী লাইপুঙদা
থাং হায়বনা কয়ানি চৈ খোশারবনা কয়ানি।
জগোয়গী থৌগলসু কোঙ্গাইগনি ঈশৈগী থৌগল মপৈনি
মানা মানা হৈজবা চৌঙ্ লাইমাংদা উংনরে।
মোইরাং লৈমরোল তরেংমু পাখং তরেৎ খল
চৌঙ্ লাইগী লাইমাং জগোয় কংনবা থৌরাংলি।
ঙাঙোই লৈকোয় মপুগী য়াথং য়ারা তুংইন্না
কেগে মোইরাং লমদগী পাখং তরেৎ খনবদা
লেরা নাহা খোংজোম্বা ঙাঙোই পুংদিংহন্না য়াওরি।
চুং ফিরাল চারবা তম্বা তরেং মুংদৈ
খাইদগী হেন্না নিংখিবা রাংলেন পুংদিং হন্নবু
কেগে ঙাঙোই মপুগী মমোম লাংলেন ইবেম্মা
লৈমা নিংথি তরেংবীগা পুংবা অমা শেম
কেগে লৈমরোল তরেৎ মোইরাং পাখং তরেৎ

চাউ লাইনী লাইমাংদা জগোয় থৌগল তৌখিয়ে।
সুরা পাখং অনি পুংবা পুংবা শেম্লকপা
সুঙ্কা লৈরাং শকহেন্নী য়ায়ন্নু ফিশা হৈবীদি
কেগে পাখং লমকেৎপা থায়া পুংশংবগা শেমহল্লে।
ডাডোং সুরা অহুয়ে কেগে পাখং অহয়ে
সুরা মচাইবেম্মগী য়েত্তা গৌগল জগোয় শারি।
মোইরাং চন্নুবা অহুম্না ডাডোয় পাখং অহুমগা
এই থংবা মাইকৈদা চুংবু চানা লৈতেংলা
ইরাংলোন নিংথি তরেৎবী কেগে রাংলেন পুংদিংহন্নগা
মবুধো থাংজীঙ লাইমাংদা জগোয় থৌগল কৎলি।
মোইরাং লৈমরোল তরেৎনা ডাডোয় পাখং তরেৎকা
মবুবো থৌগল কৎলকপা থেক্লা জগোয় শারকপা
লৈপাক মীয়াম পেন্নখি হরাও নুঙাই য়েংনখি।
কেগে থাংজীঙ লাইনা পেনবিবা হায়ন্নু ওইখিদো।
সুরা নোংদম্ম থিরবী য়ায়ন্নু ফিশাহৈবী চন্নুদি
পুন্সি লৈপুন ওইশি শয়ি রাশক্করিবা
মশাবী ওইবা মহাক্কা পুংবা শেপ্পা ফংদবা
থম্মোয় লায়ুম কাইখরে মাইথোং থেগুম মকখরে।
সুরা মাগী নাক্লা পুংবা শেপ্পা শারিবা
কেগে থায়া পুংশংবা লমকেৎ লমহায়বা পাখংদো
লৈরাং চেংলৌ উরকপা পাখং থম্মোয় শুমহৎখি।
শিঙেল লৈচু হেন্নীবু তালোই ওইগে থনখিদো।

( ৫ )

তানফম চাবা য়েং মোংবা মরাঙ্গয়ায়দা চৎ

মুমা ওইবী মকাদা পাখংগী তালোই ওইগে
পুন্সি কৈপুল শেমসি হরাও নুঙাই পানমিন্নসি
নুংশি রাহে কয়ানা মুজা কাদা থেম্মখি।
অমা মৈশা লাংলবী ফিশাহৈবী লৈরাং ওইবীনা
"মোইবাং ইবুঙ ওইব-ও! নচন নোংদম থিবীনি
পোকমিন্নবা নচনমক্কী খনবীয়ু অমাম্বা পুক্নিং থম্বীয়ু?
কেগে মোইরাং লমদমদে ঐবু হেন্নী খনবীয়ু!
শকহেন্নী চন্নু অতুগা নুঙাইনা পুন্সি পানবীয়ু?
নোংদম থিবী নচন্দী হবুঙ নংগী চাম্নবা মরুপ
লেমা নাহা খোংজোম্বা পাখং রংলেন পুংদ হধগা
পুন্সি কৈপুন শেম কেগেদা পানমিন্নসি হায়দা
চীঙ খোয়ুম পম্না রাশক পরৈ থমগ্রবিনী
হন্দক্কী মপোক অসিগী নিঙোল হন্দোকপা ঙম্নগোই!"
পাখং ওইবা মকাদা নুমা মানা খুমসুবা
"নুজা লৈরাং ওইবী থোইচংনবী নিঙোল-ও!
রাশক্রবনা খুংনবা নত্তে নুংশিনবনা লৈমিন্নবা নত্তে।
নংগী ঐগী লাইবক্তা তমখিবা অতুনা অরেপ্পনি!
ঐগী লেপখিবা রাখল কনানসু থিংবা ঙম্মোহ!
নংগী থম্মোয়দ খল্লাবা তম্বা ওইবা মহাক্তা
নুমা লৈরাং নহাকপু করিম্নু মানা খল্লমলোই।
কেগে মোইরাং নিংথৌগী মমোম লাংলেন ওইবীগা
অরোন্না মরি থমগ্রবনি নংবু শোইদ কাউথোক্কন্না!
থংজৌ নুমা ফিশাহৈবী! ঐগী মায়োক লেপকনু
নিঙমদবা মৈচাক্তা চাক পুন্সি অতু পিথম্মনি!"
তমথিবা রাহৈনা চৈংম্না তম্বা অতু হনখরে।
ঙাংনারিনা রাহৈদো লোন্না থুম্না তারম্বী

মুরা মতা ইবেম্মা নুজা শংনু লৈমনা
মতা কাদা চঙক্লা য়ারা মপাউ মেল্লকই—
"ইতা ইবেম্মা নুংশিবী মুরা নোংদম থিবী-ও !
পাখং ওইবা মহাক্কী নত্ত ওইদ বাহৈদা
থাজবা থক থনলুপ্পু মীনথা ডাক্লা খংদোকউ !
নিংথোগী মচাইবেম্মা হন্নাংলোন নিংথি তরেংবী
খমন লৈমা ওইনবা নোংয়ায় নিংথোদ থাজখবানি
কেগে হবাঙবা লোইর অংং অউন তম
খমন কংলাদা পিনখনি মংস বাসি অশেংবনি !
[illegible] কিং হনগনু ইভাগী বাশক কায়রোই !"
বাহৈ অনুন থেনাজনা মুরা অনি লেনামন্নথ।

( ৬ )

কেগে খারা পুংশংবা ময়ুম মরাল য়োরা
যাংনু ফিশা হৈবানু মানা করম লোদগে
বাখল অসি খনবনা মাগী মথৌ ওইখরে।
মাগা তিন্ন মরূপ লেবা পুংদিংহনবনা
মোহবাংদ অসুম লোরদৈ [illegible] নিংবা কায়গনি !
মুরা ফিশাহৈবনু মাগী ওইবা হংলরোই
অপাম লাংদ থুখিবা বাখলদুনা থুমহৎখি
লুনা তিন্ন মরূপতু য়ায়বী লোগে থোরাংখি।
নোংমা কোরৌ থুমিৎ মরূপ মাবু হৌ
কেগে থাংজৌড লোকা শা তাগা চৎনা।
"ঙসি কোরৌ নোংদি শা ফংবা বাদোর
ইতাও পুংদিংহন্নবনা অবাং লোমদৈ থৎচিল্লকউ
এনা খা মাইকৈদৈ শায়াম তকশিল্লকে !

মাইকৈ মাইকৈ থাইদোক্না শা ফাবা চংশিনশি!"
রাহৈ অসুম হায় মাইকৈ তোঙান চংনখি।
মবুক শেংদা পাথং থাক্না পুংশংবা কৌবদি
মাগী মাইকৈ চত্ত মথুত্তা তাবাক পায়
লেরা পুংদংহনবগী ভূংদা লোয়া ইন্নরক্লে।
তানফম চাবা য়েং মথুত্তা পাইবা তিমেন্না
মরুপ মাগী মতুংদৈ য়ায়বী লোগে থন্না
অকন্না শাফু লোইনা থুনা কন্না লংশিল্লকপা
তিমেন মপা শোইবনা চীঙ মাগী নোংদন্না
মরুপ মঙোন্দা পান্দা পামেল উদা য়ুংখনে।
তম্বা মাগী থোদোদা লেরা নাহা খোংজোম্বা
য়াথবী খিংনা শাউ থারা পুংশংবা মকাদা
"ইতাও করি মতৌনো নথুত্তা পাইবা তিমেন্না
এবু তন্না লঙকপা এবু হাংকে নিংবরা?
মরুপ ওইনা তিন্নবা অদুম তৌবা হৌনদে!"
অশাউ মৈরি হোনা মরুপ কাদা হায়রকপা .
"ইতাও ইবুংঙো মুংশিবা! করি অদুক শাউরগে
মুংশিরবা মরুপ নংবু এনা করিগী হাংকনি!
নাবক মোংশোং মরক ইতাও নংনা চৎপতু
য়ারো শজি ওইরম্না রাখল আস থন্না
তিমেন তাবু লংবনি শাগী মপা লাক্লুনা,
চীঙ মাগী থোজালনা ইতাও নঙোন্দা শোকখিদে!
অশাউ পুম্বা থাদোকউ মুঙাইভা খিবিক কাওখোকউ!"
মীনম রাহৈ করানা কেগে পুংদিংহনবু থেমজিনখি।
মাগী য়েরুবনি খল্লিবা লেরা নাহা খোংজোম্ববু
য়ায়বী লোবা ঙমহোদা নিংবা কায়না হল্লকখি।

ঙাঙোই পাখং পুংদিংহন্নদি মরুপ্পা হায়বা পুম্বদু
ওইদ ওইরবোই থাজখি চীংনবা লৈতা হল্লকখি।
পাখং খারা পুংশংবা হন্না কৌবা লৈরমদে।
মুরা ফিশা হৈবীগা মশাবী পাখং পুংদিংহন্নগা
লৈনরিবা মুংশি মরি শেংন থাইনা থোকহন্বা
কায়নবা হায়দু ওইহন্না মতুপী থোরাং শিনবনা
মথৌ ওইনা থনখরে অহিং মুংথিল তুমখিদরে।

( ৭ )

য়ায়নু ফিশা হৈবী মুরা নোংদম থিবীদো
থম্মোয় মুংগী চীংনবা নোংম নোংমগী হেনগৎখি।
মশাবী য়াংলেন পুংদিংহন্বনা মুরা ওইবী মহাকপু
পাখং মানা কাওথোক্লম নোংদম লাইবক থিরবী
শিঙেল অরেম্বা তাহৌ লৈরাং অরেম্বা তারদ্রা
মঙল মঙল খল শিঙেল মদোম লেপ্লীডে
নোংমা কোরৌ মুমিং পাখং থোইমু পাইরক্লে।
মশানৌ চেংলৌ উবকপা অরা শক্তম উরকপা
চিংনবা কয়া লৈরে পাখং মানা থংলম্মী।
"ইশানৌ ইবেম্মা মুংশিবী চীংনবা পুম্বা থাদোকউ
মুজা নংগী দমক্তা পাখং ওইবা লেপ্লীদো
পুন্সি খোংজেল থুং নিঙোল নংবু থাদোয়ক্রাই!"
মুরা মাগী মকাইফম পাখং মানা হায়রকপা
মুজা পাউখুম পিদনা মরু লৈদা লূক
বাখল কয়া খল্লুরা লৈরাং পাউখুম পিরকই—
"শাবী থংলেন ইবুংঙো ননাও লাইবক চাউবীনা

থংলেন ওইবা নকাদ য়ারা অমা থমজগে
ঙসি কোরৌ নোংদৈ নুমিৎ শিংবুম মঙানিদা
পাখং খোইমু ওইবনা সাউন্ খুরৈ তিং
রাংলেন পুং তিংবনা হান্না লোইবা ভম্বরা
নশানৌ লৈরাং ওইবীনা চরৈ ফিশা ভম্বদা
চরৈ ফিদোন লোম ইয়োং লাইজি ককপনা
হান্না ভম্বরা হায়জ চীঙ্ নোংদম য়েংনসি!
কোরৌ নোংমতদা পুন্না লোইবা ভমলাদ
পন্সি মতোল লোম খুঙায় পানাগান খনসি
মতম পাংশোয় কায় অমনা কোন্না লোইরাদ
কোন্না লোইবা মীশক্তু থমোয় মক্রে লৌনসি!"

( ৮ )

মশানৌ লৈরাং ওইবাগী হায়জবা নাহৈ ভদুদা
পাগং মাস্ত য়াখরে খোরাং অন্থ পাইখরে।
নুরা পাখং অনিনা ঙাংনবিবা নাহৈ পুম্বা
ফঙ লৌশিং চংখোগ্না খারা পুংশংবনা খংখিদো।
ভম্বা ওইবা মহাক্কা নিংথৌ কোন্দা চং
"নমোম নিংথি তরেংবীগা লেরা নাহা খোংজোম্বগা
জগোয় থৌগল তৌখিবা লৈপাক মীয়াম য়েন্নখি।
অমুক হন্না শাহন লৈপাক খাইনা পামনৈদো।"
শেনাজেন শাজন রাহৈনা চীরোল মখোং পান্নুরে।
কেগে মোইরাং নিংথৌ পুরিক্লাই লাইফাচেং অতেংবনা
মমোম লাংলেন ইবেম্মা ইরাংলোন নিংথি তরেংবীবু
কেগে রাংলেন পুংদিংহন্বা লেরা নাহা খোংজোম্বগা

লৈবাক মীয়াম মুডাইনবা চীঙ্, থোঙ্গাল ফংনবা
খোয়ুম থাংজীঙ লাইমাং জগোয় ফংনবা খংহনখি।
অরিবা পুড অসিস্থু মখোন কয়া শেংদরে
নৌনা ভিংলিবা পুঙহ্ মরিনিদা লোইদোনি।
ছন্দক্কী জগোয অসি মহুনা য়ৈনি খংহনখ্রে।
কেগে পাখং ওইবদো নিংথৌ য়াথং লাকপ্না
অহিং নুংথিল নাহ্দ পোথা লৈত শাবনা
কোরৌ মরিনী শুবদা ৱাংলেন পুংতিংবা লোই
কেগে মচাইবেম্মগা মোইরাং পাখং ওইবগা
মবুধৌ থাংজীঙ লাইমাং নৌনা ভগোয় শাখরে!
মহু থোদোক পুম্বদো মতা শংদ্মৈমা কৌবীনা
মুম্বা মাগী মকাদা ৱারোল পুম্বা তম্লখি।
"ইভা ইবেম্মা নুংশিবী চিংনবা অহুদি লৈগনু
কেগে মোইরাং নিংথৌগী মমোম লাংলেন ওইবীদি
ইবুধৌ থাংজীঙ হরাওবা হেক লোইবা মতুং
অওং অউন লোইননা থুমন পুংদা থিনগ্রনি।
ইতানা শাবা চরৈদো হয়েং নংনবা শাবিয়ু!
মহুদা ৱাখল থম্বীয়ু পুম্নমক অঙ্কবা ওইগনি!"
ৱাহৈ অসুম হায় মতাগী পুক্নিং থোগংলৈ।
মতা য়াৱা তারস্থু মুজা ওইবীগী থম্মোয়াদ
চীংনা ইফায় চনখরে থম্মোয় লাকা থুমখরে,
অৱা ৱাখল মৈচাক্কা থম্মোয় থুম্না চাক্লক্লে
চরৈ ক্ষিপ্রা ওমদরে চরৈ ভেমথেং কন্দরে
ৱাখলনা লাকহংবী মুজা চরৈ লোইবা ওমদরে।

( ৯ )

ইস্লুং কোরৌ ভালক্লে মঙানি শুবা মুমিংনী

মশাবী পুংদিংহন্না বাংলেন পুঙতু পু
মুজা মাগী মরালরায় পাখং খোংদোয় হুলক্রে।
ফত্ত বাখল খৌরাংগা হান্না ভায়' লৈরম্বা
পাখং খারা পুংসংব তম্বা নাক্তা চঙক্রা
"ইতাও ইবুংঙো পুংদিংহন্না করি লমদা চংলিনো?
ইতাও নংনা পুরিবা বাংলেন পুং অহনবতু
য়াম্না ফজনা উথরে ঐ অমুক্তা য়েংগেবা?"
"ইতাও য়েংবদি য়েংবিয়ু য়ৈবদাদ য়ৈবিগনু!"
বাখল ফত্ত খল্লদা চীংনা করিসু লৈতা
মরৌ তৌনা ঙাঙকপা মরুপ এইবা মঙোন্দা
বাংলেন পুঙতু পি হরাও হরাও য়েংহল্লী!
মুজা এইবী মহাক্কী খরাই থোঙ্গাল নক্লকপা
পুংখোন শোইদা তানি মতাং অতু য়োরকপা
খারা পুংসংবা পাখংনা পুংখোল য়েংগে হায়
পুংখোন কন্না য়ৈ হন্না হন্না য়ৈরম্মী।
খোংজোম্বনা থান্নসু মানা ওন্না য়ৈখরে।
"ইতাও নংগী পুংসিবু এনা য়ৈবা কৈদোগে
নংনা অতুক শাউনিংবা মবুক ফত্তা মতৌনি!
নংগা তিন্ন হৌনদে! কোবৌ 'সিদগী কায়নরে!"
মতাং তৌনা শাউশিন্না খারা পুংসংবা চংখরে।
মোমনু লাইবক থিবী য়ায়নু ফিশাহৈবীদি
চরৈ ফিশা লোইদা ইওং লাইচি কক্তবনা
বাংলেন পুংখোন তাবা থম্মোয় রাবা থেংখরে!

( ১০ )

বাংলেন পুংদিং হানখিবনা চরৈ ফিশা লোমহৌদবা

থম্মোয় শেংদবীনি হায় পাখং মানা চৈবিরা
মুজ্জা মাবু কাউথোক্লম খোইমু শামাই লৈখিনি!
নুরা নোংদম থিবীদি শিঙেল অরেম্বা ওইহৌরনী!
নিংবা কায়বী ওই তাইবঙ পান্দা হিংঙম্নরোই
তাংজ ইকায় পুঙমদা অরা পোৎলুম্না ননথরক
মশাবা মানা য়ৌরক্তিঙৈ য়ায়বী থবায় থারগে,
থম্মোয় চেংনা লেপ শিঙেল লৈরাং নিংথিবী
মোল্লা'খাগী হৈজ্রাংনা থবাক থুম্না থিন
ঈমুগী ফিরাক খায় নুরা মদোম নোংমনখরে!
নিঙোল য়ায়বী কন্বা পাখং ওইবা নংহৌদে!

লেরা নাগা খোংচোম্বা খোইমু লাইবক থিবদো
য়াইবী থবায় য়াউদ্রবা নুরা শমু হকচাংদো
পাখং মানা কোনথংলা থবাক মুংদ কোন
নুংশি য়াবা খোনকম্না লোইবা নাইদ তেংথাখি!

"শানৌ নংবু নুংশিবী নুরা নোংদম থিরবী!
তাইবঙ মালংপানসি মুজ্জা নহাক য়াউদা
পাখং ফরম লৈহৌমি করম্না মৈচাক খাংহৌনি
শিঙেল লৈরাং লৈওইবী পোমশাংনবী থম্বাল-ও!
রাংলেন মিৎকুপ অমত্তং নশাবী ঐবু ঙাহৈরময়ায়
নুংশি পুকমেল পাওমেন্নরা থম্মোয় য়ারা শেংদোক্লা
পুন্সি খোংলোক্ত তুংইন্না পানমিন্নবা য়ায়স্থান
থম্মোয় অসি কাইহৌরে মাংজ হায়দু ওইরেদো!
শিঙেল নংবু নুংশিবী থম্মোয় নুংগী থাজ-ও!
নুংশি থায়না মৈশানা তাঙ্গোয় তানা চাক্লেদো
কোরৌ নোংলোন থক নশাবী ঐবু ঙাইরমখো!"
থম্মোয় শোকপা রাহৈনা মশানৌ মাবু কৌরম্না

মুক্তা মাগী থবাক্কে হৈজ্রাং অত্ত শংলা
থবাক লুরেল থায় পাখং য়ায়বী মাং
য়ায়বী থরায় মঙানা মশানৌ হৈনা তুংইনখ্রে।
মুবা পাখং অনিদো খুজেং হংজি পাল্লোইনন'
তাইবঙ মালং থা কোয়ৌ নোংদা কাম্নিখি।
কল্লক খম্বল চাউবা খারা পুংশংবনা থৌরাংবদি
মুরা য়ায়ম্ভ ফিশাহৈবীগা পাখং রাংলেন পুংদিংহংগা
কায়না চিগায়রাবু থা শেংনা খ য়না থোল্লগা
লৈরাং য়ায়ম্ভ ফিশাহৈবীবু তাংলোই ওইগে নিংথৌ
ফত্ত থৌরাং পাংলম্ম মানা পামজ লৈরাংদি
মাগী ওইবা ফংদবা কল্লকই হায়না তকশিলোন
নোইনিং খারী লবুক্কী লৈপুং থক্তা ফরৌউ
পিক্কা মচু কম্বী লিন্দু কৌবী তাংজনা
খুবোম মত্তা ফবদা খংহৌদ থিনা চিকপদৈ
পাখং খারা পুংশংবা ময়ুম য়ৌবা ঙমদনা
থরো কাংক্রুম ওন হুনা লুতোন কা
চাক্কা চাক্কা খাঙমদা মদোম য়ায়বী মাংখিএ।
ফত্ত তাইবঙ মীশক্কী লায়েং হিদাক লৈতে!
শানা শোকপা লায়েংই মীফত্তনা চিকপা য়েংঙমদে।
মানা মানা তৌজবা, অফ-ফত্তা মহৈ
খেত্তোক লিথোক য়াদ মশা মশানা ফংজেএ।

—☆—

# উকায়-ফাল্লং

( ১ )

খুরাই লৈমা মপারী অঙোম নোংবান শেলুংবা
থাদোই ওইবী মশুংলাং কেগে মথংখন্না শঙ্গাইদা
লুংতি ক্লমীৎ খুদিংগী মপু থোগল কারকপা
নোংবান মাগী মকাদ থবক থোদোক খুদিংদা
খুপ্ন মখোং শমলোবা কাংখ লিন চংবগুম
খোক্লীব অঙাং নোংমায় "মরু ফংনা মাংহনবিগ্রো"
অচিক তানকম য়েং তত্তনা হঙ্গৎলুরে নোংবান্না।
মনাও ইবুংঙো চীঙখুবা নোংবান মাগী মন্নাদো
ফনা চান্না ওইরমু য়াফম থোক্কা ওইবনে
লৈপাক্কী কান্নবা মীনি' থোয়না পুক্লিং য়ানিংদে।
অয়ুক তালক অঙন্না নোংম কোয়ো নুমিত্তা
মমোম লাংলেন থোইবী মক্তা ইবেম্মা থাদোইনা
নান্না ফিশা কা চরৈ ফিবু শারিডৈ
মপাবুঙ ইবুংঙো মথংখন্না কেগে য়াঙ্গোন নিংথৌ
চীঙু নোংদম খোন্না মাগী ফিশা য়েংলরে।
মমোম ওইবী থাদোইনা মথংলেন মমানমচা খন্নগী
শারিবদি চরৈ ফি, তোপ তোপ্পদি ফিনিদো
কেগে মোইরাং লমদমদা থাইদৈ হেন্না ফি
কেগে ভাঙোই লমদমদা অতুক ফজদি য়াওদেদো
ময়েক মরাং স্নুরবা শাশা ভাশব চরৈনি
মনাও ইবুংঙো চীংখুব চরৈ ফিদু পাম্নংবাই

"ইপাগী ইবেম্মা থোইবী ইমোম লাংলেন স্নাহল
ইচাগী চৈ়র অসিদি ইপানা ওস্থোক্লা পামথরে
ইমোমগী চৈ়র ফি লৈপাক মাংদা লেল্লগে
উকায় ফাদং নংনবা থরা থুনা শাদোক্লো।"
অস্নুম্না য়াথং তাওথোক্লম্বা মথা অমুক তারমদ্রে।
মচা ইবেম্মগী নাক্তে থুনা অতুম লেংথোকখ্রে।
অতু আদা থুম্নবস্থু নংহৌদে করি অমত্তা
"মপাবুঙ স্না য়াথংস্থু ইন্নায় লাইনা লৌদ্রস্থু
হন্দক্কী ইয়োং খুৎহৌসি থংলেন মাগী তমথ্রবনি
থরা থুনা শাদোক্লা পাবুঙগী অনা শায়গে।"
থল্লতুনা থাদোই ওইবী চৈ়র তেনা কন্থরে।
ইন্নুং কোঙ্গাই তুংদনা কন্না হেকমক শারকপা
মতম চানা লোই থুমন মরানয়ায়দা থিল্লুবে।
কোয়ৌ অতুমা লেল্লগা মপাবুঙ চৈ়র হৌখরে।
চয়োন অমা ফারকপা নোংম খুংদাং বায়বম
মতম চাব তালক্ত অভাং নোংয়ায় থম্বা
মশানৌ থাদোই স্নাগী নীঙোল ইয়োং কাদা
থাঙ লৈকাহ কোইয়কপা কোইয়ৌ ইন্নুং চুপ্পহু
য়ারি য়াতাই শা মতম অতু লেলকই।
"তারিএ়া ইবেম্মা স্নাহল থুমন থম্বা হায়বতু
মোইরাং লাইরবস্থু ওইরবা কেগেদা লংজিনস্থু খংদবা
অতুবু করম ন্নুংশিরুবা নিংথোগী মচা ওইবীনা।"
"লাইজ ইনৌনা চাম শরিময়ায় চমথ্রবস্থু
অবাবা পুম্বা থাংজগে নিঙোল থম্মোই হোংজয়োই
ঙসি কোইয়ৌ ন্নুমিত্তা মতাং চাবনী থম্বী
নিঙোল পুকচেল থোবীবা ননাওনা হেন্না চিংনজ্জৈ!

পাখং ওইবা নগুংলাং খাইনা মৈশা রাই
নিঙোল য়ায়বী মাংবদি তরাইথোক্লি খনবী
গুজা ওইবী ননাওগী মতাং অতু ফাওবদা
রাব ফাউবা রাবিদবা ঙম্মীদোমাল্লে ইবুংঙো।"
"তশেং তাশেংবনি স্নাহল থবক থোদোক্লা হায়বনি
নপাবুং ইবুংঙো চীংখুবা মোইরাং মথং খন্বনা
অঙোম নোংবান শেলুংবৈ ফৈগ'ক ফৈনা লেপ্লী।
অঙোম লনগৈ মুংদৈ মরল-মথুম অরৈবা
কোরৌ মুংতি খুদিং মনাও ইবুংঙোদা কংলরি।
অচাম্বা মনায় ওইনা নোংবানবু নপাবুংনা খল্লি
খুমন ঐবু উবদি হন্না ফাওবা য়েংদ্রি!
থৌওং মতা অসিদা মমোম লাংলেন থোইবীবু
খম্বা ঐগী ওইরনি করম্না খলুবা য়ারিবগে?"
"মতু ফনা ওইরসু নিঙোল ঐদি হোংলরোইয়ে।
চিংনবা অত থ'দোকপীয়ো ননাও ঐগী লেপ্লীয়ো।
তাইবঙ পান্বা অসিদা থোইবীনা লৈত্রবা মতাংতু
খোম্লুমগী নোংদম খোল্লিদো মত ওইগ্রদি খঙদরে
কেগেদ থোইবীনা লৌরিভৈ মোইরাংদা থাদোইনা হিংলিভৈ
নিঙোল পুকচেল হোংবা ওইথোক্কে খঙবিয়ু ইবুংঙো।"
"খুমন ঐগীদি লেংফদা নিঙোল ওইবীগী লেপ্লী!
থোংক্ষম অসি লৌরিক্তে খাইনা মৈশা খাংবদা
থম্মোইনা রাব খঙদ্রিক্তে মুরা ওইবীগী পুকচেল
হোংদোবা লৈরদি লৈরাংও! থুপ্না মীনম্বদি তৌরনু।
মাংদা অমা হায়রা তুংদা অমা ওইরদি
নিঙোল পুকচেল লেপ্তবনা পাখং পুক্লিং লাংতক্লা
চিংনবা কোঙ্গাই পোক থম্মোইসি ইরাক্লদোরি স্নাহল।"

নোংখোং শেংবা অহিংগী মালং ইপোম মরক্তা
তনিক থোকপা থরাগ্নিচাক্না নোংদোল থক্তা ভাল্লিদ্রৈ
লোইদাম থাজ মাইঙোবা ইনুং থোদা লৌবদি
থাজ মঙান অতুনা মালেম থক্ত কুম
পাংয়োং মপা লাক্না তরু তরু লিংশিল্লক
থাদোয় মায়থোং অতুদা ঙহাক পুঙ্গোই ভারে।
মশাবী ইবুংঙো খম্বগী চিংনা রাহৈ খোনকম
তাকরগা নিঙোল ওইবা নিংশ্না লকা নিংথিবী
মথংলেন মমান মচাদা নুরা অপাননা লৈশিলক্লে
"মতুগী রাহং অতুদি হংবিদো মতাং হেনখ্রে।
নুংশিবা হায়ব অসি লাইর অনংদমু পিফেনা
ননাঙ ওইবীগী থম্মোইসে ঙসিদগী ওইবা নংচদে।
থমংখোংগী খোংজিন্দ খোয়ুম লাইনা পলেপ ওই
পাখং ওইবা নক্কাদা নুংশি শরি শোনখিবা
থাজ মশিং য়ান্নগা চাং কুমজা ওল্লগা
মৈনা ঈশিংনা চামথোকপা থাংনা তেম্না ককথংপা
মতু য়াব নত্তেদা মাংহন ফবা ওইদেদা।
মসি পুম্বা অসিনু মাঞ্জ নংনা চিংনবোই!
অমুকসু হন্না শোঞ্জরি থম্মোই ভিংনা রাশক্লি!
মপোক লাংওন অসিদি ইশাবী নংগী নশাইগোল
থংলেন নংগী নরালয়ায় পুন্সি চুপ্পা লৈজগে
নকুম থুপ্পা হিংজগে পুকচেল অনি লোংজরোই
চাঙু থাংজীঙনা খংসনু খোয়ুম লাইনা পল্লেপ্পীসনু!"
মশানৌ ইবেম্মা থাদোইগী নুংশি য়ারা খোঞ্জেলহু
থম্মোই শেংনা হায়রকপা খম্বা থাজদ ঙমখিদে।
"তৌথোরক থবক থৌওংনা চুম্বী লাল্লি থাইবনে

থবক্লা পাংথোকপা উবা চিনগী পংথৈ লেপ্লনে।
মতম্না শকওং হোংহল্লি তোরৈ মাগী তুংইনশে।
য়াঙ্গেন তোলোই য়েংনসে লাইগী বারেপ হংনসি!
থম্মোই চেৎপ কনানো! কনানা হেন্না খাঙঙম্বা
রাশক পন্দোন লোম্নসে! ভাইবঙ থৌদা পাংথোক্নসে।"
নিংগোল পাখং অনিদো অয়েপ্প। রাশক থন্নখি।
শাবী শানৌ অনিনা বারি রাতায় শ।
ইনুং চুপ্পা লেল্লকপা শজিক থবা থোরক্নে।
তু উবক মতমদা খোইমু শাখপ রাইখয়ে।

(২)

ইনুং স্বরা ভাল্ল কেগে লৈরাং থোইবীনা
ফিশা ফান্দা ফম চরৈ অতু য়েংলুর
অরাবা শকফম অমনা মনাই শেমুদা ওনশিল্লকই
"চরৈ ফিসিবু করম্নো উকায় নংলোই অচাম্বী
ভুম্নি ফিশা বাৎতোরি কদাইদা কবম হৌথ্রিবনো
নংনা লংচাক চাক্রবনরা এৈনা তেনা য়াংলবনবা?"
মবেম্মগী রাফম অতু ভপ্পা পাটখুম পীনকই
"খুমন প্লঙদ লেঙ চরৈ থিন্না মুমিত্তু
লং লৌহোবা নংদ ফি হোবা লেপ্লেদো
ইমা ইবেম্মা তোম্বীনা মপাম কুম্বা মুমিতুমু
তানফম অমা চাহোদে মী লৈতে হায়
এৈনা তুং ইল্লুবা নুংদাং অতু শাদয়ে
ভরাং কোরৌ চুপ্পত্নুমা ইবুংঙোতোন মেল্লৈলাংবগা
বারি বাখোং শাবনা কাপ ফানা শাদরে।
থিবু খিজল্লুরদি শোইদা লোইনা ইরৈ লৈরম্মি।"

মচা ইবেম্মা থোইবী মাইথোং লকা মক্লেদো
মপা ইবুংঙো চিংখুবনা করি হায়রক্তুগে খম্মদ
নিঙোল থবাই রাখরে থাদোই তৌফম খঙখিব্রে।
মনাই শেন্নু অচান্বীনা মখা অমুক তারকই –
"খিৎসু হাকমনথ্রবা গায়হুনি, নিনিদ কাংনা উদবা
তারা কাউবা চাবিদে হুগ্নি শুবা সুমিঙদি
শেন্নু নফি শেংলু পরপ পরপ তকশিনবি।
য়োরক্ক অসিদা কৈদোগে, হয়াওনা রারি মশাবিয়ু
কোচি ময়াম থাংজিন্না ইন্নুং কোঙ্গাই চুপ্পবু
য়েৎনহনা লৈবা অসিবু তাবা হৈবা তমজদরে!
করিস্ু য়েৎচদ্রবা ঐস্ু লংচাক চাকপা য়াদরে,
ফি শাবিরিবা ইবেম্মদি করি ওইবা হৌনরনি;
চরৈ তেমথেংসি উবদা পাবুঙনা করিস্ু পান্থিরোই!
হৌবু হৌনবরা আসবো অপাম সুংশি হায়সিবু
উবু উন্নদরে মচাক্নবা উনবু উন্নরে মখৎনবা!"
মনাই শেন্নু অচান্বীনা চবেং চবেং ঙাংলি।

( ৩ )

মহু নাদ হাপ্লমদে থওইনা থাদোয় তারমদে,
রাখলগী ঈরৈদা লৈশিন নীঙোল ওইবী ঈরাক্লিরিঙৈ,
ঈরা লৈরাং থোইবীনা তৌফম থংদ লৈরিঙৈ
মপাবুঙ ইবুংঙো চীংখুবা মমোম নাক্ত চঙক্লে
"ইমোম লাংলেন মাহল! লোইরবরা ইপাগী চরৈ?
হয়েং ইন্নুং ঙাল্লা কাংলা উক্রোং হোংদোনে
ইমোম্না শাবা চরৈহু ইপানা ইল্লুগে লাংলেনহন!
কদাই কদাই পুথোরক্লো! হন্দকী শারিসিনা করম্বনো?

ফজবা খরা বাংলিদো! ননাই শেম্না শাবরা ?"
থাদোই লৈরাং ওইবীদো মীকুপ মুক্তং ঙকচানৈ
পাইরক ফবি শিঙেলনে লকক্লনা শানা খুমকই—
"তাওবা হুইনা চংদুনা শেগাইরম্লে শিংকুপ শানা
লোইজরবা মতাং অদু অহান্নগী চরৈদু পাবুঙ!
ইপা ইবুংঙোগী খঙ্গ অনৌবা 'সিম শাজবনে
নমোম্না খুৎশা থুদবনা লোইদৌ বাংলিনে অপোকপা।"
মোইরাং মথং খম্বদো মৈ হৌনা শাওখরে।
তুমিন্না চপ লেপ শুক্তোকুনা য়েংল মচাদ—
"ইয়োংদা তিংবা ফিবু তাউবা হুইনা চৌক্লবা!"
"পন্থৌগী শাজবা চয়েদু ইয়োং লাইজি কক,
পন্থৌদা কৎকে খন্ন তৌরাং ফক্তা থম্নবা,
নমোম ইরুজবা চৎখ্রিঙৈ তাউবা হুইনা শরাকতম
লোইনা শিংকুপ শানা চরৈ অদু শেগাইযম্লে।"
"ওন্থোকইদা ইপাগী ইমোম শেগাইবা চরৈদি কদাই ?"
"শেগাইবা চরৈদো অপোকপা, তিদাক ঙান্থক্তা লৈরম্বা
অচাকপা তিকিনা রায় লোইনা মৈ চাকখ্রে।"
"খাম্বী মৈনা চাকখ্রবা! উং অদুদি চরৈহল ?"
"উং অদু খোমজিল্ল শেন্নুনা খোংবান্দা হুন্দোকখ্রে।"
"ফরে ফরে অদুদি রাহৈদু অওইবা ওইরমদ্রবা
চরৈ ফি অদু কনা কনাগুম্বনা শিজিন্নবা
নপা ঐনা উরদি মরু ফাউবা থমোইকো!"
মমোম কাদা হায়বম্না বাঙ্গোল নিংথৌ লেঙথোকখ্রে।
"অচান্নী নংবুনে শেম্নু পন্থৌ ওইবা শাওখরে
ওন্থোকপা হায়দুনি মতৌসে থোইবী ঐগী লাইবকসে
অয়েৎপগী অয়েৎপ মরু থিনা মকসু তমমগ্রবোইকো।"

থাদোই মথায় রানা কোইরৌ সুমিৎ তুগদি
মনাই শেন্নুগা লোইনা লাইর মরালয়াইদা য়ৌরক্লে।
মশাবি নোংয়াম্ব খম্বদা রারোল পুম্বা তম্লখি।
মুরা মাগী খুদোল চরৈ ফিদি নিংথিবা
লৈপাক মীয়ামমাং ফোংনা ইম্বা য়ারোই খং
থাদোয় সনা খুৎনা মনাই শেম্ব লোয়না
কুরিং ওইনা তুথোক্লে ফিনুং থংনা লিৎনবা।
থৌরাং পুম্বা শেনলম্লা থাদোয় শঙ্গায় হলক্লে।

( ৪ )

লমলেন তেরা খোংশাংবী পাক্লা চাউবা লম্পাক্তা
কাক্কী শঙলেন শাখয়ে নিংথৌ মচিন মনাওগী
মোইরাং অঙম্বা খিবিকী পোথা শঙশাং শা
উকায় ফালং কাপ্পগী থৌরাং পুম্বা লোইখয়ে।
ইনুং স্বরা ডাল্লে কেগে মোইরাং লৈপাকী
অঙম অথৌ অপুম্বা লোইনা শুপ্পা তিল্লয়ে।
কেগে ডাঙোয় ফম্নাইবা মোইরাং কমদৌরোই পুম্বা
মাগী মাগী লৈজবা নিংথিবা চরৈ-ফিজেৎ লৈতেং
মানা ফিগা লোয়না পজেং কিরাল থেৎনা
চরৈ ফিজেৎ ফিদান্নগুম তিল্লরবা ডাক্কি ময়ামদো।
তারাও, চিরু, আইমোন, মরিং, চোথে,
অনান, নানফৌ, পুরুম, কোইরেং, কবুই, খোংজায়
চৌঙবুরোই চা পুম্বসু মরম খুন্দা থোকপা
মহৈ মরোং পুরক কেগে নিংথৌদা লাল্লরী।
মোইরাং নিংথৌ পুরিক্লাই তম্পাক্তা ফংবা পোৎলমশিং

চৌংগী খুল্লাকপা ময়ামদা মনা মথুম লানখি।
অরৈ অরৈবা পুথোক শেংনা খাইনা চামিন্নু
চৌংমী তম্মী অনিগী তংনদ লৈরকপা মরি
হয়াও মুণ্ডাও ফোংদোক্ল খাবুঙ ফাও লেনমিন্নৈ।
কাংলুপ কাংলুপ ওইবৈ ফিজেং লৈত্তেং শেং
জগোয় ঈশৈ উংলি অঙন্বা মহৈস্থু উংনরি।
থাং হান্নবনা কয়ানি, টা খোশারবনা কয়ানি।
লৈপাক খুঞ্জাও লৈচাউনবা থেংগোয়োন চোংলি।
অঙম অথৌ চং কাকী চিঙ্গাক থা
কাক তাম্বা থোরম পাংথোকলুবা পাও
নিংথৌ কাদা হুঙ্গংলৈ অক কত্ত খংহল্লে।
কেগে থোংলেন অথৌবা মোইরাং লাম্মী লুচিংবা
তেন অনি শং লৈপাক নিংথৌ তাইরে।
তেন অমা কাপ লমগী লাইস্থু তাইরে।
তেন মরি অমনা মাইকৈ ডাকপা লাই তাইরে।
পুরিক্লাই নিংথৌ লেংথোক নোংবান আখা কোংয়াম্বা
তেন তরুক শং নিংথৌ সনাখুত্তা কংলে।
নিংথৌনা উকায় কাপ্পদা হায়বা বারোল অহুদি
"লৈপাক পাম্বা ঐগী ইমান্নবা মখৈদি
শয়েং ইরুম থুপলবনে পাম্বোম ইখা থারবনে।"
নিংথৌ সনা খুংনা লিরি তেঙ্গা থোং
উকায় ফালং তম মথং মথং কাপ্পকপা
অঙোম নোংবাল শেল্লুংবা চেন্না তেন থুল্লুই
থুল্লুবা তেন অহু নিংথৌদা অমুক কংলে।
অঙম অথৌ অপুম্বা লোইনা শুপ্পা হয়াওরে।
কংলা উক্রোং হোংবৈ ইরাং থৌনি লোইরা

মোইরাং নিংথৌ পুরিরাইবা উকায় ফালং কাপ্পা
খুনথা লৈরোই মকোক মপু স্না পাম্বোম
নোংবান আথা কোংয়াম্বা তেন খুন্দুনা কৎশিল্লী।
মোইরাং মাইবা অহৈবনা নিংথৌনা কাপ্পা তেন
উকায়দা পাম্বা পান্দবা পানফম মথুন য়েং
অক ফত্তা চাংয়েং নিংথৌদ' হুঙ্গংলি।
মনাও ইবুংঙো মথংখম্বা চৌংখু নাহা তেনহৈবস্তু
ফংফম লাংদৈ লেঙখৎ উকায় কাপ্পা পোয়রে।
পানা পাম্বোম ওইরিবা অঙাং নোংয়ায় খম্বনা
তেন ভরুক শৎ সনা খুত্তা লানশিল্লী।
লিরি তেঙ্গা থোং মনাও ইবুংঙো তেনকাপ্নে!
খম্বনা থুনা চেন তেন খুল্লুরা চেল্লকপদি
মুংশিৎনা চরৈ ফি ইথং খংহৌদ হায়দোকপা
থোইবীগী খুদোল ফি কেগে মথংখম্বা উখরে।
মনাও ইবুংঙো মথংখম্বা কেগে বাঙ্গোল নিংথৌ
উকায় কাপ্পা মতাংদা অঙাং নোংয়ায় খম্বা
খুন্থক লৈরোই মকোক্না স্না থোগল তৌরববু
চিংখু নাহা তেনহৈবা মমোম্না শাখিবা চরৈদু
খুমম্না লিংলকপা উ মৈগুম হৌনা শাউরে।
"চৌংখুবা ঐগী ফিবু লমজা মানা লিংলকপা!
উশিত্তেদা খুমন মচাসে ঙসিদি মথবাই লোগেদো"
খল্লতনা বাঙ্গোল নিংথৌ লিক্লংদা থোংবা তেনস্তু
উকায় কালংদদি কাপ্তনা খম্বা তম্না কাপশিল্লে।
শাউবা মৈ হৌখিবা খম্বা হাৎকে লিং
মখুত্তা পায়বা তেনশিং নোংয়ায় মথক্সাক তম
মনম মনম কাপশিল্লকপা লৈপাক ইঙক ডক্লখি।

কেগে মথং খৈই তেনকাপ মওং উবদা
নোংয়ায় চপ লেপ্পা তেনশিং অহু হেন্দোকইন্দা
মথং মথং গুকই, অকোনবগী তেন অহুদি
অঙাং তোম্পোক শাজোবা খুৎনা তেন্দু ওক
খুকউদ থোংনা থুদল্লা লংথোকখি থাপনা মতেক্তু।
মনাও ইবুংঙো শাউবনা অমুকস্তু নমকাপ কাপশিল্লক্লে।
কেগে চাউবা নোংথোম্বা চোংশিন্দুনা চাংখুববু থাম্লে!
"করিগী মনাও ইবুংঙো ননাই হাংকে তৌরিবা?"
"চাংখুবা ঐগী তেনবু মখুদা থোংনা থুদেকপদি
করিগী অহুক উশিল্লে! মথরায় লোগে তৌবনী!"
"মনাও ইবুঙোদি করিনী উকায় অসিদ ওনশিনবীদ
ইমাক তম্না কাপলিবদি করি নুঙাইত লৈবিবনো?"
"ইচানা শাবা চরৈবু মাগুস্পনা লিংপা মতিক্লা!
নুঙাইবা নুঙাইতবা থিরুনু নমাক হাংকে তৌরিনি!"
চাউবা মোমোন তৌই অমুক ওথা ভারকই—
"মহুগী ওইরে মনাও ইবুংঙো মহু করি কায়বগে?
নমোম লাংলেন ইবেম্মা অমত্তা পোকপী থোইবীবু
নিংথৌ নচিন ননাওনা লৈপাক মীয়াম মাংদা
খুমন নোংয়ায় খন্বদা হয়াও হয়াও থাজখিবনি।
মশাবী অমুদোন নোংয়ায়না অঙম অথৌ তিন্নদা
অমোৎ অকায় শেৎলদি মপা মপল মিংচৎ থিনি
রাখল মুন্না থংবী নমোম লাংলেন থাদোয়না
চরৈ নিংথিবা শা মশাবী নোংয়ায় খন্বদা
শেৎনা ইন্নবা শেম চরৈ থুদোল তৌবদি
মহু তৌফম থোকপনি মহু শাউফম থোক্লনা!
নমোম লাংলেন স্নাইন্না শারিবা চরৈ ফিবুদি

মশাবী খম্বনা লিঙনা ক্ষনাবু লিংহন্নীগে নিংবিবনো ?”
“ইপু রাহু তানিংদ্রে ! ঐঙোন্দা মখা তায়কনু !”
য়াম্না শাওনা ঙাংলম্না মথংখন্না শঙ্গাইদা লেঙখরে।
মোইরাং চাউবা নোংথোম্বা মরোশিংনা ফম নাইবা
মমাক ইবুংঙো খম্ববু চেকশিন্না চংনবা তাকপীখি।
কেগে মোইরাং নিংথৌ ফম্ফম লাংদৈ লেঙথংলে।
ক্বাকশঙগী নোংপোক থংবদা খিল্লীবা ঈশায়ফু নাক্তা
মায়চৌ পুরেম্ননা চিং নিংথৌ স্নাখোঙ লেঙশিনলক্লে।
কেগে অমায় পুরেলনা ঈশায়ফু লাইজ মুংদা
সন্না কোনয়ায় থারে নিংথৌবুনা ঈশায়ফুদা মমি য়েংহল্লী
চীঙ খোয়ুম লাইদা নিংথৌ পুন্সি নিহল্লী।
থৌরম অতু লোইরা স্নাকোন্নুংদা লেঙশিনখি।
খুমন তোম্পোক শাজৌবা মথরাই কয়া ঈঙাইখিদে
“ওস্থোকপনিদা থৌদোক অসে কয়স্বা চীঙগী নোংদমখোন্নো
ফিরোল মখা থারকপনিকো কমদৌনা মকস্থু থংখিবা
মালং শউম্না হুম্বদা শোইদনা উখি ওইরমনি”
খল্লহ্না অঙাং খম্বা মরু নৈদা লুকনা
খুমন মরাল য়ায় চেঙ্গৈ য়োনবা কুমথরে।
মীনম্বা হায়সে ফত্তেকো ঙাংহৈদা য়াবা খোনফম্নি
ঙহাক্বী ঙয়বা মীনম্বা তুংগী ফত্তা ওইরকই,
তুংদ মীনমগে খল্লুবা মাংদা ফত্তবা মওইদো,
ঙাংগে মকস্থু খনফদে, হাইগে মকস্থু নিংফদে !
মীনম্বা হায়বা বাহৈসে থাপ্পা লাপ্পা হুন্দোকখো
চীঙ পোংদ য়েংলগা নামুঙব হায়হু থোকপানি
তাইবঙ মীরম লেন্দনা তুংদা মীনা থাজদে।

—☆—

# লৌশিং

চিংলেন নোংদাই নিংথৌ তাইবং থরাম্বু শেল্লীবা
থোংনাং লাইচা খোম্বা শিংলেন লৈচা হকপা
উরেল উথা নিংথৌ উথা লাংগা ফাবা
রাংবা নিংথৌ পিরেবা, খাকপা নিংথৌ পাঙ্গুম্বা
মালেম চিথেক ম'রা পোইরৈ মাইকৈ নিপাল
শুংদায় তারা তরুক শিংথাত ৬১ মকপু কোন্না ঙাক্লিবা
চীঙু খোয়ুম লাইয়িংথৌ, মরু নোংশাবা লাইনা
মশানৌ খোইমোম লাইরৈমা লোইদাম থাগুম নিংথিবী
থোংনাং লাইচা খোম্বী শিংলেন লৈচা হকপী
চিংলেন নোংদায় লৈমা নোংচুপ কোংয়াং ভম্বী
সনা কজেংলৈ কেংকংথাম্বী মশানৌ লাইরৈদা য়েং
কেগে মোইরাং কংলৈরোল' বারি শিংবুল লিরক্লী।
কৌব্রু চীঙগী চীঙদোন্দা মঙাং লুরাং খুমন
খোয়ুম লাইনিংহল অহুন্না য়ুঙ্গা থুঙতম শা
তাইবঙ শেম্বা মপুবু থম্মোয় চুংদা শাল্লিজৈ
শকউ-শা উদবা তেংবানবৈ মপু ইবুংঙোনা
কোয়ৌ নোংদোল থক্তে থৌজাল মঙাল উং
নমু তাইবঙ মীওইগী অহকপা পথাপ কয়।
মরু অহুম নাকোংদা খোঞ্জেল ওইনা তাংনাখ।
নমু তাইবঙ মীগা চাহ চা-মঙা শম্মখিবা
লুরাং মরু শিদবা সুংবাল লাইনিংহল লৌশিংবনা
শিদবা মপুগী ময়াথ চু হোংনেময়ায় খুঞ্জাও নাওথিংখোংনে
মী মচং অহেম্বশিংদা মথং মথং তাকখিবা
অরংবা মরাহৈ অখুম্ববু কেগে নোংথোল লৌশিংবনা

মমাক ইবুংঙো থম্বদা লৌশিং কাংখুল লিম্লক্লী।

## ( নোংথোলগা থম্বগা ঙাংনবা )

উকায় ফালং কাপ্পগী তয়ানিপান পাম্বা শগোলশেল
কেগে চাউবা নোংথোল মোইরাং লৌশিং ফম্নাইবা
নোংয়ায় মরাল য়ায় ইন্নুং ঙাল্লা লাকলে।
য়ুমজাও মাঙ্গোল ফম্লেলদা তাউরাং থক্তা ফম
থম্নু পোঞ্জেল লাইরবীনা থোৌরাং তৌনা লানশিল্লকপা
হিদাক কাংনৈ থু মমাক ইবুংঙো থম্বগা
তুংগী পোয়ম য়েং রারি রাখোং শানরি।
থুমন নোংয়ায় থম্বা পাঙ্গল ফবা পাখংদো
অহল মতম ওইরবা কেগে চাউবা লুরাংশু
মোইরাং লৌশিং ফম্নাইবৈ নিংথিবা পাউতাক তারি।

## নোংথোল

## ( ১ )

"কেগে আথা কোংয়াম্বা মবুক লুবা নাহানি
চরৈ ফিশেং শেৎ মাইবী তম্না চংশিন্না
থুমন থম্বা নহাকপু ইকোপ কাওদা থাজিন
নমতুনা য়ায়বী লৌহনগে থোৌরাং পায়বা হৌথি!
মনাও ইবুংঙো চীংথুবা মোইরাং মথং থম্বসু
তেঞ্জিন লু তৈবা থুমন তম্না কাপ
নংবু য়ায়বী লৌনবা থুৎলাই থাবা হৌরক্রে;
অঙাং নোংয়ায় থম্বা পুকচেল ইতিং তিংনা
ইতাও তাওনা লৈথোকপা মতম অদু ওইদরে!

কল্লক মীহৌনা কয়ানি মাংহন তাকহল্লীংসু কোঙ্গায়নি
ইতিং তিংনা লৈবদি মতাং অসি য়াদেদো!"

খম্বা
( অহানবা য়াহং )

( ২ )

"পন্থৌ শকপা অওম্বা কেগেদা কনা লৈতবা
গোইবাং মরি উদ্রবা লম্মজা শাবা এইবনি।
পুন্সি খোংজেল অসি থেংনদোবা লানকম কযাদা
করম্না খোংথাং থাংবা করম্না মায পাকপা
তাকপীবা য়াবা অপুম্বা পুক্নিং লৌশিং ওইজগে
রাখল থেনবা নাম্নানি পীবিবা পাউতাক পুম্বা
থম্মোয় লাম্নুম নুংদা পোবোন লোন থমজগে!
পুন্সি তাংকক খুদং খুৎলাই ওইনা শিজিন্নজগে!
অশেংবা ঈরলানি লৌজগে লৌশিংগী পাঙ্গল ওইজগে!
তাকপীমু মমল য়াম্বা নিংথিবা অশেংবা পাওতাক!"

নোংথোল
(পাওখুম)

( ৩ )

"নরলনা চিঙওুম পৈবদি মাচং রাৎপা লৈগে।
মরল লৈনা বানাবা অয়াম্বা অচুম্বা ওনেওমই।
লাইরবৈ মরুপ লৈতে পিনা মাগী মরুপী।
লাইর চুদংনবা মীগী তোথোরকপা থবক কয়া
কনানসু থওই উশিত্তে তৌনানিং মায়শংবৈ।

ফনা চুম্বা ওইবস্তু অরান্না মশক ওন্থোকই !
মুণ্ডগা য়েরুমগা কাউনবা কৈগা য়েনগা থেংনবা
য়েনগী য়েরুম চামনা শুংবী তমা কাইগুমদে।
য়েম্বা চামা পুল্লস্তু পাম্বা মতু শোকগুমদে।
লাইরা ইনাকখুন হায়সে লোক্তাক লাংখোং খেন্নবনি !

( ৪ )

নংগা লাম্বা পাৱিবা নোংবান আথা কোংয়ান্না
মরলনা চাঙগুম পৈবনি মপানা অঙোম নিংথোনি।
উকায় ফালং মুমিত্তা নংগী থবাক তম
তেনগী তেনকাপ কুংখিবা শম্মু মাকোক অদে
কেগে মোইরাং লমদমগী কংলা যুম্বরেল ভমথংনি।
অমুদোন নোংয়ায় শাজোবা নশা য়াম্না চেকশন্নু !
লৈপাক থোদা য়াবা নংস্তু শকক য়ারেদো
নভিক চাদে খনফদে নশা ইৎপা ভস্বতায়
মুপা ওইবা হায়বসে পাম্বা কৈগুম থোদোনি !
থোঙ্গাল বাংমা লানবদি শাকম লানফম চংবনি !

( ৫ )

পলেম পঙ্খো হায়সি মিৎনা উবা লাইনি।
মখোয়দৈ হেম্বা কনাস্তু মালেম আসদা লৈতে !
খুমন নোংয়ায় খম্বা পলেম পঙ্খো লৈতরে
নংগী হায়বা অসি নচেম খম্নুনা লোইরে !
খরায় থোঙ্গাল লান থোরম চংপা তারদি
লাইরবী নচেম অসিবু পলেম পঙ্খোশরু খুরুম্মু !

নচেমগী য়াথং ফংদগা নখোং থাংনা চৎলু !
খরাম্ন থোঙ্গাল লাল্লকপা নাংদা পঙ্খৌনা ভাক্লী
তুংদা পলেম্না কোল্লী যেক্লবনা ঐবু শোকফরোষ্ট
পুক্লিং অসি থম নংগোং খাংবা হৌদৌনি !

( ৬ )

য়েক্লা লৈবা নাংদৈদা চন্না যাদ থোক্লদি
ইমাগী পিবুক নুং পলেমগী নাওয়োম লুভদা
মচা ঐনা লৈরি য়েক্লা লাংদা পুথদে
খুৎশু-খুৎলাইনা শোকফদে ইতু নাম্ন তেকফদে
য়েক্লা খিবিক লাকশিল্লবনে শিদবা মপুগী য়াথংনি।
চৎকদবা মফম অসিদৈ য়োগদবা মফমতু ফাও
য়েক্লা তিস্থং শেংদোক্লনি লাং পুম্বা কায়রবানি খঞ্জনি।
লমলেমদৈ খোঙ থাং মফমতু তান্না চৎকনি।
নশা কল্লবা খুৎলাই পিকপা চাউবা খংদে
মুপা ওইবা খুদিংদি মসি থাবা য়াদে।

( ৭ )

কেগে মোইরাং লৈপাক্লা চাউবা নোংথোন কোনা
লৈপাক নিংথৌনা খংবিরিবা মীশক অমা ওহারসে
লুওাং মুংবাল নোংলেনহন্না মশানৌ তালোই নোংলৈমগী
মপারি তরেৎ পোকপে খোমদোন অতোম্বনি ঐহাকসে।
পঙৌ নৌনা কায়নখি পলেম্না ঐখোয়বু নাওকোল্লী।
ইয়াম্বা তরুক অতু ঐভোন্দে রাং-চাউবা হেল্লি।
ইখৌনা লৈবৈ হায়রদি ঐ মখোয়দৈ তাদে।
ইয়াম্বা তরুক অদুদি হমাগী থোয়না খল্লমদে।

ঐদি মতু ওইখিদে নুংশিরবী ইমা মাবু
মিৎনা উবা লাইনি ঐনা পুক্নিং লেপচখি।

( ৮ )

ইমাগী য়াথং লৌদা থোঙ্গাল লান্না চৎথোক্তে।
ঐনা চথোক থুদিং য়ুমদা পুরক পোৎলমশিংদৈ
ইমাগী হান্না তমই মসি ঐদি কায়রমদে।
পলেম ইমা মহাক্না তরা চাক চাদ্রিডৈ
ঐনা হান্না চাবদি কৈদৌডৈদা তৌখিদে।
থা তরা নাউপু ইমা মানা পোকপীবনি।
পলেমগী খোম্লাং থক চাউবা লেপতন ফারকপনি
পলেম ইমাগী নঙ্গন্দা ঐগী নাউশুম ওইরকপনি।
খোয়ুম লাই হায়বদো ইমা মানি অশেংবা
মসি ঐগী অরেপ্পা থমজরিবা রাখলনি!

( ৯ )

তাইবঙ মীওই কয়ানা ইমাবু থিনা ভাংনরস্তু
পলেম ওইবী মহাক্না ঐডোন্দা কয়া লানথুস্তু
ইমা মাগী মফমদা মিৎনা কন্না য়েংখিদে।
নপা থোংলেন অথোবা কেগে লালোই তাদ্বগা
নুংবাল লালোই তরেংকা হুয়েন লান শিংবডৈ
পলেমগী য়াথং লৌরা ঐনা হান্না থেংনৈ।
নপা থোংলেন্না ডম ঐগী থাং তাখিবা
মথুত্তা পায়বা থাংনা ঐগী য়ায়বী লৌখিদে।
"হায় লুরাং লালোইতোন কোন্না য়ায়বী লৌগে!
নয়াম্বা তরুক অসিগী লুরেল হান্না ককখিগে!"

( ১০ )

অকন্না খোল্লাও লোইনা "হন্দোকখ্রো !" লাউরকখি।
মহাক য়াম্না থুনমক অকন্না তরুক্কা থেংনখ্রে।
খংহৌদে খুদক অতুদা ইমানা ঐবু কৌরকখি।
ইমাগী খোঞ্জেল তাবদা থোংলেনগী লোইনবা ময়াম্না
পলেমবু অৱাবা পিরব্রা খল্লকই ঐগী পুক্নিংদা।
পম্বা অমুক তৌরমদ্রে, য়ুমদা থুনা চেল্লকই
ইমাদি করিস্থ তৌরমদ্রে, "ইমানা ঐবু কৌবিব্রা ?"
ৱাহং অসিমক হংখি অপোকপী মাগী মফমদা।
"ঐহাক নংবু কৌদে নহাক লাকপা ফরে
থোংলেনগা নংগা থেংনবা নহাকী মায় পাক্রোই !"

( ১১ )

"নহাক থুনমক চৎপ্ল মোইরাং নিংথৌদা চংজৌ
নহাকপু কনবীবা ওস্বা মফমদুদা শোইদা ফংগনি !"
পলেমগী য়াথং পু কেগেদা ঐহাক লাকখি,
নপা ইবুংঙো পুরেম্বনা ঐগী য়ায়বী কনাখ,
ঐখোয় অহুম্মক নুংশিননা চাম্নব মরুপ শান্নখি।
মতম অতুদা হান্নখি নপা থোংলেন্না ঐঙোন্দা
"ইতাও ইবুংঙো চাউবা নহাকা শোক্না লানফমদা
নংগী য়ায়বী লৌনবা খুংশু থাংলেন হায়গৎপা।
ইতাও নংগী নমাংদা ঐবু পোকপী পলেম্না
মথুং থন্না লেপ্পা ঐগী মিৎতা উখি !"

( ১২ )

"মজুনা মরম ওইদুনা খুংলাই থাবা ঙমখিদে

নংবু চংলো হায়। ঐনা নংবু ভানখিবনি!
খুদক্তুদা ঐনা খংখি নংবু হাৎপা ভয়রোই!
থোংলেন ঐগী ইফমদা নংনা ফনা লাল্লবসু
মঙোন্দা খুৎলাই থাংবোই মসি ঐনা য়াশল্লবনি!"
লাম্বা লৈতনা কল্লবা থোংলেন লাল্লোই তাম্বনা
ঐবু হাৎপা ঙমখিদবা তেংবাংবা মপুনা কনবিখিবা
মতু অতৈনা নত্তে ইমাবু ঐনা নিংজবা
ইমাগী পেম্নবা হোৎনজখিবা মতুগী থৌজাল ফংজবনি।
পালেম্সু লাইনি নিংজখিবা মতুনা মায় পাকপনি।

( ১৩ )

তুংগী লেমহৌবা পুন্সিদা ইমাবু ঐনা কোংখি।
মাগী পেন্নবা হোৎনজখি, ইমাগী অয়োইবা মতম লাকপদা
পলেম্মা ঐঙোন্দা হায়বিখি "নহাক লেন্না মাংগল্লু?"
ইমাগী অশেংবা য়াথং অরেম্বদা শক খাংখিদে
যুবালাগী চেংগৈ পান্না পুন্সি য়ানা লেনখিবা
ঙসি কোয়ৌ নোংদি কেগে মোইরাং লমনমদা
কংলা ফমদোয়োইশিংগী কোক্লেন নোংখোল শুই
খুঙায় য়ায়বী মরাংকায় হান্নবা হুম্মা পাপ,
পোকপা মহে য়াল ফজেং ফিরাল থেংলেদো,
ইমাগী থৌজাল ফংবনা মপুনা ঐবু শেম্বীবনি!

( ১৪ )

খুমন নোংয়ায় থম্বা! মমা মপা শেইববু
লুনা চান্না তৌদবা অতুগুম্বা মচাশিংদ
কাংথ থাং ওই মাংখিবা ভাক্রী থংউ!

নোংমায় নংগী হায়ববু লাইরবী নচেম অসিনা
নমা নপ্যা শরুবনি ! নংগী নথৌদাং খুদিংদা
নচেম য়াথং লৌর নথৌ পাংবা চৎলদি
য়েরু খুত্তা তারম্নু য়ায়বী মক্তি মাংলোই !
নচেম মাগী মনাক্তা হিংনা হল্লকপা ঙমগনি।
নচেম য়াথং ঙাক্লদি নহাক লেম্না মাংলোই।
থাজো অদোন খম্বা হায়রিসি চেৎনা থাজো।

## খম্বা

( অনিশুবা য়াহং )

( ১ )

কেগে পোইরৈ লমদমদা মণ্ডাল নাইরবা লৌশিংবা
পম্বৌ শকপা অঙম্বা অঙাং নরা ওইবনা
পুন্সি খোংজেল অসিদা চান্নবা, য়েরুবা, কনা
ঐদি করিম্নু থংজদে তাকপীয়ু অপঙবা ঐঙোন্দা
ঐগী য়েরুবা হায়বা তাইবঙদা কনা লৈবগে ?
ইশা ইদোম চেকশিন্নবা পুকচেল তিং তাকপীয়ু ?
তাইবঙ মীওইপোক অসি করম্না মহৈ য়ান্দগে ?
ইশানা ইশাবু শেন্নবা করিনা পাম্বৈ ওইদগে ?
য়েক্তা মথল ময়ামদৈ ইশাবু করম কন্দগে ?
মখোয়বু করম লোইনবা মথোয়বু করম লাকশিন্না ?

# নোংথোল
## (পাওখুম)

## ( ২ )

খুমন অদোর থম্বা নহাক মুন্না তাউ !
তাইবঙ মীওই ঐখোয়গী য়েক্লা মখল য়াম্মী।
মখল ময়ামদু মুংদৈ অছুম অসিনা অথোইবনি—
(১) ইশাগা লোয়না লৈবা শকউ-শাউদবা য়েক্লবা,
(২) লয়ক লমহাং লৈবা মশক উদ য়েক্লবা,
(৩) মীনুংশি থংদ মী শাগী লিচৎ চৎপা মী।
কৈ নোংশা শওম ঈশিং নুংশিৎ য়ুহা অকন্বা
মহিক মতাং ভীন-কাং হকচাং লাইনা পোকপা
তাইবঙ মীৎনা উবা য়েক্লা মখল কয়াসিনা
মীওইবৈ পুন্সি অসি মতম চাদনা কেমহল্লী !

## ( ৩ )

### ( ইশাদা লোইনবা )

অপাম মীহৌ লাং, অশাউ মীকা লাং
কল্লক থম্বন লাং, পেন্দা চিন্নাইদা লাং
চাউথোক নাপল লাং, লাংলোন মঙা অসি
ঐখোয় ঐখোয়গী ইশাদা লোইনরিবা য়েক্ল লাংনি।
ইশা ইশাদা লোইনরিবা শকউ-শা-উদবা
য়েক্ল লাং মঙাসিদা চংনা লাংথুবা থোক্লদি
লাং কায়বা ডমদা পুন্সি অবাকমদা তাংল্লী !
চেকশিল্লু পুরেম্বগী মচা লাং মঙাসি শিজিন্নরন্নু।

তেংবানবা মপুদা কথোকখো ! পুন্সি সুভাই পানগনি।
লাং মঙা লাকশিন্নবা পোকপা মহৈ য়াম্বনি।

( ৪ )

( লম্লক লমহাংগী য়েরুবা )

মথান্তা সুভাইত ওইদৈ নিংবা কাইবা কয়াদৈ
মদোম য়ায়বী মাংজবা ভাইবঙ মীগী থবায়
খুৎশু খুৎলাই কয়াদা মীনা হাৎনা শিখিবা
মৈদা ঈশিংদা শাদা, চাংদা মান্দা লমহাংদা
মকম খংদ উদ, য়ায়বী মাংখিবা কয়াগী
থবায় য়ায়বী অতুদি লান্না ওমদা য়ায়বীনি
লমহাং ফুহাং উমং, খোংবান লুক্লাং কয়াদা
কোয়পাই পাইনা লৈ মচিঙ্গাক চাবা ফংদা
মী কত্ত' কয়ানস্থ মখোয়বু ফা শিজিন্নে
মীগী য়ুমদা থাজিন ওৎপা নৈবা তৌহল্লি !

( ৫ )

লান্দবা থবায়শিং অসিনা খুদোং চাবা ফংবদা
ভাইবঙ মীদা তোংশিন অবা অনা তাহল্লি
অভাও অফৈ চুহল্লি শিবা ফাওবা য়াওহল্লি।
অথং অহৈ অমায়বা' মচিঙ্গাক পিরা তাল্লি।
অশিগুম্বা থবায় অমাংবা শকউ-শা-উদবৈ
নশাবু কনগে হায়রদি থবায়বু ভাকে হায়রদি
চারগা চায়, থকঅগা থকই, উরগা উই
মিনম শোরি য়াউদনা অশেং অশেংবা ভাংগনি !

অচুম্বা লিচং চংপা অশেংবা বা ভাংবা
নমু তাইবঙ মীওইদদি মখোয়না অরা পীওমদে।

## ( ৬ )

## ( মী-শা )

খমুগী মৌপা শাজো! নহাক মুন্না তাউ!
তাইবঙ মীওই এখোয়গী খায়দে শাথিবা য়েরুবদি
নমু তাইবঙ মীনি য়েরু পুম্নমক্কী মকোক্কী।
মীনা মী মাংহল্লী! মীনা মী হাংলি!
খায়দে চান্নবা মরূপ-শা নংগী য়ায়বী লৌওমই!
তমথিবা য়েক্লা ওই নংগী লুরেন ককওমই!
মীহাংপা মীবু খায়না "চুরাম্বাবা" হায়না কৌই।
চুরাম্বাবে শক্তম লৌখ্রবা তাইবঙ মীওই অদুদি
মী-শা মথল অমনি! থৌজাল, ভাকপীহৈবা, মুংশবা
থোইদিং মরূগী শরুক মাগী থম্মোয়দা চেংদবনি!

## ( ৭ )

মীগী খুংনেক্তা নত্রা মশাগী অপাম্বা থৌরাংদা
চুরাম্বাধনা মী হাংলি মসি তাইবঙদা খোক্লি!
তাইবঙ মী ওইরম্ব মতু পান্দবা শা কৌনৈ!
মঙোন্দা অচুম অরান, থম্বনবা ময়ায় লৈত্রে
লৌশিং লৈবা মীনা মখোয়বু অম্মা চাংদম্নে
"মী অপওবা লালওইনৈ, উ অকংবা শাংওইনৈ।"
কৈ নোংশা লিন শওম মীফত্তা কাংলুপ অমান।
শাউরদি হেন্না শাথিবনি থৌজাল ভাকপীবা লৈত্তে।

ফত্তবশিং অসিদৈ নশাবু কনগে হায়রদি
থাং-তা শরিৎ-শরাৎ নিংথিনা হৈবা তায়

( ৮ )

লৌশিংনা পাঙ্গল ওইরবা নংগী য়ায়বী কনঙমনি।
চুরাম্থাবদৈ কম্নবা পাম্থৈ, মরু ওইবা হিবম্দি
উম্নদ, ঙাংনদ, তিন্নদ, শম্নদ মসিনা অথোইবনি।
থুমন নোংয়াথ থম্বা অকল্বা নংবু তারিব্রা!
লৌশিং মৈরা থাঙ্গৎলু লৌশিংনা থম্মোয়দু ঙানহল্লু।
নতিক নথোনা লৈরবা! লৌশিং য়াম্না তানশিল্লু
লৌশিংনা নংগী পাম্বৈনি লৌশিংনা নংগী পাঙ্গলনি।
লৌশিং শিজিন্নবা হৈববু লাইশু খংবা কৌএ।
অপংবা শাবু লাকশিন্দনী লৌশিংগী পাঙ্গলতনা ঙম্বনি।
লৌশিং তানশিম্বা লেপকন্নু! লাইশু নিংথিনা খংউ!

## থম্বা

( অহুমশুবা খাগং )

( ১ )

লৌশিং চাউবা ফম্নাইবা! অহল ইবুংঙো য়াযফবা!
অশেংবা অথুম্বা নরাহৈ! ঐগী থম্মোয়দা হাপচিঙ্গবী!
থুম্নবা নরাহৈ অদুনা ঐবু অঙকপা পোকহল্লে!
তৌয়না ঐঙোন্দা পল্লিবা মপু হায়দু কনানো?
কদাইদা মহাক লৈবগে করম্না মহাক উদগে?
করম্না মহাকপু নিংনি করম্না মহাকপু শোননি?

পরিং পথাপ অচুম্বা শাজং লিচৎ অয়েঙ্গা
তাইবঙ মীওই ঐখোয়না থংকম্ন উফম খোকপা
পুন্নমক অহু অশেংবা তাকপীয়ু নবা ঐঙোন্দা!
ঐগী ঙমজবা খরদংনা মপু মাবু নিংজগে?

## নোংখোল

### (পাউখুম)

### ( ২ )

হে! অখোবা পাখং! শাগৈগী মৈতাল আম্বাবা!
মীওইবগী মিৎনা উরিবা তাইবঙ মিৎনা উদবা
থরায় পাম্বা পান্দবা, লেংলি পাল্লি পুন্নমকপু
পোকপী শেম্বী শাবিবহু ঐনা পল্লিবা মপুহুনি।
তাইবঙ মীওই কনানম্নু মশক মওং হায়ঙমদে
অয়েঙ্গা শক্তমসিনী হায়বা, খংবা উবা ঙমদে।
মহাক কদাইদা লৈবগে কনানম্নু হায় ঙমদে।
নুমীৎ-থা থরাম্নীচাক শজিক থবা খোংজোমনুবী
ঙমখৈ লৈতা চাউরিবা তাইবঙ মালং পানসিগী
লেংলি পাল্লি পুন্নমক মপু মানা শেম্বনি।

### ( ৩ )

পুন্নমক অসি মহাক্কীনি পুন্নমক্কী মপু মহাক্কী।
মী ওইনম্নু পোক্কে শা-উচেক ওইনম্নু পোক্কে।
পোকপা শিবৈ রাংমদ মপু মহাক্কী লৈ।
মফমসিদ লৈ হায়বা কনানম্নু তং-তাবা খংদে।
অহুবু হায়জবা পুম্বা অনকপা অমাম্বা লৈতনা

মীকুপ খুদক অতুদা মপু মহাক্কা তাবি !
মহাক্কী অঙকপা মতৌদ লৌশিং লৈবনা থাজন্নি ।
তেংবান্বা মপু মহাক্কী পুন্নমকপু শেম্বারিবা মপুনি
য়েৌঙমদা মফম পুন্নমক শিন্বা থুংনা লৈ ।
খংদ উদ লৈতবা অয়োম্বা পুন্নমক খংবনি ।

( ৪ )

মীওইবৈ র্ম ৎনা উদবা রাখলনা লাম্বা ফংদবা
অরেপ্পা মফমদা লৈরা পুন্নমক্কা হায়জবা তাবিবনি ।
রাখল্লোন অসি থাজবা কাঙলুপ কয়া লৈরি ।
তাইবঙ মীওইনা পোকই হন্না হন্না পোকই
ফত্তববু মাংহন তাকহন অফববু শেমগং শাগৎনবা ।
চক চক খুদিংদা মালেম যাইফনবা পোক্লে ।
নিংথিবা শক্তম-শা ইরাং থৌনি তৌনরি ।
ঙুঙবু উবু চেবু তাইবঙশেম্বা মপুনি খন
হৈকং লৈকং তম চেৎনা থাজনা খুরুম্নরি !
থাজবগী মখা পোল্লী থাজবনা লান্নে হায়তুনি ।

( ৫ )

হে থৌনাফরবা খুমন ! মসিমসু নহাক খংউ !
তাইবঙ মীওই পুন্নমক তেংবানবা মপুগী থৌজান্দ
মী ওইনা পোক্লরিবনি মসি শোইফদ্রবা রাফম্নি ।
মপু মানা শেম্বা পরিং পথাপ অমদা
নমু তাইবঙ মীওইনা হিংলি চংলি লৈরি ।
মপুগী পথাপ রাংমদা কনানসু চৎপা ঙমদে ।

মীকুপ খুদিং নিংশা, হোন্দোক-হোঞ্জিল তৌরি।
মবুক লাম্নক মতম চীঙ্গাক্না মবুক থলহল্লী।
অহাওবা চানিং মতম অহাওবনা পুক পেলহল্লী।
চানিং থক্লিং পোকহল্লী অপাম মুংশি খংহল্লী।

( ৬ )

অরা আনা থেংনহল্লী ইকায় ইকি পোকহল্লী।
চাবা থকপা তুম্বা পরিং পথাপ নাইহল্লী।
নুংখিলদা মম্নিৎ শিংলসু মুমিদাং ওইবা তুম্নিংহল্লী।
অরাম খোয়াং পোকহল্লী চানিং থক্নাং লৈহল্লী।
নুপা ওইনা পোকপা নুপীগা মথুন পান্সহল্লী।
নুপী ওইনা পোক্না নুপাগা খুম্বালনা লৈহল্লী।
মপুনা শেম্লীবা পুথাপশিং ভাইবঙ মীনা চৎলিবনি।
মপুগী পথাপ রাংমদা কনানসু চৎপা ভমদে!
মপুগী পথাপ রাংমদা চৎকে তৌগে খল্লদি
মহাক অরা অনা খুদোং থিবা শোইদবনি!

( ৭ )

পোকপু পোক্না মীনু শিবা হায়শি শোইদ্রে!
ফনা লৌশিং লৈরসু অখং অহৈ ওইরসু
খোযুম লাইনি খন্না ইরাং থৌনি তৌরসু
তেংবান্না মপু মক্কি, খন্না খ্বাইনা খুরুম্নরসু
মহাক ভাইবঙ মীনি মহাক শোইদা শিগনি।
মহাক শিবগী থরাক্তগী লিথোকপা শুকয়া য়ায়োই।

তাইবঙ থরায়না লৈরম্বা মাগী য়ুম হকচাং
খাম্বী মৈদা থাগ্রবা লৈরোন মুঙদা চনখ্রবা
মাংহন তাকহনগ্রবা, মহাক অমুক হল্লক্ররোই !
তাইবঙ মীওই মরক্তা মহাক অমুক তিল্লরোই !

(৮)

মমিং ফনা শোল্লস্থু চহি লিশিং কোয়স্ত্র
কৈদৌঙৈদ লাক্লরোই, মীয়াম লক্তা তিল্লরোই !
মহাকী হকচাং পোল্লাং মালেমগী থোদাং লোইখরে !
লৌশিং য়াম্না লৈবা মপাঙ্গল য়াম্না ফন্না
মথৌনা য়াম্না লৈবা মহৈ য়াম্না হৈবা
মশক য়াম্না ফজবা কুচু য়াম্না নিংথিবা
মরাহৈ য়াম্না মুংশিবা মরৌশিং য়াম্না লৈবা
মতিক মযায় পুম্বনা মাগী লৈতেং ওইরম্ম
মপুগী পথাপপু তুংইন্না হেন্দোক-লৈত চৎলিবা
নমু তাইবঙ মীনি পোক্লবদি শিবা শোইদবনি !

(৯)

অতিয়াদা পাইরিবা তেলংগা লংচিন পাইবা মীনা
ওলহন্নীং মাইকৈ ওন্না রাংহন্নীংবদা বাংবা
লোথনিংদা লোথবা মীতুনা মনিং তোবগুম
য়ায়বীগী খুজি পাইরিবা শেম্বীবা মপু মহাকী
ওইহন্নীং মওং অতু থরায় পান্নশিংনা ওইরি !
অতিয়াদা পাইরি' তেলংগা অতিয়াদা কোয়না পাইওম্নস্থ
লংজিন পাইরিবা মপুতু তেলংগানা ওইবা য়ারোই !

অমুকস্থু হন্না হাম্বরি ফনা লৌশিং লৈরস্থু
তাইবঙ শেম্বা মপুনা মী ওইনা থারক্লিনি !
মপুগী থৌদা লোইর মহাক অমুক হনখিনি !

( ১০ )

মহাকপু থারক্লি মপুহু মহাক্না ওইবা ম্নারোই !
লৈনা মহাও খংলি, য়ানা শাইগন তোইহল্লী।
মিংনা য়েংলি উরি, নাকোংনা মখোল তারি।
নাতোন্না নিংশা হোল্লি, চীল্না ডাংলি চারি।
খুৎনা থবক শুরি, খোংনা চংলি চেল্লী
মপু মানা শেম্নীবা পথাপ ওন্থোক ডম্লোই !
তেলংগানা খুজি পাইরিবা মপুগী মখৌ তোউম্লোই !
তাইবঙ মীওইনা পোক্লীবা তাইবঙ মী তেলঙ্গানি।
মাবু মথৌ তৌহল্লীবা তাইবঙ শেম্বা মপুহু
তাইবঙ মীওইনা পোক্লিবা কনা অমত্তনা ওইডম্লোই !

( ১১ )

নোংপোক্তা থোক্লি' মুমিং নোংচুপ্তা থোকহন ডম্লোই !
য়াদা ইনদৌ চাক নাকোংদা ইল্লগা চাডম্লোই।
অতুবু ওইথোক্ত হায়সে মপু মডোন্দদি লৈতে।
মপু নত্তবা মীনদি ওইথোক্তা ওইহন্না ডম্লোই।
চিন্না হেক হায়বদাদি, ওইবা শুকডম ডম্লোইদৌহু
তশেংনা ওইদ ওইদৌনা হেক্তা হায়বা ডমই।
অঙৌবা চেগী মথক্তা অমুবা মুক লুপ্তুনা
খোর্জেনা ইবা মতমস্থু ডমদবা অমত্তা লৈতে।

শুকণ্ডম ভঙ্মোইদৌবা থবক, ঙমই হায়না ইঙন্মী।
ঙমদবা পুন্নমক অদু হেক্তা ঙমই ইশন্বা!

( ১২ )

চাউবগী মচা তোম্বন। মতিক হান্নঙমদা লৈবনা
অতিয়া থোক্লি থরাম্মীচাকশিংদ লোইনা চৎ য়ৌরুরে।
থাংজিং চীংজাও ফুক কোইথাং থাংলুরে হায়সি
খোর্জৈনা চেগী মথক্তা হেক্তা ইবা য়ায়!
য়াম্না হৈশিংবা উৎ হেক্তা ওইবদৌ থাজহন
ঙাংবা হৈবা অঙম্বশিংনা ওইদবদু অওইবা ওলহল্লী।
চনিংতানা থন্থ ঙমদবা লৌশিং থেন্বা মীদদি
অশেংবা অচুম্বনি লৌ মপুন্সি চুপ্পা থাজনৈ।
লৌশিং লৈবা মীনদি তিল্লাং থয়োৎননা থন
ঙাংলি ইন্নিবা অদু অচুম অরান খন্দোকই।

( ১৩ )

মিত্রং শান্নবা হৈবনা মীৎ তরং চৎহন্দুনা
থোন্নিবু লিল ওলহন্বা খারৌগুম জগোয় শাহন্বা
মসি অঙকপা নক্তে হৌজিক হৌজিক ওইহল্লী।
মাগী মীত্রংগী ময়ায়না মীবু তশেং শুমহৎ
মিৎপু তরং চৎহল্লা মথুক্তা পায়বা তিকিবু
কবোক খোইবাক্লী হায় চাউ হায়না পিবা
শুমহৎ লাংদা থুগ্রবা তাইবঙ মীওই অদু
তিকি মপাক অদু কবোক খোইবাক্লী হায়বদা
চিংনবা অমত্তা পোক্তা কবোক ওইনা নিং
অশেংবা ওইনা থাজ তিকি অদু চায়।

## ( ১৪ )

শুম্মহৎ লাংদ থুখ্রবা মরাইবক থিরবা মীশক
মীত্রং শান্নবা মীতুনা থেকহন্নিং জগোয় থেকহল্লি।
মরু কোক্লম্বা মী মশম শাংহল্লু শাংগনি।
মশম শাংলম্বা মী মরু কোকউ কোক্কনি।
ফী অঙৌবা শেৎলম্বা অমুবা শেৎলু শেৎকনি।
ফী অমুবা শেৎলম্বা অঙাংবা শেৎলু শেৎকনি।
থাজবৈ মখা পোল পুন্সিদু অহুম্না লোইখিনী।
রাখল খন্থবা ওম্বা লৌশিং লৈবা মীদি
মীনা হুম্বা মাইকৈদা কোইচৎ চৎপা ওইদে
মশাগী অশেংবা ফিরেপ পুক্নিং লৈতানা খন্থমা লেপই।

## ( ১৫ )

ঐনা হায়ব্রি অসি পুক্নিং লৌশিং ওইনবনি
অফ ফত্ত থংনা মপু মাবু নিংনবনি।
নমু তাইবঙ ওইনা মালেম লৈদা পোক্লদি
তাইবঙ শেম্বা মপুগী অশেংবা থোজাল ফংনবা
অয়ুক মুংথিল মুংদাং নথৌ থোদা পাইদ্রিঙৈ
মপু মাবু নিংশিংউ কোলোই নিংথিনা শোল্লু!
অরাম্বা থবক তৌফদে নত্তবা লিচৎ চৎফদে!
মীনম সোরি ঙাংফদে অকন অরিং শিংফদে
ঐ মঙাইয়ে চৎকদে চাউথোক ইহুন তুনফদে।
লিচৎ অসি থংবনা মপুবু নিংবা মতিক্কী।

( ১৬ )

নমু তাইবঙ মীওইবু থোনা লৌশিং উং
মালেমগী য়াইফনবা হোংনরু থারক্লিনী মপু মানা !
অফবা থবক তৌরা অফবা মহে ফংএ !
ফত্তবা থবক তৌরা ফত্তবা মহে ফংএ !
মানা মানা তৌবা মানা মানা ফংএ !
মৈতান্না রাখে হুমীং মপুগী থোদারোইনা লৌরনি !
যায়বী থরায় অতু মপুগী রায়েনশঙদ পুগনি !
মানা মানা তৌবগী রায়েনগী মহে পীগনি !
মপুগী রায়েল চৈরাক্তে শন্না মফে লানডম্লোই !
মসি থংবা মীওইনা মপুবু শোন্না মতিক্লা !

( ১৭ )

নমু মীওইনা হিংলিঙৈ অচুম্বা লিচং চংলু
অচুম্বা রা ডাংউ অচুম্ববু চেৎনা ইকায়খুম্নৌ !
থবায়পাম্বা পুন্নমকপু হুংশিয়ু ডাকপীয়ু কনবীয়ু !
তোল্ল তান্না খিবীকপু য়োকপী থাকপী তেংবাংবীয়ু !
তাইবঙ শেম্বা মপুবু শোঞ্জবা নীংজবা হায়দু
অশেংবা অরেপ্পদি অসিনী ! চেৎনা থাজৌ নোংয়ায় !
খোয়ুম কোরৌ লাইরৈবাক' মপুগী রায়েনশঙ কাবদা
মাসতনা নংবু কনগনি ! অহকপা চৈরাক ফংলোই !
খোয়ুম্না ইকায় খুম্না পুক্লিং লৈতানা লেনগনি !
মপু মাগী মশাইকোন মপু মাগী থৌজালনা !

## খম্বা

( মরিশুবা য়াহং )

( ১ )

মাংদা থোকখিবা থোৌদোক মখল কয়া উরক্লবা
ইকাইখুম্নববা অহল ইবুংঙো তাকপীবা পুম্বা লৌশিঞ্জরি !
তাইবঙ শেম্বা মপুদি পোক্কে শিদে তাকপীরি।
তাইবঙ মপু মহাক্না তাইবঙ মালং পানসিদা
নমু তাইবঙ মীওইগী করি থোঞ্জাল পীবিবা ?
মচা মশু ওইবা নমু মীওই ঐখোয়না
ইবুংঙো মাগী মফমদা করি করম নোঞ্জবা
শকউ-শা-উদবা মপু ইবুংঙো মঙোন্দা
ঐখোয়না করম থাজবৈ ফিরেপ করম লৌবা ?
লৌশিংগী মঙাল অদু খংদবা ঐঙোন্দা তাকপীয়ু !

## নোংথোল

(পাউখুম)

( ১ )

পাম্বোম কল্লবা নোংয়ায় লৌশিং তাল্লিবা পাখং !
মালেমদা হৌজিক লৈরিবা তাইবঙ মীওই ঐখোয়সে
হৌজিক ওইরিবা অসুম্না অসুম্মক ওইরক' নত্তে !
'উমং য়ামংগী শাগুম্বা ঐখোয়সু শা মখল'মনি।
মাইগৈনা ফিশেৎলমই উহৈ-য়াহৈ চানা হিংলমই

শা-ঙা-উচেক অফংবা চানা লেল্লমই !
লৈকুৎ-লৈরায়-গুরুং মীওইবৈ লৈফম ওইরম্মী।
মুঙনা থাঙ-শিংজং ওইনা মীওইবনা শিজিন্নে !
লৈশেম হৌরকভে মতম অস্নম্না মীওইবনা লেল্লক্লম্মী।
মতমগী তোরৈ ঈহুন্দা অনৌবা য়াওন লাকই !

(২)

মতিক ময়াম লৈবা লৌশিং লৈবা পোকলক্লা
লৌশিং লৈবা মীনা লৌশিং পান্থে পুথোক
হিংনা চাবা য়াবা মরম চামা চামা
থোংনা চাবা য়াবা পোৎলম লিশিং লিশিং
শেংনা ইন্ন লিংনবা য়ুম্বাল কৈবালগী হিরম
পোৎলম চৈরম থিবিকস্থু মশিং শুনা পুথোক
অরাৎপনা থল্ল তাইবঙগী অবাৎপা মখল কয়াচু
খংদা উদা অপুম্বা থি থিনা শেমগৎ
লৌশিং চাউরবা মখোয়গী অঙকপা লৌশিং মঙালনা
মালেমগী চাউখৎ খোঙথাং ঈথক ঈপোমগুম বাংখৎহল্লী।

(৩)

লাইনিং লোনচক্তা নক্তা অপাম্বা অন্নাৎ পুম্নমকী
তাইবঙ মালেম অসিদা তাইবঙ শেম্বা মপুনা
বাখল লৌশিং লৈবা লৌশিং মঙাল' থল্লবা
মতিক ময়ায় লৈবা মীওই কয়া কয়া
মালেম ফম্বাক শিন্না চক চক খুদিংদা
অরেপ্পা লৈত পোকহল্লী, পোক্কনি পোক্লুনা লৈনি !

অতু’স্বা অথোয়বা মী’শিং’ লৌশিং থৌরা’ খুৎলাইনা
খংদ উদ অপুম্বা খংনা উনা’ হোংননি !
উদ খংদ অরাৎপা থিন থিন্না পুথোকনি !
থৌজাল হৈবা মপুগী থৌজাল’ লেংদ খুজিন্নী !

( ৪ )

লৌশিং চাউবৈ মঙালনা মালেমগী চাউখৎ থোঙথাং
চহি চাগী মমাং, ওইরম্বা লৈপাক্কী শক্তম
চহি চামা তুংদদি শরুক কয়া হেল্লী
মঙাল লৈনা চাউখৎ তুঙায় লৈপাক ওইবক্তি।
অতৎ-অথম লৈতা চাউখৎ অওল পুরক্লিসি
তেংবায়া মপু ইবুংঙোনা অতৎপা লৈত থারকপা
অথোয়বা মীওইশিং অসিগী অশেংবা লংল মহৈনি।
অহেন্বা মপোক ওইবা লৌশিং’ মঙালনা থল্লবা
মীওইবা মপোক মরক্তা মুমীৎকুম মঙাল নায়বশিংবু
নমু তাইবঙ মীওইনা “লাইপোক” হায়না কৌএ।

( ৫ )

তাইবঙ মীওইবৈ মরক্ত শাগুম তম্নথিবা মীওই
মুংশিহৈত খম্মোয় চেম্বাশিংনা, মরাল থরগীদমক
মীবু মখোং ককপী মথুৎ-মশা ককপী
মমিৎ-মনা কোৎথোকপী সেবাক ফাকনা হাৎপী
উ-রাদা য়ান শা-ঙাগুম তমথিনা হাৎপী !
লিচৈ মপোৎ মপোৎনা যুতনা শাথিনা লাক্কবী !
শরেং খোয়দা য়ান হাৎপীবসু কয়া অমনি !

শিংজং খোক্লা মকোকথোম, থাংনা মঙক ককপী !
অসিগুম্বা ভমখি শাথিনা মীওইবা কয়া মাঙহল্লম্মী !
ভম্মী হায়বা উং মীওইবনা মীওইববু মাঙহল্লী ।

( ৬ )

মুংশিচাউবা লৌশিং লৈবা মীওই কয়া পোক্লা
কিহন থংহন খাম্বা লেপহন থিংহন ভমদ্রস্নু,
লৌশিং লৈবা শিংনা লৌশিংগী অশেংবা মঙাল
তেংবাম্বা শেম্বা মপুগা মীওইবগা মরি লৈনহন,
মুংশি থৌজাল ভাকপীহৈবা, মখোয়গী থম্মোয়দা পোকহন
হিংচা য়াইতম্বা ওইবশিং থৌজাল হৈবা ওলহন
মীওইবা খুন্নায় কম্বীনবা লাইনিং পথাপ পুথোকহ ।
লৌশিং লৈবশিং অসিগী, লৌশিংগী থৌজাল পাম্বেনা,
তাইবঙ মীওইবা ঐখোয়না তেংবানবা মপুগা মরি থম্লকই,
অফবা লম্বী চৎ, মপুগী মনাক য়োনবা খল্লকই ।

( ৭ )

লাইনিং লোনচৎকীদমক, থারক্লিবা লাইপোক ওইবশিং
রাখল পুক্লিং তিন্নদগুম অমত্তা পথাপ মাম্নদে ।
লাইশোন তিনশোন তিন্নদে ফিজেৎ চাক-চা খেন্নরকই !
মখোয় মখোয়না পুথোক্লম্বা খোয়ুম লাইগী পথাপু,
মালেম ভম্পাক অসিদা মীওইবা ঐখোয় খিবিক্লা
কাংলুপ কাংলুপ ওইবনা, থাজবা লোনা চৎনরি ।
খেন্নবা কয়া লৈরস্নু লাইশোল কয়া মাম্নদ্রস্নু

মপু মাবু ঙংননবা শেমলমীবা পথাপ ঙাক্নী!
লাইনিং পথাপ পুম্নমক ইকায় খুম্নবা থমশি!
য়েক্নবনি হায়না খনফদে, য়েংথিনবা মিৎয়েং থম্ফদে।

( ৮ )

অকন্নশিংগী মরক্তা শিংথারবা খুমন অদো খন্বা!
মুংমিৎ থা থরাম্নীচাক লেংলি পাম্লিবা পুম্নমকসি
শেম্বীবা মপু অমা, তশেংনা লৈ হায়বসে
তোঙান তোঙাম্বা লোলগী তোঙান তোঙান মিংথোল্লস্ত
মালেমগী মীওই পুম্নমক্তা, লেপ্পা য়াম্নরবা রাকয়ি।
মপু মঙোন্দা য়াম্ববীনা, চংজ নোঞ্জ নিংজবা
থৌজাল ফংনবা হোৎনবা লৌশিং লৈবগী মথৌনি।
মশক মওং লৈতে উবা খংবা ঙমদে।
মাগী মাগী থাজবা রাখল্লোনগী পথাপ শেম
মীওই কাংলুপ থরনা মপা ওইনা নিংই।

( ৯ )

তাইবঙ কাংলুপ থরনা অপোকপী মমানি নিংই।
কাংলুপ কন্না অমনা মমা-মপানি খুরুমজে।
কাংলুপ থম্না অমদি মরা-মপুরোইবনি নিংই।
মপুগী মনায়নি থন্না নিংজবা কয়াস্তু লৈরি।
পম্মুংক্ষমগী নিংজবা অসিস্তু কাংলুপ কাংলুপ যান্নদে।
মীওই কাংবু থরনা মপু মঙোন্দে থাইবিরকপনি
হন্না হন্না পোকপা হন্না হন্না শিবা
মপুগী শিন্থা পু পোকপা শিবা য়াউরি।

পোকপা শিবা য়াউহনবিনু মপুদা অতুম তিঙ্গগে !
অসুম ওইবা রাখলদা মপু মাবু খুরুম্লি।

( ১০ )

অতোপ্পা কাংলুপ কয়ানা ইবুংঙো নংনা শেম্বীবনি
অমুক পোকপা অসিনা অমুক শিবা ওইবনি।
হন্না হন্না পোকপা কৈদৌডৈদা মতু ওইদে।
তাইবঙ চেংজেল লোইরা মপুগী নাক্তা লৈজগে,
রাখল 'সিনা মাংওইনা মপু মাবু নিংজরি।
কাংলুপ কয়া কয়ানা তাইবঙ থবায় অসিনা
পোকপা শিবৈ কাংখোংদা তত্তুনা লৈজুনা লৈম্রি।
অচুম্বা লিচং চত্তুনা অশেংবা অচুম্বৈ পাম্বৈনা
থবায় পাম্বা পুম্বৈ য়ারকনবা হোৎনবা ওমহনবিয়ু !
রাখল অসি থম অচুম্বা মপুবু খুরুমজরি।

( ১১ )

লাইনিং পথাপ কাংলোনসু অমগা অমগা খেন্নৈ।
অচিকপা মকমদা ফম মপুবু নিংবা কাংবু লৈ।
নোংমগী মথৌ পাইরমদাই থৌদাং মায় পাকহনবীয়ু
মপু মঙোন্দা খুরুম্না মথৌ পায়বসু কয়ানি।
মপুগী মিংলেন মশিংথৌ রাখল হিরি কোন
মতম চুপ্পা মতমদা মপুগী মিং শোনবসু কয়ানি।
কাংলুপ কাংলুপ থরদি মপুগী মিংখৈ নিংথিবা
অয়ুক মুংথিল মুংদাং পুন্না পুন্না শোল্লি।

কাংবু কাংবু থরনা পুং শেনফাং থিন
লমজাউদ ঈশৈ শক মপুগী মিংথৈ শোল্লি।

## ( ১২ )

পুন্নমক অসি য়েংলা মীওইবা ঐথোয়না থংই,
শকউ-শা-উদবা মায়বী থবার অসিনা
অমম্বা য়ুম থাদোক্লা অহম্বা য়ুমদা লৈবগুম
হন্না হন্না পোকএ হন্না হন্না শিএ
পথাপ কাংলোন অসিদা কয়া অমা থাজরি।
অমুক পোকপনা লোইরে অমুক শিবনা লোইরে!
শিপ্রবা মীনা তাইবঙদা অমুক হন্না পোক্লরোই
রাথল অসিদ থাজ কাংলুপ কয়া লৈরি।
পথাপ অনিসি মালেমদা অমনা অমম্বু চুম্মী।
লেপ্পা লৈত য়েংনবা থাইবোক তানা লৈরি!

## ( ১৩ )

য়েংনরুবা থোইনা কান্নদে য়েংনকবা মরম চাদে।
নংসু ঐসু খংদে ঐসু মাসু উকদে!
চুম্মী হায়রি মীসু উরু থংলু নত্তে!
য়েংলিবা মীশক অতুসু উরুদুনা য়েংপা নত্তে!
খংদবা অনি য়েংনবনা অচুম্বা পুথোক ওয়োই।
তেংবাম্বা মপু থোরক রায়েল পীবা নত্তবনা
অশেংবদু তশেং খংজিংরিউ অরাম্বদু চুমদুনা লৈগনি।
হে অথোবা পাখং! থাজবা অমদা লৈয়ু!
লৌশিং লৈবা কয়ানা লেপ্তুনা থিজিন্না চথরি!
অশেংবা পুথোক ওমজিংরিউ ফিরেপসিদ লৈবা চুম্নী!

## থম্বা
(মণ্ডাশুবা য়াহং)

(১)

পোকপা মহৈ য়াম্বা মসি করম ওইবা !
অথোয়বা খুভম ফংবা করম্না মসি থোকহল্লা !
মীওইবনা মসি কম্বিগী থম্মোয়দ করম থল্লকপা !
মীওইবৈ মপোক অসিদ মতুনা করি তোংজবা !
মাংজবনা করি ওইবা ফান্নবনা করি ফংবা !
করি লিচৎ চৎলা করি শাজৎ হৈরা
করি থৌদাং পাইরা বাঙাংনা করম ঙাংলা
মীওই পোক্কী মপোকসি মহৈ য়াম্বা কৌনি ?
লৌশিং মঙাল অহেম্বনা থম্মোয় অমম্বা পক্কবা
লৌশিং চাউরবা অঙম্বা তাকপীয়ু থংজগে নোঙ্গরি ?

## নোংথোল
(পাউখুম)

(১)

"খুতুম শিংনা লাক্লগা খুবাক তিংনা হল্লগেরা ?
ঙসি ঙসি হয়েং হয়েং হৌখরে মতম অসে !"
অরেম্বদা মতম মাংহন্বা মতমগী মমল খংদবা,
পুন্সিগী অরোয়বা মিকুপ মাংদ থুংলরবা মংমদা
পাংথোক্কৌবা মথৌ পাঙডমদা, কাংখ থাং ওন
মাংখিবা ঙাক্কি কয়ানা তন্দনগুম ঙাল্লম্বা পুন্সি !

তুমিং ঋয়ানগুম লোইখি কনানসু শিংথাবিদনা
খোংবান্দা তাবা হৈবিগুম অয়েম্বদা মাংখি পুন্সি হৈয়াং
নিঙমহৌদবে মৈচাক্না চাক তকশি শোন্না হনখিনী !
মপুগী মফমদা য়াশকলম্বা 'থৌদাং পাংঙমদা !

( ২ )

মীওইবৈ হকচাং অসি ককপা থিন্না য়ারবসু
মতুদা লৈরিবা থম্বায়দি থাংনা ককপা য়াদে !
খাম্বীনা চাক ঙমদে, লাইজনা চোংহন ঙমদে !
মুংশিংনা ক্রমদোক ঙমদে, কংহন মাংহন ঙমদে !
মতু তশেংবনি খংবা লৌশিং লৈবা মীওইনা
অহিং হিংদা কায়নবৈ য়াবা থক লৈরুদে !
পোক্লদি শোইদা থমগনি অশাৎপা লৈয়াংনা কম্বগুম
কোরৌ নোঙ্গা তমখ্রসু হল্লকনি থাজনৈ অমুক !
অমম্বা য়ুম থারা অহম্বা য়ুমদা হোংজিনগুম !
অচুম্বা চৎলু পুন্সিদো অয়াম্বা খুভম ফংগনি !

( ৩ )

মতমগী খোংজেন অসিদা, পোকপা শিবৈ খোংচৎসি
অতৎ অথম নাইদ, মতমগী কাংখোংমুংদা লৈরী।
নোংদোল কোরৌহম্বনা অয়ুক্তা থোক্লী নৌনা
অহিং পুংকম লাকলা মশেক-মঙাল লোইনা তাখি !
খোংচৎ অসি উরি, হোংবা লৈত তাইবঙদা।
ঙসিসু অদুম মওই, হয়েংসু অদুম মহোংদে।
অয়িং অশা থাইহল্লী, অমম অঙান ওইহল্লী।

থরায়পাম্বা পান্দা পুম্বৈ য়াইফনবা শিল্পী মুমীৎনা
তাইবঙ মীওই পুম্বগী হিংহন্নবা থৌদাং পাইবিরি'
কোরৌহন্নবু নিংশিংলি ঐথোয়না, মসিনী পোকপা মহৈয়াম্বা !

( ৪ )

তাইবঙ মীওই মপোক্কী লম্বীদি মশা লিশিংনি !
অফবসু কয়ানি অচুম্বা, ফত্তা অরাম্বসু কয়ানি
মুন্না থন্না অমত্তং, চুন্না থল্লা চৎলু !
অরাম্বা লম্বীদ চৎলুরদি নিংবা ফায়না লোইথিনী !
অচুম্বা অশেংবা লম্বীদু মুন্না থল্ল চৎলসু
লমথুংফম অদু য়ৌদ্রিবৈ, থেংননি থুদোংথিবা কয়া
শায় ভিত্থনা কয়ানি; অবাংবা চীংজাউনা কয়ানি,
অপাক' ঈপাক্পা কয়ানি, মায়োক্নদোবা পুন্সিগী থোঙচত্তা
পুন্নমক অদু লাম্হোক হোৎননি লমথুংফম য়ৌনবা
মসি থংনা থল্লু অশেংবা চত্তোবা লম্বী !

( ৫ )

অরানবা লম্বী চৎলসু অচুম্বা খোং থাংলম্নু
লক-উ-শা উদবা অত্তোম্বা মীদ চেন্দোবা
অত্তোম্বগী লিচৎ কয়ানা শেম্নরি মাংনবা পুন্সিবু !
মীরক মীচনথী ওইবা, থম্মোয় থোইনা পীকপা,
অরেপ্পা রাখল চেন্দবা, থয়ায়নবা পুকচেল লৈবা,
লিংজেল থৌনা য়াওদবা অপং ফত্ত ওইবা,
মীনুংশি হায়দু লৈতবা, ভাকপী' থৌজাল য়াওদবা,
অত্তোম্বা লিচৎশিং 'সিনা য়োম্লবা মীদো অত্তোম্বনি !

তমথিবা লিচৎশিং 'সিবু লাকশিন্বা ঙন্বা মীতনা
শোইদা ঙমগনি হোৎনরা মপোক মহৈ য়ালহন্বা !

( ৬ )

অশাঙ্উবদৈ অঙক' পোকএ অঙকপদৈ মরৌশিং মাংএ
লৌশিং মাংবনা চোয়রকই রাখল লৈতাফম খঙলক্তে
রাখল চোইরবা মীশক্তী অমাংবা ওই পুন্সিদো !
অচুম্বা লম্বী চৎ হিংনবা খল্লবা নশিন্দা
পুক্নিং চংনা হোৎন পুন্সি কিরেপ তাল্লু !
খংদনা মীগী মশিন্দা নথোনত্তা অখংবা শারুম্মু
মতুনা নংগী পুন্সি অকিবা পোকহনগনি খংউ !
পুক্নিং রাখল চংনা ভাইবঙপানগী য়াইফনবা
থৌনা লৈনা হোৎনৌ নিংহন্নবা খক তৌগম্মু !
থাদোকউ মহৈ পাম্বা ! থাদোকউ ঐগীনি হায়বা !

( ৭ )

অপাম্বা অশাঙবা লৈতবা, পুক্নিং চেৎনা ফাজিল্লবা
লৌশিং লৈবা তাইবঙদি মফম খুদিং মায়পাকএ !
পুন্সিগী মমল খংএ অথোইবা খুভম খংই ।
পুক্নিং রাখল চোয়হন্দা শমু হকচাং ওইবৈ
কয়াৎশিংবু খুতুম চনশিন, অকিবা থুকৎপা য়াউদ
মী ওইগে খন্না, পুক্নিং লৈতানা হোৎনরিদো
অশেংবা মীনি অশেংবা মী মচং হায়বদো !
মীহৌরুদনা থবকী মহৈদ, মথোদা পুক্নিং চংলিবা
তৌফম থোকপনি খংনা অতন্বা তুংজুংবা পোক্তনা
মী মরক্তে অহেন্না শোইদনা ওইগনি মহাক্না !

( ৮ )

চাবা থকপা মতমনায়, থবক থৌরম খুদিং
মতমগী মমল খংনা চাং লেপ্পা থোপায়বা,
তুম্বা হিপ্পা য়াহৌবা মতমগী চাং কায়হন্দবা,
নমু তাইবঙ মীওইদো পুন্সিদা খোইরেল য়ৌবনি !
পুন্সি য়াওল কয়াদৈ তানশিন্বা লৌশিং মঙালনা
পুন্সিবু মশক নাইহল্লী ! মসি অথোয়বশিংতনা মখংএ !
অপুংবা কৌবা মীওইদি মহু খংবা মঙমদে !
বানা তাল্লুবৈ মহৈফাও অরেম্বদা মাংহন মতোকএ !
পুক্নিং পিকথবা ওইগনু ! হন্থবা বাখল থনগন্থু,
হন্বা নৈতা হোৎনৌ মালেমগী য়ায়ফনবা খল্লা !

( ৯ )

থবায় হকচাং য়াউ পুক্নিং চৎনা হোৎনা
ফংগে হায়বা য়াখলগা অথোয়বা মঙাল তাল্লিবা !
লেপ্পুনা হোৎনবা খোংচৎনা লমথুংফম অহু য়ৌরবা,
মাগী থমোয় লাকাদো লৌশিংগী পুক্কে ওইরবা
মীওই পোক্নী মপোক্না মীকোক থোংবা ওই
মীথোয় মীহেন্বা মী মীমচং মীমহেন কৌরনি !
মখোয়না পাংবা মথৌদা চৎথোরকপা লিচত্তা
শাগৈগী লেমজনফম ওইবা, খ্বাইগী তমজনফম ওইবা,
লৌশিংগী মঙালনা থল্লবা তাইবঙ মীদো অশেংবা,
পোকপা মহৈ য়াল্লবা মীওইপোক্নী মপোক্নি ।

## খম্বা

(তরুকশুবা মাহং)

(১)

ঐগী থম্মোয় অমম্ববু কোক্লবা থৌজাল পীবিরীবা
কেগে মোইরাং লমদমগী মগাল নাইরবা অঙম্বা !
"অরান্না খুভম ফংবা" মসি করি ওইবনো ?
পুন্সি অসি মীওইবৈ করি শক্তম উৎপনো !
মীওইপোক্কী পুন্সি'সি মায়পাকপা হাইত্রা ?
কারি লিচৎ লোরা করি শাজৎ চৎলা,
করম্বা পাথাপ তুংইন্না পুন্সিদা করম চৎপা,
অরাংবা থাক্কী খুভমসে মীওই পোক্কী পুন্সিদা
করন্না য়োবা ঙমদগে মরিক চুন্না খংহনবিয়ু ?
খংফম থোকপা ওইরদি তশেংনা খংজনিংবনি তাকপীয়ু ?

## নোংথোল

(পাওখুম)

(১)

অদোন নোংম্নায় খম্বা; লৌশিং তাক্লিবা পাখং
নংনা হংলিবা মাহং, মীওইবনা ফংবা পাম্লিবা
খ্বাইদৈ রাংবা খুভম, ঐস্যু ফংবা পাম্লিনী !
তাইবঙ মীওইবা পুন্নমক মসি ফংবা ঙমদে !
লিশিং চা কয়াগী মঙ্গুং, অথন্নবা মীতনা ফংবনি !
খুভম অসি য়োনবা লম্বী মখল কয়ানি।

চন্না লেনবা পুন্সিদা ইশাগী লৈজবা খরদং
মপু মঙোন্দা কং চাং নায়না খুরুমজবা,
ওইজবা পুন্বা খাদোক মপু মাম নিংজবনা,
অরাম্বা খুভম ফংনবা অয়াংবা অচম্বা পাথাপ্পী !

( ২ )

হৈ-লৈ উহৈ-রাহৈ, লাইজতা ওইরম্নু লৈজবা
পুকচেল শেংনা কংলু, থম্মোয় শেংনা খুরুমজো !
মপু মাগী মফমদ, পেনবিনী পেনবিহৈবা মপুনা !
লৌশিংগী প্যাম্বনা হোংনৌ ! খন্থৌ লৌশিংগী মভালগা
মসি খংবা মীতনা মখোদা মায় পাকপনি !
ফজবা শাজৎ লিচৎনা অরাংবদ চিংখৎলৌ পীশক্তু
অতোপ্পা শাজৎ লিচৎনা চিংথে লেখাদ মাওইদে।।
ময়ায় ওইবা লিচত্তী পুন্সিবু মশক থোকহন্দে !
চিংলেম্বা ভাকপীহৈবা, মীমী মাংনবা খল্লুদ
লেল্লীবা পুন্সিদো ইংনা অথোয়বা মপোক্পী অথোয়বা !

( ৩ )

চাউথোক নাপলনা থুমহৎপা, থোয়না হেন্না শাউগপ্পা,
রাখল পীকপা মীশক্তো অতোনবা মপোক্তা পোকপনি।
মশাগী হুমাং মন্না তাঞ্জবা, ফংজবা খরদা পেনভম্বা,
মীগী মপোৎ মরলদা কল্লক মীহৌ লৈরুদবা !
অকনবা রাহৈ রাতানা মীনা থিনা চৈবদা,
মুংশি রাহৈ খোনকম্না মীনা বাংনা থাগৎপদা,
পুক্লিং থম্মোয় লাকশিন্না ইংনা মদোম লেনভম্বা !

অৱা মুঙায় অনিমক্তা মান্নবা খাংঙম্বা !
অথোয়বা মপোক্তা পোকপনি মী মহেন কৌবনি !
অৱাম্বা খুভম ফংবদ মতিক চাবনি মহাক্না !

( ৪ )

তাইবঙ মীওই মপোক অৱা অনা থেংনৱি
অৱা অনাগী হৌরকফম শোইদনা লৈনি লংজিন।
রাহুনতা লৈগদবা নত্তে মহু' লোইফম লাকয়ায়।
অৱা অনাবু করম্না মাংহন লোইহন্নী হায়মু,
মহুগী পরম খিজিন্না লাকশিন ঙম্বা মীশক্তু
মতিক চাবা মীশক্না, অৱাম্বা খুভম তাম্বদা !
মানা শোইদা খংনি অচুম্বে মতিক ময়ায়দো !
অচুম্বা শাজৎ লিচৎনা অচুম্বা রাঙাং শাঙাংনা
থোজালগী ঈফুৎ শেম মালেম য়াইফনবা হোৎনা
ওইজবা পুম্বা থাদোক তানঙমগনি অৱাম্বা খুভম !

( ৫ )

মীহাৎপা চুরাম্বাবা ওইদৌদে নশাবু ঙাকথোকউ চেকশিন্না।
হুয়ান-চিম্বীবা ওইদৌদে ঙাকথোকউ নশাবু খংনা !
অৱাম্বা লিচৎ-শাজৎ, চত্তনবা থাংউ নথোংদু
মীনম-সোরিবা ওইদৌদে থাপ্পা হন্দোকউ নশাবু !
নশা মাংহন ঙম্বা ময়ায়কাবা চিঙ্গাক খিবিক্তে
চেকশিল্লু নশাবু চেকশিল্লু ! থাপ্প হন্দোক্না লৈয়ু !
অচুম্ববু লাইমকী খল্লু অচুম্বগা খক থানগন্নু,
অচুম্ববু ঙাক্না চৎলিবা মীশক অদু অথোয়বনি

মহাক্কনা ঙমনি শোইদনা অরান্বা খুভম ফংবা
লৌশিং মঙাল লৈবতনা অচুম্ববু ঙাক্লা চৎঙমগনি।

( ৬ )

থাজবা য়াদ মীগী লাংদ নশাবু থুহনগনু
অচুম্বা রাখল খন নহাক্কী খোংচৎ হৌ!
অতোপ্পনা ইকায় খুম্নদোবা অচুম্বা লম্বীদা চৎ
লৌশিংনা পান্থে ওই অরাংবা রাখলগা লোইনা
পুন্সিগী খোংচৎ অদু লমথুংফম য়ৌনবা হোৎনৌ!
লৌথুপ লৌকোয় লৈত, পুবচেল খোইজেল শেংবা
ঙাকপীহৈবা থৌজাল হৈবা পুন্সিগী লৈতেং ওইয়ু
অচুম্বা অমদি থম্মোয়শেংনা নথোৗদা পুক্নিং চংউ
দ্বা ঙাংবদা চেকশিন্নু? খঙনা অখংবা শারুন্নু!
লান্না খুমখি পাউথুম্না তুংদা অমাংবা ওইগনি!

( ৭ )

য়াচন য়াউদবা শগোলগুম্ন অফ ফত্ত খংদা
পুক্নিংনা পুবা মাইকৈদা নশাবু কোইহুম হুমহনখিন্নু!
লৌশিং পুক্কে মনুংদা লৌশিং মপুং ফানা লৈহল্লু
খংজিন্বা অমসুং তমশিন্বা অমাংবা করিস্ত লৈতে।
পুক্নিং চংনা হোৎনৌ খংদববু খংনবা হোৎনৌ
খংবা উবা ঙম্লা অচুম্বা নথো পাংবা ঙমগনি!
নহাক্কী লৌশিংগী মিৎ লংজাগুম্না য়ায়া থো!
রাখলগী লম্বী অদু মফাং মফাং চৎকনু।
অশেংবা অচুম্বা লম্বীদা পুন্সিবু পুরক্নবা হোৎনৌ!
অচুম্ববু ঙাক্লা চৎপদা অরান্বা খুভম ফংঙমনি!

( ৮ )

মী হাৎলুন্নু ! হুমাল্লুন্নু ! নত্ত লিচৎ চৎলুন্নু !
মীনমন্নু নমথাক তৌরুন্নু ! চুম্না খল্ল, চম্না চৎলু !
অতোপ্পা কনাগীস্থু মফমদা অয়াকপা খোন থারুম্মু
ঝায়েম ভাংবা য়াউরুন্নু, ঝাচোয় ভাংবদ নকলুন্নু !
মীগী মপোত্তা কলকউন্নু ! নিরগে চাগে খল্লুম্নু ?
হুমাং মন্না তানবদু নংগী অশেংবা নরলনি !
নমদুনা ফোইদুনা লৌরুবা কিহন খংহন মুল্লুবনা
নংগী তাইবঙ পুন্সিদো অশিবৈ লাংদ থুগনি !
মুংশিহৈতবা লিচৎ অদু নংগী খম্মোয়দা লৈহনগন্নু
অচুম্বা লিচৎ চৎপদি অরাম্বা খুভম ফংঙম্মী।

( ৯ )

নোংমগী তাল্লুবা নরলগী শরুক তারাগী অমা
নত্রা ভমজা খরদং কৎখো লাইর অনংদা
মীওইবা খুন্নাই অসিগী নংগী ভমজবা হোৎনৌ !
অহল মতম ওইরবা পলেম পম্থৌ অনিবু
নোংদম লাইবক থিরবা অহল ওইবা ওইবীশিং
মুংশিনা চেকশিন শেম্মীয়ু চেৎনা চান্না কোনবিয়ু ?
অচৌবা পোৎলুম্নি খল্লুনু খুরৌ চেন্ননি নিংলুম্ন !
মতমগী থৌরিনা পুন নহাকস্নু নোংমদি ওইরনি মতুম !
নংগী থৌজাল লিচতু তাইবংনা ইকায় খুম্নহল্লু !
মপুনা নংবু থৌজালনি অরাম্বা খুভম ফংনি !

( ১০ )

মাগী মুংশি থৌজাল মরুমদা পুম্নমকী তুংনফম ওইরবা

ফজবা লিচৎ শাজত্তা মীওইবৈ ত্তমজনফম ওইরবা
ভাংথোয়কপা রাহৈনা মীগী পুক্লিং ইংহল্লা
অচুম্ববু ভাক্লা চৎলিবা থৌজালগী ত্তমথৈ লৈতবা
লৌশিংগী পুকৈ ওইরিবা লৌশিংগী মঙাল ফংলবা
অচিকপা মফমদা ফম মপুগী মীংথৈ শোল্লিবা
তাইবঙ মীওইগী য়াইফনবা অঙম্বা থৌদাং পায়
মীওইপোকী মালেমথক মিংচৎকী উরোং থিল্লম্লীবা
চারোল শুরোল কাংদনা মহাকপু নিংশিংনহৌরিবা
তাইবঙ মীদো অশেংবা অয়াম্বা খুভম ফংলবনি।

( ১১ )

ঐনা মাংদা হায়খ্রিবা মপুগী পাওতাক ময়ামসে
তাইবঙ মালংপান অসিদা নমু পোং ওইনা পোক্লিবা
মুপা মুপী অনিমক্লা চেনগদবা পথাপ পল্লিংনি!
"অরাম্বা খুভম ফংবা" "পোকপা মহৈ য়াম্বা"
মুপা মুপী অনিগক্লা তানফম থোকপা হক্লি!
মুপীনা লমচৎ ফজরা কাংলুপ অদু তশেংনা,
থোয়না মঙাল চাউনা মাংহন্বা ত্তমদা মালেমদৈ,
তরু তরু পানগনি লেংদবা কাংলুপ ওইনা!
মুপী ওইবীশিংস্থু মুপাগুম্না লৌশিং থৌনা লৈদৌনি,
অথোয়বা মীশক ওইনবা হোৎনফম থোকই তশেংনা!

## থম্বা

(তরেৎশুবা য়াহং)

(১)

লৌশিং মঙালনা থল্লবা কেগে মোইরাংগী অঙম্বা!
নো'দম লাইবক থিরবা খুমন নোংয়ায় থম্বনা,
পুন্সি খোংজেল অসিদা করি থৌদা পাইয়া!
করি শাজৎ-লিচৎ চৎ কেগে ঙাঙোয় লমদমদা,
পলেম ঙাম্খৈলমা, পম্মৌ পুরেম্বা অথৌবা,
পলেম পম্মৌ অনিগী মীংচৎ মহাম তাহন্দা
তাইবঙ মীওই মবক্তা মী ওইনা পান্দগে?
অবোইবা য়াহং ওইনা তাকপীনবা নোঞ্জনা হ'জরি?
মমল য়াম্বা পাওতাক তাশিঞ্জবগা লোয়না
মীওই পোক্কী পুন্সিদা মীওইনা পাম্মা ভমজগে?

## নোংথোল

(পাউখুম)

(১)

থবায় পান্থে মলুংদা নমু তাইবঙ মীওইতনা
অয়া-অনা থং'নত্তে অনা-অয়েক ফংবা নত্তে!
মালেম তম্পাক্তা লৈরিবা থবায় পাম্মা পুন্নমক
অয়া-অনা থুংএ অনা-অয়েক নংএ
তাইবঙ মীওইবা ঐখোয়গা মসিদা করি খেন্নদে!
মীওইবা ঐখোয়দা ফুবা য়ৈবা থিম্মা হাৎপা

খাঙমদা চৈনাখোন ফাউগুম থরাইপান্না পুন্নমকস্নু ফাউই।
লম্নক্কী শা-উচেকস্ন উমংগী শা-উচেকস্নু
কনবিহৈবা মিংয়েংনা য়েং. হাৎপীন্নু! ঙাকপীয়ু! শেনবিয়ু!
থরায়পান্নশিংবু নুংশিবীযত্থ তেংবানমপ্না শোইদ নুংশিবীনি!

( ২ )

লম্নক্কী শা-উচেক হাত্তোকপা মালেমদৈ শোইদ মুৎখিনি!
অসিগুম্বা নুংশিহৈত্তা লিচৎসে হিংচাবৈ লিচং কৌবনি!
মপ্না শেন্বীবা মালেমসে খন কায়দনা লৈনবা
মখোয়স্নু থোদাং লৌরিনি মখোয়বু মুৎখিদনবা কনবিয়ু!
শা-ঙা চাবা মীওইনা, চানবা চিঞ্জাক্কী খন
থৌজাল করি য়াউদনা থিনা লাক্লরা হাৎপীবা
নুংশি হৈত্তা শাজৎনি মত্থ খক তৌফদে!
ঙম্মী হায়রা মতাংগুম ঙম্নমখৈ ওৎপীরা হাত্তোকপা
হিংচা য়াইতন্থৈ লিচৎ মত্থ' খক চৎফদে!
শা-ঙাদা নুংশিমিৎয়েং থম্বীয়, মপুগী থৌজাল ফংগনি!

( ৩ )

খ্বাইদে ফত্ত মহৈ ফংবদি, মীনা মী হাৎপনি!
মীনা মী হাৎপা! মীহাৎপা হায়বা মীশক্তো
তাইবঙ মীয়ম্নেন্দা খ্বাইনা কি-তুকৎচৈ!
পুন্সি মতম লোই কোরো নোংদা কাথ্রস্থ
খোয়ুম লাইরৈবাক্তা চংহন্দে, থরায় অমাংবা ওই
মপুগী বায়েন শঙদৈ বায়েল চৈরাক ফং
চতি লিশিং কয়া লান্বা ঙমদনা লৈ,
খাংথক্তা ঙৌবা লেম্নেগুম চৈরাক খাংনা লেনগনি!

লিংপা থক য়ারোইদোবা মপুগী চৈরাক অকন্বা
কিদবা থক তৌগনু ! মীহাৎপা থক ওইগনু !

( ৪ )

মীওইবৈ পুন্সি অসি তুরেল লাইজ ঈচেলগুম
মতমগী ঈচেলদা তাউথরি লেপ্পা লৈত খোংচৎ ওই
অঙাং নারা ওইরিঙৈ শান্নছনা মতম লেল্লী।
মথোং কারক মতমদা নিঙায়বা করি লৈতা
লুংশি লুংঙোল ইরাংদা তাউদুনা লেল্লী মতমদো !
হন্নু মাল্লে কারক্লা অহল মতম ওইরক্লা
শন্নু হকচাং শোঞ্জিল্লকই পাঙ্গল ময়েং তারকই
আনা-অয়েক চৈথেং বানা খাংলি পুন্সিদো
বাখলগী মংলান্দা শাগৎপা মথল কয়াগী মুক্ষম
লোইবা কৌবদি লৈরমদে কংবা খন্নসু লৈতেদা !

( ৫ )

নন্নু তাইবং মীওইনা অহল মতম ওইরক্লা
লায়না কয়ানা চাশিল্লকই অমুবা শম্লাং ঙৌরকই,
নিংথিবা মাইথোং খুইরকই মিংস্না মঙাল শাম্লকই,
অহাওবা চিঞ্জাক শাইরম্বা য়াগী পরেং কেনখি !
মশাগী হকচাং অরুপ্পা মদোম পুবা ঙমক্তে !
চৈশুনা ঙাক্লৌ ওই বানা পুরিদা তাইবঙ !
ঙক্লা রাবা শরুমদো থেংনমনি মীপুম খুদিংনা !
মসিবু হান্না খঙঙম্বা তুংগী পোরম উহৌবা,

অথংবা মীদি লৌশিংবা ইংনা সুণ্ডায় লেম্নবা,
মশাগী ফিরেপ শেমহৌবা মহু মতিকচাবনি লৌশিংবা।

( ৬ )

নমু তাইবঙ মীওইনা পাঙ্গল মপাল ফরিবৈ,
মহৈ লৌশিং পুথোক্লা তরেৎ শেঙ্গা ডাল্লিবৈ,
মরি-মতা খিবিক্লা মরূপ-মপাং কয়ানা
মচা-মশু মখৈনা থম্না কোইশন পাল্লিদো!
অহল মতম ওইরক লল তান্বা ঙম্মক্ত্রবা
সুণ্ডায়বা মতম হৌগ্রবা মাগী মতম লোইশিল্লক্রদি
মরি-মতা উখিদরে মরূপ-মপাং তাকখরে!
হোৎনবিনবা কনা উদরে শেন্নবিনবসু তাক্লক্রে
ব.মদৌ লৈরিগে ফাউ হংবিনবা কনা লৈতেদা
হিংলিদকো অহল অসে! ইমুং-মনুংনা শোল্লিদো!

( ৭ )

ঙসি নুমিৎ অমদৈ হয়েং কোরৌ অমা,
অহিং অমদৈ অহিংঅমা, চয়োলদৈ চয়োল অমা
লোইদাম থাজ অমদৈ মথং থাজ অমা
চহি কুমজা অমদৈ অনৌবা কুমজা অমা
মথং মথং হৌখি মথং মথং ওল্লকই
নহা ওইবৈ পুন্সিসু অস্নুম অস্নুম থুইথরকই
শক ফজবসু থিজিল্লকই ইরাংগী রাখলসু মাংলকই
পাঙ্গল ময়েং ভারক মরল তান্বা ঙমক্তা
মাগী কনা লৈরক্তা নিংবা কায়বনা থনজিল্লকই।
চারু চারা লোমখি তাইবঙ পুন্সি অদো।

( ৮ )

অহল ওইবৈ মৈশানা থম্মোয় অতু কাহংলকপা
ইনাক ফনা থুল্লস্থ মরলনা চৌওগুম পৈরস্থ
নিংলা থুংদা মক্তা, মকোক্তা চৌওগুম থোনগংলকই।
পোকচবা মচাদৈফাও অকিবা কয়া ফংইদো
অরা রাখলনা থল্লবা মতম অতু লাক্লবা
"ইমা ইপানা কনানো, ঐনা কয়ম লাক্লিনো?
কয়ম্না ইদোম হন্দোরিনো! কদাইদা ঐনা থুংলুনি!"
রাখল মযাম্না লাকহৎ চমম্লনা অতুমক হৌখিনী!
য়ায়বী থরায় অতু নিওম্দা চাক্লা লেনখিনী!
মসিনী তাইবঙপানগী পোলোই, মসিনী তাইবঙ পুন্সি!

( ৯ )

তরেং শেঙ্গা মপৈনা চীওগুম হাগুম ৈপরে
মকুপ-মপিজা শাগৈ-নাতৈনা মীচং ডার্মী থল
থক চাউথোক তোগল্ল পুম্নমক মিকুপ্তা মাংখিনী!
তাইবঙ মী ওইবা ঐখোয়গী তাইবঙপানগী পুন্সিদি
থম্না থক্তা লৈবা লাইজ্ঞ ঈরিক কুম
তনিক তনিক লৈবনি! ডসি করি ওইদগে
হয়েং করি থোক্রগে থংবা ভমদা পান্বনি!
হৌজিক্তা থাক্লা নোক্লম্বা থুদক্তা পীরাং শিন্থবা
লোইবা নাইদা তেংথাবা তম্বা ভম্বা নত্রেদা!
শাজং-লিচং পুম্নমক মসি থংনা চৎলু!

( ১০ )

অপাম মীচৌ লাং ইবাং চৈথেং লাং

কলক মৈচাক লাং তাইবঙ লাংয়ামদৈ নাম্থোকউ !
নশা কনানো থিজীল্লু "ঐ কনামো হায়বা !"
নশানা খংবা ঙমদ্রদি অপংবা শিংদা চনথিনী !
রাখল মুন্না খন্নুরা মহৈ লৌশিং তানশিল্লু
মঙাল লৈতবা অমম্বদা পোং থিবা কংদবগুম
লৌশিং মঙাল কংদ্রদি থোরম নিংথিনা পাংঙম্লোই !
রাখল থোক্লা পুন্নমক লৌশিংনা লাইখাই তাঙম্মী !
পুক্নিংগী অমম্বা পুন্নমক লৌশিং' মঙালনা কোকঙম্নী !
অখাং কন্না লোইননা অশেংবা লৌশিং তানশিল্লু !

( ১১ )

অশেংবা মক্তা লৌশিংগী অচুম্বা অরুবা মঙালনা
অথোবা থাঙশাং ওই পুক্নিং রাখলদৈ থোরক্লিবা
ঐগীনি হায়বা হৌরক্লিবা মন্মহু ককথৎ ঙমগনি !
লৌশিংগী মঙাল নত্তনা লাইফম কয়া পুনেম্নুবনা
অশেংবা অরুবা ঈশিংদা কয়ারক হন্না লুপ্পনা
তাইবঙ মালং পান্দা ঐগীনি হাযবা হিরমকয়ানা
অকন্না থোরি ওই পুন্সিবু পুন্দুনা থম্লিসিদৈ
থক নাম্থোকপা ঙম্লোই মসি থংই লৌশিংবশিংনা !
পুক্নিংগী অমম্বা পুন্নমক লৌশিংগী মঙালনা মাংহল্লু !
মহু নংগী নথোনি তাইবঙ পান্দা পোকপগী !

( ১২ )

থম্মোয়গী শেংলা অতিয়াদা লৌশিংগী নুমিৎ থোক্লা
অমম্বা পুন্নমক কোক খংদ উদ পুম্বনু

তশেং উ-থংবা তমগনি ! লংজিন পুন্বা ফংনি !
খত্তমদবা অমম্বা লাংদৈ নশাবু তাকথোক তমগনি !
মুমীৎ খানা থোক্লিবা অময় অতান খাইরিবা
অযুক মুংথিল তাল্লিবা অহিংগী মতম মল্লিবা
নিংথম্ম কালেন নাই লেপ্পা লৈতা চেল্লিবা
মতমগী খোংচৎ অসিদা নশা য়াম্না চেকশিল্লু !
কোমথোক হায়দু ওইগন্নু. মসি নংগী নতিক্তী
শমু মীয়াম লক্তা অথোয়্‌বা মীশক ওইনি !

( ১৩ )

তাকপীহৈবা, থৌজালহৈবা, পুকচেল চাউবা, মুংশি চাউবা,
কনবীহৈবা, পিনহৈবা, য়োকপী হৈবা, চানবীহৈবা,
অথোয়বা মীশক চেন্দোবা মতিক ময়ায়সি চেল্লু !
থৌনা লৈবা লিংজেল লৈবা, ইচং থৌবা হন্দবা,
অখাংকনবা য়াশক চেৎপা, মীতিক মীয়ৌ খংবা,
তুংদা করি থোক্কদগে মাংজোননা হান্না উ-তন্বা
অকন্বা মীদা চেন্দোবা ময়ায়শিংসে চেন তম্মু !
মীওইবদা চেনফম থোকপা অথোয়বা ময়ায়শিংসে
নোংয়ায় অদোন খন্বা মসি শোয়দ চেনতম্মু !
মীওইনা পান তমনি অথোয়বা মীশক ওইনি !

[ অদোন নোংয়ায় খন্বগা মোইরাং লৌশিং কম্লাইবা কেগে চাউবা নোংথোনগা তাংনবা "লৌশিং" গী মতাং অসিদা লোইয়ে । ]

—✡—

## অইবগী ফোঙখ্রবা লাইরিকশিং ঃ

১। ঈশিংগী অঙকপা জীবশিংগী ৱারি (Adventure)
২। অথোইবশিংগী পুন্সিগী ৱারী (Biography)
৩। তাম্না শৈরোল (Poem)
৪। ৱাথোক (Short Stories)
৫। উমংলাই লাইকোন
৬। লাইনিংথৌ সনামহী হয়িং খোঙবান্দ লেঙশিল্লকপা
৭। উচেক
৮। লৈমরেল পাম্থোইবী (Poem)
৯। লৈমরেল শিদবী (Poem)
১০। লাইনিংথৌ সনামহী (Poem)
১১। লাইনিংথৌ পাখঙবা (Poem)
১২। ইরাংলোন থাদোই পার্ট ১ বা (Poem)
১৩। নীমি (Novel)

---

মমাংগী মখুমগী লাই :-

লাইনিংথৌ থাংজিং হরাউবদা মোইরাংগী লৈকাই লৈকাইগী উমং লাইশিংনা লেংথোং কাংদা ফমদেংদুনা থাংজিং লাইবুংদা কারকপা।